# মোইরাং কংলৈরোল লম্বুবা

## (অহানবা শরুক)

ইংথোকপা:-

নোদিয়া ডাংজোইমচা



জীঙ য়াইলৈরেল মরূপ, মোইরাং

# MOIRANG KANGLEIROL LAMBUBA

A Book written in old Manipuri Script
Giving discription about the chronicle of
Ancient Moirang Kingdom

Edited & Compiled by
Nodia Ngangoimacha

*PUBLISHED BY*
Moirang Thangjing Yageirel Marup, Manipur
With the Financial Assistance of
National Archives Of India
NEW DELHI

# থাগৎ ৱারোল

"মোইরাং কংলৈরোল লম্‌বা" কৌব শ্রীঙাঙোই নোদিয়ান অরিব খুৎই লাইরিক্তগী বেঙোলী ময়েক্ত ইথোক্ত্রন পুথোকপ লাইরিক অসি মকোক্তগী লোয়ব ফাওব পাজরে।

লাইরিক অসি অরিব মনিপুরি সহিত্যগী লৈকোন্দ লৈচল অম ওইবত নত্তন মনিপুরগী অপুনব ইতিহাস অমগী পনথৈ লেপ্পদ অচৌবা মতেঙ অমদি শোয়দন ওইরগনি। ইতিহাসকী অঙনব মতম্‌দগী হৌন য়াম্‌ন খুৎকন পাঙ্গল মসা মরোমদোম মনিঙ মথা তৱ পাল্লম মোইরাং সলাইন অহুঙৈ মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু নিংথৌ থোম্বন পান্‌ব মতম (খৃষ্টগী চহি ১৪০২—১৪৬৭), মোইরাংদন ঈৱাং পুরীকলাই সনা হোঙবন পানবা মতমদা মোইরাংগী মনিং মথা তৱ মাঙখিদ্রন মৈতৈগী লৈঙাক মামন মন্তদ চন্‌খিনখি। হায়রিব ঈৱাং পুরিকলাই সনা হোঙবগী মতম ফাওবদ পুম মোইরাংগী নিংথৌরোল কুনথরাম্বদোইগী মখুং "মোইরাং নিংথৌরোল লম্‌বদ" সনই। 'মোইরাং কংলৈরোল লম্‌বা' কৌবা লাইরিক অসিদনা ঈৱাং পুরিকলাই ঙাংনিং স্নেংদগী চথরকপনা ঈৱাং পুরীকলাই চৌংখু তেলহৈবন পান্‌ব মতম ফাওবদ পুম নিংথৌরোল কুনথরামথোইগী য়াম্‌ন মরীক্‌ চুম্ন ইতিহাসকী ৱারোল পীরি।

লাইরিক অসি তসেংনা হায়রবদ মোইরাংগী ইতিহাসকী ওইব য়ামন মরু ওইব লাইরিক অমনি মোইরাংদ পানখিবা ইহান হানব ঈৱাং পুরিকলাই কেগে পোৎলেনহনবন চেঙ্গৈ তরেৎ খিন্তুনা কৈথেল্‌ মাপল কাহন, থাঙ্‌ঙ লৈকাই নিপাল হুন লিংহুনা খুনসেম লৈসেম হৌদুন পাল্লকপ হৌবগী ৱারোল পীরি। লোয়নন নিংথৌ পোকপীসিংগী হৌরকফম মরী মখোঙ মপাম লমগী ভৌব ওম্ব

## [illegible]

মতৌক মগুন অমদি করম্ব সনাইগী চনু নিঙোল্নো হায়বনচিংবস্থ নিঙথিন মগাইন য়াওবা মরমনা মোইরাংগী নিংথৌসিংন পান্নখ মতমগ অতৈ য়েক সলাইসিংগী নিংথৌসিংনা পানুখিব মতমগ চাসিন্নহন নিংথৌসিং অসিনা পানুখিব মতম, চাউরাক্নন লেপ্পদ হেন্না খুদোংচাব অমম্ব পীগনি হায়না খল্লি।

মোইরাং নিংথৌরোল্সিংগী মনুঙদ হেন্দোক্ থোইদোক্ মপাঙ্গল্ মথৌন লৈব নিংথৌ কয়ান অতৈ, অতোপ্প কাঙলুপ্পসিং খুন্নম ওইন খুমন্, মৈতৈ, হৈরেম খুঙ্গাল অমদি অতোপ্প মপাল্ লমগী লৈপাক্সিং অমা লৈপাক, খাখেলনচিংব কয়াগম্ব অকনব লান থেংনহন মায় পাকলক্পগী বাফম, কয়াম্ব থেংনৈ। অমা লৈপাক্কী খুল, কয়া, চৌংগী খুল, কয়াদ থৌনা লৈনে, লাম্দ হৈ সিংব উংতুন লা দারগ মায়থিব পীহন চহিগী লোয়পোং খোমহন মুঙাইন চাকহাও ঙাহোওন মতৌক মগুন চাউনা পানখিবা নিংথৌম্ব কয় অম য়াওরি। অসিগুম্ব নিথৌসিংগী মতিক মথৌন, তৌব ঙম কয়াগী রারীদম্ব নওন লম কয়াগী মমিং থোনখিবগী লমমিংলো-মচিংবম্ব মপুঙ ফান মরাঙ কায়ন থেংনৈ।

মতুংদম্ব শ্রীঙাঙোই নোদিয়ান অসিগুম্ব মখল্গী অফব, মগুন লৈব লাইরিক অম ভুংদ লাকদব মীরোলসিং অমদি ইতিহাসকী লমদ লেপ্প লৈতন থিজিন খোমজিল্লিব মীওই কয়াদ অচৌব মতেঙ ওইগদব লাইরিক কয়াম্ব মথং মথং পুথোকপিরক্কন লৈপাকী সেবা তৌব ঙমনবগী পাঙ্গল থৌনা ঈশ্বরন পীনবিব ওইসন্নু।

শ্রীমতি সরোজিনি দেবী
ডিপুটি ডাইরেক্টর
মনিপুর স্টেট অরকাইভস
ইম্ফাল।

তাং ২৮/৮/১৯৯৬

# রাহে থরদং

অহানবমক্কদা, লাই ওইখবা ঐগী গুরু শ্রীমাইস্রম ৺চাউবা সিংহ নটগুরু শ্রীমাইস্রম ৺ইবোতোম্বী সিংহ মায়চৌ. অনিগী মফম্দা থবায় হকচাং লুপনা পুনেমজবগা লোয়ননা, গুরু য়াথংবু লরাই কোয়রেল থক্তা থোংনা ইথোকচবা 'মোইরাং কংলৈরোল লম্বুবা' বা শরুক কংচরি কেকে হায়রেপপা খোইয়ম লাংবুম অরিবা চীঙুক, থংজীঙ লাইগী ঙাংলৌ খুয়া থাদা ।

লাইস্রমলেন্দা তিনথবা গুরু অনিগী লমজীং মথ'দা, পাঙখবা পায়মা শিন্নে লোয়রবা ঐহাকপু লাইরীক অসি ইথোক্লবা শিখ্না পিবীরমই । গুরুদেব নটগুরুনা তাইবঙ থাদোকখবা মতুং মায়চৌ গুরু ইবোতোম্বীগী থৌজাল মীংয়েং থাদা খৃ ১৯৭২ দা অরিবা তাবুন্নংগী পুয়া অসি কংজহৌবনি । মোইরাংগী ইতিহাশ ওইরবা পুয়া অসি মায়চৌ গুরুনা য়াগৈরেলগী সেক্রেটরি ওইবিরিঙৈদা ফোঙদোক্লবা হোংনবিরম্বনি, নোংদম্বগী শিখা হীক্তোকফদবনা গুরুগী অনিঙবা পাংথোকপা ঙমমদনা নোঙ্গাখি । গুরুনা তৌরাং ফক্তা ওন শিংগুম লম্বী কুমলমদাই, পাঙলবা মচা ঐগোম্না পূয়া অসি ফোঙদোক্লনা মনিপুর ইতিহাশকি ঈপাকতা ঈতিলহনলক্লবা শিখা পীবিরম্বগী মতুং ইগা, গুরু য়াথবু কে কতা থোংই লায়রীক অসি ইথোকচল্গা য়াগৈরেল মরুপ্তা লাপ্থোকচবনি । থংজীঙ য়াগৈরেল মরুপকি অথরিটীনা হরাও-হরাও লৌশিনবীহনা লাইরীক অসিবু ফোঙদোকপিবা অসিমকনা পাঙলবা ঐহাকপু গুরুনা শিখা পাংথোকপা ঙমহনবিরবনি ।

লাইরিক অসিগী মপুঙ ওইবা শকন্দি নহান নোং, চহি চা কয়াগী মমাঙদা, মশা মরোমদোম খুললিং লৈরিংহনা মনিঙ মথা তমনা পানলম্বা মোইরাং লৈবাককী ইতিহাশনি হায়জনিংই । লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌশিং, ঙাংনিংসিং অতেংবদগী হৌরগা মথং মথং চংথ রকপা নিংথৌরোলগী পারিং, মোইরাংগা অতৈ সলাই লৈবাকশিংগা লৈনবা মরী, শান্দলাল, থৌথোক-বাথোক অমসুং লৈঙাকলোয়চিংবগী ঐতিহাশিক ৱারী কয়া লাইরিক অসিদা মরিক চুমনা ইরি । নিংথৌরোলগী পারিংদা পুরীক্লাই কোংতিংহনবা য়াওরমদবনা মাগী মতমগী ৱারী বাথোঙদি লাইরিক অসিদাগী ফংবা ঙমদরে ।

ইজাতিগী অরিবা লোলবু থৌগনজবগা লোয়ননা অরিবা সহিত্যগী লময়ানবা মায়চৌশিংবু হৈকাই খুমনবা উৎচহনা পুয়া অসিগী মহৌশাগী লোন্দা-পুদা অহুমক কায়হন্দনা ইথোকচবনি, লান্দবা ঙমদকা মীওইপোককী হৌনশা ওইবনা অশোয়বা অৱানবা কয়া য়াওরমলবসু পুননমকনা ঙাকপিনবা নোল্লুকচরি ।

— নোদিয়া ঙাঙোইমচা

# অফোঙবগী ৱাহোল

মোইরাং থংজাউ য়াগৈরেল মখথা. থাজনগী অরিবা খুংই লাইরীকশিংবু মাঙখি তাখিগদবদগী কনখৎনবা পান্নখৎচবা থোৱাঙদা. নেসনেল অর্কাইভস ওফ ইণ্ডিয়া নিউ দিল্লি গী তেঙবাংগা লোয়ননা "মোইরাং কংলৈরোল লম্বুবা" অহানবা শরুক অসি ফোঙদোকচবনি। ডা কে.এইচ. সোরোজিনি দেবী ডিপুটি ডাইরেক্টর, মণিপুর স্টেট অর্কাইভসকী থৌশিল মখাদা য়াগৈরেল মখথা মমল য়াম্নবা নেসনেল গ্রাণ্ট অসি ফংবা ঙমজবনি। মতম পুম্নমক্তা শ্রীমতি সোরোজিনিবু য়াইফ মথোই থোংনা, পুন্সি নুংশাংনা পালহনবীনবা চাউথোক্না থংজিং কোয়রেনাইদা থৌনিজরি অমসুং তৌবীমল খঙবা উৎচরী।

য়াগৈরেল মরূপকি লমজিং পুরেল ওইরিবা শ্রী. ৱাইখোম শ্রীগাইরাম চাওবা সিংহ অমসুং শ্রী মাইস্নম ইবোতোম্বী সিংহ নায়চো অনিগী লমজিং মখাদা মতম শাংনা পুন্নারোল কয়া লৈরুবা অমসুং য়াগৈরেলগী মায়চৌশিংগী মখাদা রিছার্চ তৌজরিবা. মরূপ অসিগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরিবা শ্রী নোদিয়া ঙাংঙোই মচানা থাজনগী অরিবা পুথোক্লকপা ইবা "মোইরাং কংলৈরোল লম্বুবা" পুথিদগী ইথোক্লকপা "মোইরাং কংলৈরোল লম্বুবা" অহানবা শরুকনি। লাইরীক অসি চাউথোক্না থংজাউ লাইনা খুনংশেম লৈশেমবীরক্লগা মৈহৌরোলদগী মোইরাং মরাইনা পান্থুনা লাকপা "মোইরাং" লৈবাককী ইতিহাসনি হায়বা য়ারবা লাইরীকনি। লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌশিংগী হাকচাং থোকখিবা শা লাল থোকদোকখ্রবা লৈঙাক্লোন মুনলোম্নবা মরাই লৈবাক অমসুং চাউ লৈবাকশিংতা নম্না অতৈ মীরম লৈবাক কয়াগা লৈনরম্বা মশীনচিংবগী ৱারী ৱাথোক কয়া লাইরীক অসিদা

য়াওরি। চাউ তম, য়েক সলাইশিংগী অপুনবা, অমিবা মনিপুর ইতিহাশ অমা শাগৎপদা মোইরাং কংলৈরোল লম্বুবনা মতেং থরদং ওইরবম্ব পীবা ঙমগনি খনজে। লাইরীক অসিবু মীপুম তিংনা পাবা ঙমননবা, অবা অনা কয়া থাঙহনা বেঙ্গলি ময়েক্তা ইথোকপিরগা য়াগৈরেল মরূপ্তা খুৎশিন্নবিহনা ফোংহনবিবগীদমক শ্রী নোদিয়াবু থাগৎপা ফোঙদোকচবগা লোয়ননা মতম পুম্বদা য়াইফ মঙ্গল পীবিহনা পুন্সি নুংশাংনা পালহনবীবা, গুরুজোনশিংগী সেবা মপুং ফানা ফংহনবীনবগীদমক ঈবুংঙো থংজাওদা পুনেমজরি।

য়াগৈরেলনা, লাইরীক অসি ফোঙদোকপবা হোৎনবদা মশাগী অচিনবা কয়া কাইথোকপিহনা অশোয় অঙাম অরাল অহুই কয়া য়েংশিনখিবা "য়াগৈরেল" চেকোঙগী ইডিটর, শ্রী হেমামচা শোঙা অমসুং মরূপ অসিগী জোইন্ট সেক্রেটরি, শ্রী মোইরাংথেম রঘুমনি সিংহ অনিনা লৌবীখিবা অচৌবা থৌদাংগীদমকসু য়াগৈরেল মরূপনা তৌবীমল থগৎবা উৎচরি। লাইরিক অসিবু অথুবা মতমদা নম্বীখিবা, উমিনা প্রেস, মোইরাংগী প্রোপ্রাইটর শ্রী ফাইৎরম্বম উপর সিংহ অমসুং মহাকী স্টপ পুমনমকপুদু য়াগৈরেল মরূপনা থাগৎচরি।

শ্রী রাজকুমার মায়পাকম্বা সিংহ
চ্যারমেন
মোইরাং থংজাও য়াগৈরেল মরূপ

হে য়ৌবাং পূরীক্লাই কেকে পোংলেন হনপাবো । কেকে নরইপাক অতুপু খোইয়ম লাইয়িংথৌ অমাং পাখং য়োয়রেলপনা মালেম লইতা কুমনা য়োয়চানপা পূঙনিকিনা । কেকে তানাতা মোইরাং ঙাংঙোই খঙনাতা ।। কেকে খুনথক মনিল নাই মোইরাং খুনথা মরাঙ হুউ । চেঙকই তারেং থিন কইথেল মপল কা । খুয়োল সেকলউ তুমলউথা । বোকচিন লাংখোং । চেংলই খামপী । খোইনাই বোমপু । ঙাংলউ ঙানথা । হীকা কানলউ । য়াওম খুনতোল । থাঙঙা লইকাই নিপালমানা মনিল নাই । য়ুমলেন সইকঙ অঙাননা খারা খেনচঙ লোনচিলনা । লোকতাক খরা শা তোংচেং খারপানথকতা চকমোম থামপী মইরালননা পানলে হায়তপরা । চীঙঙ য়াইপা মকাইকম । খোইমোম মনা মখোঙ থাকি চেনথয়ী । চীঙয়াই কোইরেল য়ী চীঙঙ লইতম য়ী । কেকে লাইখুলোমপী লোকলউ য়ী । মোইরাং লাইমন থানপী থানলউ য়ী কুরেক অনি কোকশোক য়ী । নালতা অনি চীনতিল য়ী । থিনপা মনা য়ীতম খোং মোইরাং বানপী মনা য়ীবানখোং । বায়খু খুংলোঙ য়ী থারাউ নমসঙ য়ী । চেকলা পোনপী থীককরী অমুপানা খুংবাং লইচরেঙ কামনা হোংনা লাইচ য়ীখঙ খোং । হুবেল লালনিকিতি খুমল তাকতা মলমইপী মলমইপা । নোংয়াই হাইচনী হাইচুপা তিমেন খাঙলা লারোং চাক চানপা ফানা য়ী । য়োইময়াই তাউতনপাপু মুমিং মমায় লুনা য়ী । থনী মমায় হেননা য়ী । মমায় নোংলেম লাইনা পাংনা চেনপা য়ী । অঙানপা মমিং মনা মচুকশাপু শানা য়ী । কেকে মালপা মনথেল য়ী । চীঙয়াই কোয়রেল য়ীতা নয়ু নিংথৌ কেকে লইকোয় কমপশিংনা লাইচ য়ীরাই খমা পানলকএ । খোইমা লাংনা য়ীকম বাংপকি নোংচুপ কোঙয়াঙ কৈরেল হউনা চানা লাংকালপা পুঙনে । লইরক মইরোমপাপু হলনা ঙমতা খোংপাল লুপাকপাপু তোংনা ঙমতপা । চীঙয়া থেরা থেলমিং হকপা লমতা খুনতারকএ হায়তপারা । হে য়ীবাং পুরিক্লাইবো কেকে হাওমপানা মমা য়ীরাই লইমা মচা মেলনাং তনপা তুরেংকাই মানবী খুংচুম কেনতরিপাপু খেনচা নমতা পোনা লমবোকমেএ । কেকে কয়াপানা য়ানলা হমমাই মারেং

হউনা য়োয়না ঙমএ। মোইরাং হালনা লইপাক ঙাকঙমপা থোংলেন হয়িং খোইচাকা বেকে কয়াপাকা। খুয়োল য়াংখোংচামপাকানা। য়ুমপী চাউরা মপাল ফুক ফুংকা থীকপী মৈথম হোংনা চায়পীঙমএ হায়তপারা।

নয়ু খোইয়ম লাইয়িংথৌ য়াইপী পনলোই তানপনা॥ কেকে হারেপকে মোইরাং ঙাংঙোই হাখকে হায়পকি মালেম লইশেমপাপু। কোরউ নুমিৎ মঙানি স্তরপাতা মপল খোইয়ম লাই য়াংথৌ অবাং পাখং য়োয়রেনপাপু পাউথেমচখিএ। নপারা অইনা কেকে লইশেমপাপু ঙাংঙোই লইরেপ কারে কোরউ নোং অমতংপূ মালেম লইতাতনা মিংয়েং শানখইপিরমবো হায়না পাউথেমখোনাকি। চাঙঙু নোংথউ সারারেল অবাং পাখং য়োয়ারেলপানা। কোরউ মোংমতোল খোইয়ম লাই লম্পাক তগী মালেম লইতারকএ হায়তপারা। মপারী নোংথউ খোরা হায়পা নাউবা খোয়তৌ শাংপনা। য়াউরউ কাংতব্ধক সা পূমনমাকা। লেমলই ঙাবা পুমনমাকা। থরায় খুথোং থক্তা হাপনা। য়াংলউ লমথাঙমা খোংলেন তিংপ থক্ত য়াউরউ সাবু লাননা লমবোকংমএ॥ কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনপতি। অকৎপাপুতি অরানপাবো তৌনা মৌএ। অতু নোংকিপু শোংখ সারান থোংবো তৌনা কৌএ। লেমলই ঙাবাখতি থরায় খুথোংমকা লাইচ য়াঙ ঙরপকি বানচেং শচা নম॥ ঙাবা পূমফৌ লোলনা লাইচ য়ীপাকথক্তা ঙাউখংলাকএ। অতুনোংকিপু খুয়োল পূমলই খা থোপচাউ থারোয়মাংবো তৌনা কৌএ। মপা চাঙঙু নোংথউ সারারেল অবাং পাখঙ য়োয়রেলপানা মপারী লৈরাং খায়োম লৈনউপা নোংচূপ তোনপল নিংথৌপু। চাঙঙু মতিক য়েংকে হায়পাকি। চেংলউ মসক বুহনতনা মাঙখিরে হারপাকি কেকে মাঙলউঙ কবো তৌনা কৌএ। মপারী নোংথউ খোরা হায়পা হৈনা মবু চাউপা পামেল বুচুঙ হকপনা। মপল খোয়ম লাইয়িংথৌকি মার মখোঙ খুলপু থিখিএ অতুনোংকিপূ চাঙঙু মারচাঙ খোঙখুন থিপাবো তৌনা কৌএ। মপল খোইয়ম নামুংপাপু চেংলৌ শকবুঙরপাকী কোয়না

# য়ীরাং পুরিক্লাই
# 'ঙাংনিংসিং অতেংপা'

নায়োন কোক মোইরাং লইমা ঙান্নুরোল থমচিংবোল হাইহৈপানা রেনপী ।। য়াইথোঙ বায়েল চুমপা চন্নু ।। খুনপী সনলাইহন ।। মালেম লইখ্রোলতকি থমপাল লৈঙাং লৈকুমনা লমহউফপী ।। মইপী সারম বোই বুরেপ চারা বোইনা মোইরাং লইকোয় হালনা হাথহউরকপী ।। লইনুং য়ুচাখা চন্নু লইমরেল ঙাংসয়াপী পায়না সনা বুনকোয়নুংতকি ।। নয়ু নিংথৌ চীঙংঙু সমু মখুংশু ।। থমপাল লৈয়োলনুংকি লাইচ য়ী পুথরকপা মিংপু কোলোয় মিংথোংকপা ।। য়ীরাং পুরিক্লাই কেকে পোংলেনইনপা ।। পালেম পীমিংনপা ঙাংনিংসিং অতেংপারো তৌনা কৌএ ।। নয়ু নিংথৌ ঙাংনিংসিং অতেংপতি খোইয়ম লাইচা মহি হলনিকিনা । কেকেলইকোয় মঙাল নাই ।। লোক্তাক লাইচ য়ীরাই থল ।। নুংঙাই মরাং কায়না পানকপা ।। লই তরেং মকাইকম ।। খুয়োল য়াংপা মরইনেৎতা ।। থোত্নু তুকুমপাপু লেপনা য়ুং ।। চেংচো তত্নুকপাপু হাংনা খিলহৌরকপা ।। নয়ু নিংথৌ ঙাংনিংসিং অতেংপাতি থংচাঙ য়ীমা তানা চোয়নউ সনা মিংহনফিপু হনপানে ।।

# 'য়ীরাং পুরিক্লাই হামচা থাপা'

অয়োম কেকে মোইরাং লইমা ।। ঙান্নুরোলয়াইপী লইমা ।। লইনুং থোংঙাইপা বায়েল চুমপানা সেপরইপা মুংথোং ।। তকলউ লউহৌপাল লোয়াং তনপা মীঙকাইপাল ।। চাপী লমতমথোং ।। হবেল লালনিকিতি লেমলই ঙামিংনপা ।। সারোং খোইনুচা ফানাথোংপু অসই লমহেন শকপা

চনু ।। ঙানুরোল তরমসু পায়মা সনা হুনকোয়নুংকি ।। নয়ু নিংথৌ হামচা থাপা য়োয় মচঙতি চোয়নৌ সনা মিংহলকিপূ চুনপানে ।০।।

# য়ীরাং পুরিক্লাই ফাংলীক্লাই

নয়োল কেকে মোইরাং লইমা সংলইমা তরমসু ।। খমনুং লউরী সেমপা সিংকাংতাউপা ।। নুরোক সংসা মথেল তইপা চনু ।। মপাম হুবেল লালনিকিতি । খুনপী নুঙথোচীল থোংচা লালনংথেলকি । অঙ-উ নুঙতোংচা লিনলা হাওতমথিপূ । অহোঙ লানলু তইনা সুংপা চনু । পায়মা সনা হুনকোয়নুংকি ।। ফাং-লিক্লাই কেকে পোংলেন-হনপাতি । চোয়নউ সনা নিংহলকিপূ চুনপনে ।

# য়ীরাং পুরিক্লাই য়োয়রেলপা

নয়োল কেকে মোইরাং লইমা ঙানুরোল লয়াইনু তাকাই খুন-থোকলমপূ মিংথোংফপী ।। লোইরেল খুনপীলোক্তা লীচই তরাল সুনা সুকমু থনপাপু বাতেমপা ।। লাংয়া থনপাপু বাহমপা । লানলোয় মি-ঙাথোংপু য়েলহৈপা ।। সারেল মীসুংলাংপূ হাইহৈপা ।। থৌতু নুঙপাক থক্তা মুংফি লইরামনা ।। ফাকং লৈরোইননা বাঙলপা চনু ।। মপাম হুবেল লালনিকিতি ।। হাইতারা লৈফোলচা মেলনোং থাঙলাপাপূ কায়না হুনপা চনু ।। ঙানুরোল লয়াইনু পায়মা সনা হুলকোয়নুংকি ।। নয়ু নিংথৌ য়ীরাং পুরিক্লাই য়োয়রেলপাতি চোয়নউ সনা মিংহলকিপূ চুনপানে ।।০।।

# য়ীরাং পুরীকলাই নারোঙ লাইরী সুপা

নয়োল কেকে মেইরাং লইমা । ঙানুরোল লীকয়াইনু ।। ময়ু থোংঙাই য়িমথংপা ।। লমলেন ফেনচিকোপ রীকোপ লাইপন সোয় । নোংপোক হাওরংসি লাইমনলাংপু য়াঙপা থোংঙাইসুকা ।। হাউরা নঙ- তোংপাকা তিমেল তা চায়নপা লনতা খউগাপা ।। হুবেল লালনিকি- তি ।। হইরেম অকাংয়াই থুনচাল মকুয়াংপু কায়না হুনপা । সনা য়ীপু কাইপা । ঙানুরোল লীকয়াইনু অঙানপা মইরউলীকপু । মহনা বায়না মিংথোংফপী পায়মা সনা বুনকোয়নুংকি । নযু নিংথৌ য়ীরাং পুরিক্রাই নারোঙ লাইরী সুপাতি ।। খোইয়ম লাইরী খঙপা ।। চীঙপু লাইপাউ নিনতপা । বুনপী পুরনিং তপপা । লাইরী চুমপতি চেয়নউ সনা মিংহুলকিপু চুনপানে ।• ।

# য়ীরাং পুরিক্রাই ময়ামপা

নয়োল কেকে মেইরাং লইমা ঙানুরোল বাইইনু ।। ঙানপা খাই- চাপা থোংঙাই তেকাপা ।। কাওরেল মলনা তাম ।। মললা মসীং বাং- পতি ।। তানলোয় তু-তুংসি থংলেন বা-তুংসিপু বোইনকুনো ।। কাওরেল মলনা তামতপা ।। মললা মসীং বাংতপতি । তানলোয় তু-তুংসি থং- লেন বা-তুংসিপু বোইনউবো হায়না সুকম থনপাপু বাতেমপা লাংয়া থনপাপু বাঙনপা চনু ।। মপাম হুবেল লালনিকিতি কানে নিংথৌ মসুম মরাংপাপু মোইমিং লৈহনপা চনু । ঙানুরোল বাইইনু পায়মা সনা বুনকোয়নুংকি । কেকে মোইরাং নিংথৌ য়ীরাং পুরিক্রাই ময়ামপাতি চোয়নউ সনা মিহুলকিপু চুনপানে ।।• ।

# য়ীরাং পুরিক্লাই স্নুচা

নয়োল কোক লাইচ য়ীরীক্লাইপূ মইনা য়ায়না মিংথোংফপী ।। ঙানুরেল য়ীরীকন্থ ঙানপা সরা নাচউসু খোইয়ম লাইহৎথোপানা য়েনপী মপাম্ন হুৱেল লালনিকিভি । থোনাল য়ীরম লাইতুপী কোকনি লোঙপা । লাইরেল মইমা তোমপাপু । অহেৎঙ লালনু তইনা সুপা-চা । ঙান্থরেল য়ীরীকন্থ পায়না সনা বুনকোয়হুংকি ।। নমু নিংথৌ পোংলেহনপা সুনুচা লীক্লাই অতেংপাতি ।। থোংনাং মনিল নাইপা ময়াং লইকোয় পুঙপূ শেমপাকি ।। থোংনাং মনিংথৌ ময়াং লাইচীং বাঙনপা ।। নাইপঙ চীঙকোয় ফমপাপূ থৌচাল পুকমালননা লোয়নমনকি । থোংনাং য়াংলউ মদমশাংপূ তামনা । হাওরন কুলনা-ভা লাইচ বুনিং থোংপু কংনা-তা । খোইমা নারক লান পামেল শীঙলক লালপু ঙমপলনতনা য়াংলউ লমকাউনৈএ । মপল লংকোই নৈরামপীচা ।। লয়াং তংকাংচম নীংলেনপা । মোমনু য়াবা সিনথোং হং । পায়মা সিনলইলোম সিলনই মথাঙ খঙতেপী । তারেং থোকফোং নামুংনপীনা বেইখি-সা ।। কেইপী লাং-খুন থোপা চনু মসালবোল ।। অতোপা তোরা মচল নুমানসা ।। লাংকোই লইরেন বাঙ লুইংনাপু ।। লাংকোই স জীবননা পানলগএ হ য়তপরা ।। য়ীরাং পুরিক্লাই সুনুচা লীক্লাই অতেংপাতি চোয়নউ সনা শিহলকিপূ চুলপান ।০।

নমু নিংথৌ তরেংমা অসিতি ।। চীংঙু কোরউ নোংমতোল হনপাকি । খোইয়ম মসলাংবোননিকিনা । কোরউ মথনা তেখৎনা বাঙপল তেথনা ।। থপা তুকুমপাপু মথননা হংচিনখিপা । হাওসি মংনাইতপা ।। চীঙঙু মপাউতোয় অরূপা য়াইপী কেচালবা ।। খোইয়ম মসালবোল অরূপাপূ খঙতনতপাকি । তয়ম পায়মা সিনলই লোমপা নোংপাল লাইচ য়ীনুংপঙকুমপানা । সমু খুংনা কাপপা পানতমকুম ।। পানতম মপা লউনা খিচিক্তা বাহোনচথিপানে ।। হে য়ীবাং পুরিক্লাই কেকে পোংলেনহনপাবো ।০।

# য়ীরাং পুরিক্লাই
# ফাং-ফাং পোংলেনহনবা

নয়োল কেকে মৈইরাং লইমা নোংপানলোন মইরা পোনচেনবী ।। মায়থোক লোইনেন্দপা তোম্পল খোশাপা ললহাং লোইকেনপা । হৃদে য়েলহৌইপা য়েলহোইপাপু কায়না হনপম চন্নু । নোংপানলোন মইরা পোনচেমপী পায়ম সনা হুনকোয়নুংকি ।। কেকে মৈইরাং নিংথৌ ফাং-ফাং পোংলেনহনপা য়োইময়াই তাউতনপনা নোংপোক লোয়মায় মথোঙ হংনকনপাকি । ফাং-ফাং খেনকা য়াইপু মইনা হায়না মিংথেংফেপা য়ীরাং পুরীক্লাই ফাং-ফাং পোংলেনহনপাতি হাওরই নোংচুপলনত। হৃদে লানতাখিএ ।। হাওরেং তাপা মসাইকোল অঙউ ঙাগা মপু য়াইতা ।। চুঙলেন থাকুপ হউ ।। থাঙলেন খেরাং থাং !। খংনঙ লংতঙ লেংনা পনথোলপাতি ।। লোইপী মপুঙ তক হাওরেং থুনপী মইমাংচল হেনপা খংচং থুমলে হাঙপোরা ।। পুরীক্লাই থিংকু মথি নাই য়ীরাং মইনা খোং-না খোশারে । হৃদে ল লানকিতি হাওরেং কাইপা নিংথৌ তাঙচ শমপোকতপা হাওরেং হাইন্নকোক সাফাপাপু কায়না হনলকএ ।।

য়ীরাং পুরীক্লাই লোপী হাওরেং লানথপতি ।। মতাইরেন অথঙ নীচা হেনপা ।। ঙাংঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনথা পুংলমাকা ।। পুহুং লানপোৎ মঙাল নাইনা ।। পুরীক্লাই মচা হেন ঙাংঙোই মরায় লাংনা মরান খোনতেরকপাতা ।। লমলেন মতাইমা কেকে খাইতোল লৌথিপনা নোং-পাল ফানতেক অচাপা চন্নুপু হোয়থিরাঙই । মেমন্নু তানলোয় মরুমপী খিং-খিং হইন্নী পুঙতোংপা চন্নু লইমা নুরাংখমপীনা পাউ-হেনলকএ । হে য়িতু নিথৌ খিং-খিং হইন্নী পুঙচা কপো বারৌ-থিপায়ো ।। থংলেন খাইতোল লৌথীপানা নমোম অইপু তরা চনগ-খিকুমপাপু খানাক নীক । য়াংলই কোনঙৌ থোংকুমপাপু তিন্নচুম নীকনা ।। নুনলাং থেংক্লোই নীকলপাকি নোংপাল ফানতেক অচাপা

চনুপু হোয়থিখিরে ।। ইউরেল লোকতাক মরায় খায় লাংলেল মউপী ঙাম ঙামাচউথক্তা তোংনা মরান লুহোঙ খোঙথোংলকপাতা । য়িতু থাঙলেল নখুৎশুনা চইপীবিরো হায়না থৌনেকখোনকি ।। খুংখুবা য়াংকেল তোংপা খিং-খিং হইরি পুঙচা কপো বাগৌথিপানা ।। থাঙলেল মখুৎশুপু থৌতু নুঙমায় শীং ।। লাইচ খীকফেন চাই । থাঙলেল মথউ হেলনা ঙাইখমখিএ । কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনপাতি ।। থাঙলেল মখুৎশুপু খৌরপাতি খারপা কৌএ । অতু নোংকিপু থাঙখারো কৌপাপু ।। কেকে তাপু থিপা মোইরাং হইমন তানপানা থাঙকা-বো কৌনএ । হে য়ীবাং পুরিকলাই কেকে পোংলেল হনপারো । নয় নিংথৌ পুরিক্লাই ফাং-ফাং অতেংপাতি নোংচুপ লইমা চীঙ নোংপোক নিংথৌ চীঙপু ঙমলোননা থাঙকা চীঙলক অচনপাতা থাঙলেল নাপল হাই । কচেং য়োংহকচল থেললেন মরায় লাংনা তানফংখিএ ।। কেকে য়ীবাং পুরিক্লাই ফাং-ফাং পোংলেলহনপা থেললেন মখুৎফা ।। হাওরেঙ খুংঙমথেল হয়েল লালনিকিতি ।। হাওরেং হাইরাকোক সাকাপা ফানা থেলনে কেকে লুথোইপা থেলনে ।।

নয় নিংথৌ ফাং-ফাং পোংলেলহনপানা সনা ফমপাল তোংনা পানলিঙইতা ।। খোইয়ম লংপা য়াইহৈপাকা খাবী য়াইতমপীকাময়াই য়াই-য়েংনঙইতা ।। লংপা য়াইহৈপানা খারী মকন মনুং লউ ।। পায়মা লিনশাং পায়না য়াইনরপাকি । খারি লুকোক চনুতি লুতুরে ।। মপারী চাখরাচা পোনচেমপা অমুবাচা খোকনিঙশুমপানা ।। য়ীপল খারীবু য়াইনপা লংপা মায়পোমপা অনলউ থাঙশাপা লনহাং লোইকেনপাপু কতাইনো হায়না ।। থাঙলেন মখুৎশুপু থৌতু নুঙমায় শীং ।। লাইচ খীকফেন চাই ।। থাঙলেন মথউ হেলনা ।। য়ীপল খিপীকপু হাংখিপা খোইয়াম লংপা য়াইহৈপাপু কতায়নো হায়না য়াইপী কলহউ নীকনা ঙাইখমখিএ । লংপা য়াইহৈপানা চাকখরাচা পোনচেমপা অমুরাচা খোকনীঙশুমপারো ।। নপল খাবীতি কতায়নো হায়না পাউহংপাপু ।। য়ীপল খাবীতি লংপা য়াইরাংচালনা হাংলপাকি নোংমনলে হায়না

মাউখুমলপাত ॥ নপল খাবীবু অই য়াইনতে ॥ খাবী খোমলেন তুমকনপাপু নরিঙইনে । অই য়াহউনিকে হায়না লংনা মৌইংয়াইপু । শিখিরপাপু লুখুম্ন থানফম লেপনা ।। খাবী খোমলেন তুমকনলকানো হায়না য়াহউরপতা । খাবী লুকোক চনুতি তাইপং মালং কারবলে ।। অতু নোংকিপু খাবী থানফমলেলবো তৌনা কৌএ ।। খোইয়ম লংপা য়াইতম বায়নে ।। খাবী লুকোক চনুকা লংপা য়াইহৈনাকা ময়াই য়াইখঙনরপাকি তৌনা নৌনখিএ । অতু নোংকিপু খুয়োল তেসা তেনউ বাবো কৌএ ।।

কেকে চাউপা পুঙপু চাউহনউনা মোইরাং শাংপা য়াইপু অমরক শাংহউনপা ।। কেকে তানাথোং ময়ুং কুই । মোইরাং লেমাথোং মফে পাবহনকে হায়পাকি । খোইয়ম লংপা য়াখনলোয় তরেংমকনা লংপা য়াইরূপ তিলনা ।। নুমিতাং লইপুঙপু য়াকাপা লংপা য়াইরূপ পোংপেখোনপু ।। কোরউ নোংতামতা থবি নোংলেপতনা নাতারপাকি । কেকে লইকোয় ফমপা পুরীক্লাই ফাং-ফাং পোংলেল হনপানা বাহোমলকএ ।। তয়ম কেকে খুনফংথৌ মোইরাং নাইফংথৌশিংবো ।। য়াসুং শোয়াইনতা কোরউ নোংতামতা থবি নোংলেপতনা নম্ম পোংনিন তাপা অসিপু করিনো ।। খোমলেন তুমকনফতেএ । কেকে হুমনা থঙঙা হেপপা মোইরাং লইকাই পোইপাপু নরিরোইএ ।। নম্ম লিনচেল ফংতপা মীবল চোইশা য়েংপা সাইকঙ লইহনপা তেকপী মী-বোক হুপা ।। কাইরই মী-রেন হুপা নম্ম মীরউ লউথোকে খুংশা খোনপু নরিহৈনে ।। সম্ম খোঙখুন থিনা কেকে মীথা-পুঙ মোইরাং মা তুফম । পানম মীয়ানফমতা নোংমনহলবো হায়না ঙাংঙোই লইমাপানা বাহোমলপাতা ।। পুরীক্লাই ময়াথংপু নাতারপাকি মতাইরেম কেকে খুনফংথৌ মোইরাং নাইফংথৌশিংনা । অচেন লোকলৈ হউনা মিংয়েং শানখৈরূপাপু খোইয়ম লংপা মপাউ তোয়নিকিনা চেলউ মীপু নংতরূপাকি ।। মানপী থুংতপনা মুকম্ম লৈতোন কোলনা থুংফাং চাংচউ চেপনা লোলনা রাকংচখিএ ।। কেকে য়ীনিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপাবো ।। পুরীকলাই সনা

নয়াথপু । নতাইরেম কেকে খুনফংথৌ ।। মৈইরাং ঙাংঙোই নাইফংথৌ ।। পুন্না হুপনা মিংয়েং শানখৈরাপাপু । মীরন চোইশাপা সাইকং লইহনপা নম্ব লিনচেল ফংতুশাশিংপু মিংয়েং শানখৈনরকতেএ হায়না বাকৎলরে ।' খোইয়ম লংপা য়াখমলোয় তরেৎনকতি য়াইপা কলহউ, নীবলপাকি । কেকে চাউপা পুংপু ননতা ছলনা খুয়োল লইখোঙ থুবায়রমলে ।। য়ীনুং কৌপা শোয়রকলপতা চোংলউ মিংথিৎলপাকি । কেকে খুনফংথৌ মোইরাং নাইফংথৌশিংনা মুকমু লৈতোন কোলনা চাংচউ চেপনা লোলনা বাকৎচরকএ ।

কেকে য়ীনিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেহইনপাতি । কেকে মরইপাকপু খুয়োল লইখোঙ কায়রে হায়না বাবৎলপাপু নাতারপাকি ।। য়ীবাং পুরীরাই ঙাংঙোই পোংলেলহনপানা বাহোমলকএ ।। তয়মশিংবো অসাই পুইকি য়ীনু সোয়রাইমতা নমু মীনিলখোন নাংপা অতুপু কেকে থাঙতা হেপ মোইরাং লইকাই পোইপপু খাচীকএ ।। খোইয়ম লংপা য়াখমলোয় তরেৎমাপু বোইঙমলে । লংপা য়াইরপ বোইনা হৈনা মতুং য়িলনা লৈহউপপু কনা লৈপনো । হোয়তা কেকে য়ীনিংথৌ ঙাংঙোই পোংলেলহনপাবো । লংপা য়াইরূপ বোইহউপাতি মোরি লৌশিংপাতি খানলই লউতপু বুঙমএ হায়না বাকৎলপতা ।। তৌয়িকিতি য়িতাইরেম শিংবো মোরি লৌশিংপাপু থুনা কৌরাবো হায়না ঙাংঙোই পোংলেলহনপ না থৌশীথিএ কেকে নমু সমু খোঙনা য়াঙপনা অচেন লোকলই হউ ।। লোকলই খুতোল হুননা ।। খানলই মরউলেনতকি মোরি লৌশিংপাপু পাউকৌরারে হায়তপারা ।। কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনপতি অচেনপপু অপাইপাবো কৌএ ।। অতু নোংকিপু মোরি পাইরউ লমনুংসিবো তৌনা কৌএ ।।

মোরি লৌশিংপাতি কেকে পোংলেলহনপাকি সনা মখোঙ খাতা বাইথুংলরপাতা য়ীবাং পুরীরাই ঙাংঙোই লইমাপানা বাহোমলকএ । তয়ম মোরি লৌশিংপাবো লংপা হৈনা মতুং য়িলহৌপা নঙতি শামা মমৈ বায়না লংপা য়াইরূপ বোইহউএ । খুয়োল লইখোঙ কায়রপা

রপতা ।। ঙাংঙোই অমরক মরাঙ হউ ।। কেকে মনিঙ নাইপাপু হৌরক্লে হায়তপরা ।।

নত্তু কেকে নিংথৌ য়ৌবাং পুরীক্লাই ফাং-ফাং অতেংপা ।। অঙানপা খেনকা য়াইকুম সনা ফমপাল তোংফপা ঙাংঙোই পোংলেল হনপানা লইকোয় ময়াইরেন ।। হয়েল লালনিকিতি নোংয়াই অমু তরমঙ হাওচেং নমপোককি ।। লোকতাক পনয়া কোয়পাপু লইম্ম সেংতাকনা লইহাও সেংবোইপুঙ ।। অয়াঙ লেমথোং পাখংপনা খোঙচঙ (য়াকা পুঙ) য়াকা-ফমপু ঙমলোন নাতৈননা ।। কেকে লাইখু য়ী ।। মোইরাং লাইহন য়ী ।। নাইখুকোমপা কোনপু ঙমলোন নাতৈননা ।। চৌঙঙ্‌ মারচৌঙ খোঙখুন থিপু লইকাই য়ৈরমননা ।। সঙলেন মখুৎফা কেকে কংলা তোংনয়াইতা সঙলেন মরায় লাংনা তাউ খঙগে হায়তপারা ।। য়ৌবাং পুরীক্লাই ফাং ফাং পোংলেলহনপা অহোঙ য়োয়থোনসঙ ।। হয়েল লালনিকিতি কংলা সঙচি অমতা পানপা কৈচেং লাং কৈরেল য়েকলাপপু লইম্ম তমনা সেং-তাকএ ।। কংলা সঙচি অমতা বোকলেন লাপা খারোনপা থিংলউ য়াফৈ-পাপু লইহাও তমনা সেংবোইনএ ।। কংলা সঙচি অমতা কৈপী য়েক সাবোম য়াউরউ খুচুমম্ম সাবোম থারায় তঙপু লইম্ম তামনা সেংতাকএ ।। কংলা সঙচি অমতা লোকখা নিংথৌ য়েনকোইপাপু লইহাও তমনা সেং-বোইনএ ।। সঙলেন ময়ায়লেনতি লাংমই লমপুপা অয়াঙ ফানচা মনাও ।। কোঙয়াং লীকসিম্ম মখুৎ মোইখুৎ তানপা মমায় মোইমায় ইনপাপু লইম্ম তমনা সেংতাকননা হোঙনা সঙনে হায়তপারা ।। কেকে য়ৌবাং পুরীক্লাই ফাং-ফাং পোংলেলহনপা সনা ফমপাল লাং মোইরাং কংলা তোংনা য়াইতা তানকমপা ।। পুরীক্লাই থায়াং মথৌ মল ঙাংঙোই চুঙশেল মরা-লবোনতি হাওরই নোংচুপ পাংপা লমতা খোশাপানে ।। চৌঙখোঙ পোইরইতোন মম্মা লইনুং পিয়ানুচা খোংফং অতোনপানা। লোইপী শিঙপা হেমপা মাতপাপু খুনথিরকপাতা য়াংলই ভাউপা মহুয়চাপু থাঙলী য়াওথং লাং মুঙপী শানন ফুপাক লাংনা খুরুউরপাকি । চৌঙখোঙ পোইরয়-ভোলনা খিংলউ নীংনা তেনা শোংপু মনু চঙপু লউরইএ হায়পাকী লাংতে

লউমন লাংবো তৌনা কৌএ। লাংতে লউমন লাং লোইরেল সনা পুঙতা।। থারম মচাঙকা লাংতে য়ুময়াই খায়না পনথেংলপাত্তি।। লোইপী মপুঙ কায়।। মইরি ঙাংকোয় পাই।। মইথু নোঙতোল কানা হেন্নপা খাংচেল থুমলে।। পুরীক্লাই থিংকু মথিনাই য়ৈবাং মরাঙ হউ চুঙলেপ হমফু চোং কাওরেল সনথা তর। লাল্লনা খৌশাপানে।' হুয়েল লালনিকিতি খারম লাংতে মনিংথৌ হুঁকোক কুমপান লৈনা খাংনৌপা।। কাইরং লোংচন লৈনা কোকহেনপা।। নৌকলাং ঙাংবোই শিনা থৌরাংপা তরেৎ শেনতাম শিনা হেনমোইপা।। লুপা ভাচিন শিনা সকহেনপা। খারম লৈশোক ঙাঙপানা চুপালেন নাপপা ঙানা হেনমোইপা।। মালেম লানশঙ লানথৌরাংপু কায়না হনলে। কেকে মথি নাই পুরীকাই মচী হেন য়ৈবাং মরায় লাংনা ঙাংঙোই থয়াং কোনতাই যোনপা পুনমকা।। কেকে মথি নাই মোইরাং মরাঙ হউনা হলমাইরকলপাতা লানপোৎ চরই ফিবই পানপু পুন্নুং মঙাল নাই ঙাংঙোই খুনয়ায় চং।। থোংখোঙ লানকা হা কেকে কংলা তোংনা য়ৈইতা কোঙয়াঙ লালহৌই চইপু কৎনা কেকে চেংচা মুঙকোইপীতা হুবেল লানচললে হায়তপরা।।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপানা হুংঙাই মরাং কায়না কেকে লইপাক ঙাকলিঙৈতা নয়ুখে ইয়ম লাইরিংথৌ কেকে শাংমাপা থংচাঙ কোয়রেল লাই মারলনা।। খোইয়ম লাইরী লাং কোরউ পাউ তাকপা পুনমকপু পাউতাকপিকে হায়পাকি।। খোইয়ম মশালবানা চৈঙঙল মতৌ বোনথোকপনা নমল পুকনীং ভমলপাকি।। কেকে চাউপা পুচ মোইরাং সাংপা য়াইপু কেকে চৈকনেমলে মোইরাং থা নেমলপাতা।। পাখং য়াকাতা মুরা পোংনৈতা। খুয়োন হুইথোং য়েনখোংতা। নাউমা অশিংনা পলেম পৌথিতা নহা মুপীনা খোমথিতরপতা নয়ু কেকে লইমাপা ক্বাং-ক্বাং পোংলেলহনপাতি নিংথৌ পায়মা মুংপু লাইচ য়ীরৈ চনকুম মুংপঙলপাতা।। লইমা থাব্রা লাইহউপী থমতোং নিংথৌ চন্নুনা। কেকে য়িনিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপাবো।। কেকে পারী লাং মোইরাং লাংপাপু কৈঙৌনো হায়রাতা।। কেকে ননিংথৌনা হরাওনা

হোয়য়াখিরো ।। কেকে অমাইপা থিংকোন মোরী ফাউপিয়াচা লাংচেং লাইমইপাপু খোমলেল মঙচঙহনশে হায়রপাতা । কেকে মোইরাং নিংথৌ ফাং-ফাং পোংলেল হনপানা ।। কেকে য়িমাইপা লা চেং লাইমইপা নঙতি খোমলেল মঙঙমলুবো বাহোমলপাতা ।। 'থিংকোন মোরী ফাউপিয়াচা লাংচেং লাইম ইপা মংথি মঙচুমপা । মংপোৎ অয়ামপা চাপা ।। খোম লেন মঙচঙ থৌপানা ।। কেকে য়োইকলা মোইরাং কংলা তোংনায়াইভা ।। কৈরোয় মঙতারৱক মনুং খোমথোনলুক । ঙাইথোং তোনপা পানৌরৱকতা চেঙঙৌ ফাহাপনা য়েরৱম কাংখিলনা অরেং মরায় য়েং ।। নোইনুম কাকু-পনা সিং লাকায়োম কুরেক খাইচা য়াললনা । য়েনপা খুরউ থাং ।। ফিম লাইরম শী ।। লুথুম মঙপোৎ থানা ।। খোমলেল মঙচঙখিপাপু ।। খোইয়ম লাইরিংথৌ কেকে শাংমাপা ।। ঙাংঙোই য়েকমাপা থংচৌঙ লাইমরৱনা খোমলেল মঙপাউ চেনলকলে । তয়ম থিংকোন মোরী ফাউ-পিয়াচা লাংচেং লাইমইপা ।। কেকে ননিংথৌতা হায়রৱো ।। কেকে পারী লাৎপপু করিকি থৌকাউপনো কেকে কচেং অমনা থবী থবা লাৎলো ।। মোইরাং মচেং অমনা মইবী মইবা তাইবো ।। খুয়োল মচেং অমনা লইগা নোংগা তাইবো ।। কেকে মচেং অমনা কুরেক ঙাইথোং লাৎলো ।। মোইরাং মচেং অমনা য়াইপী ফেনতঙ তাইবো ।। খুয়োন মচেং অমনা লাইচিল নেংকাই লৎলো ।। ঙাংঙোই মচেং অমনা সাপনলী হংকেন তাইবো ।। খুয়োল মচেং অমনা লউকুম লউকা লাৎলো । কেকে মচেং অমনা কুমলেপ, মোইফেন নেমবো । মোইরাং মচেং অমনা খৱমন পোং-থৌ লাৎলো ।। খুয়োন মচেং অমনা য়ীমপুঙ, তাইবো ।। কেকে মচেং অমনা ৱতোম ৱফাং লাৎলো । মোইরাং মচেং অমনা য়ীপুম পামতাই লাৎলো । খুয়োন মচেং অমনা লউরু খোংলেন লাৎলো ।। কেকে পুমনা হউ মোইরাং পাঙ্গা তাইনা থাঙকা চীংলক, চং, করাং তাইবো ।। অতাই চীরাংলো ।। মেবা য়েনচনলো । ৱকাক খাঙপা লমতাইবো ।। তানথোং লেনথোং চেনবো হয়না খোইয়ম লাইপাউ চেনপাপু ।। য়াংপা মরোল শৎনা খোমলেল মঙফাউ থাকি ।। কেকে অমাইপা থিংকোল

মোরী কাউপিয়াজা লাংচেং লাইরইপানা কেকে মনিংখোঙা ।। মামনী খুংজপনা খুকম লৈতোন কোলনা ।। চাচই চেপনা কোলনা. চাঙঙ্ কোমোয় মপাউমেনপু খাকজনা জমলপাতা ।। কেকে মচেং অমনা থবী থবী লাংলে ।। মোইরাং মচেং অমনা মইবী মইবা তাইরে ।। খুয়োন মচেং অমনা লইকা নোংকা তাইরে ।। কেকে মচেং অমনা কুরেক লাইখোং লাংলে ।। মোইরাং মচেং অমনা য়াইপী কেনতা তাইরে ।। খুয়োন মচেং অমনা লইচিন নোংকাই লাংলে ।। কেকে মচেং অমনা সাগমলী হুংকেল তাইরে ।। খুয়োন মচেং অমনা লউকা লউকুম লাংলে ।। মোইরাং মচেং অমনা কুমলেপ মোইফেন নেমলে ।। কেকে মচেং অমনা খুনম পোংখো লাংলে ।। মোইরাং মচেং অমনা য়ীমপুঙ লমপুঙ তাইরে ।। খুয়োন মচেং অমনা খুতোম খুকাং লাংলে ।। কেকে মচেং অমনা য়ৈপুম পামতাই লাংলে ।। মোইরাং মচেং অমনা লউরু খোংলেন তাইরে । কেকে পুমনা হউ ।। মোইরাং ঙাংঙোই পাকনা তাইনা খাঙক চৌঙলক চঙ করাং তাই-রপাতা ।। চাঙঙ্ মথৌচানকি খোয়োল হুইখোং য়েনখোংতো নহা মুপীনা খোমথিতরপাপু । খুয়োল হুইখোংলক্লে । কেকে নাউবা অখুপাশিংনা পলেম পৌথিরকলে ।। পাখঙ য়োমলোয় হউ । মুরা য়োমতাং শাংনা লইপুঙ য়াকারে ।। পাখঙ পোংপৈরে । লইরক শিনশু মনিল নাই নমু মীয়াম চংনা । ঙাংঙোই নহা সাপন লউপাশিংনা পুয়ী ঙাকুম খেরাং থাং লাংয়ী ঙাকুম থরায় লেপতম চোংনিঙলকলে ।। পাখঙ খুরাংমেই খাঙনৌপা পামেল চুমলই মহনলকপাশিংনা । সামু খুংশম পানলোইনা মুংশি সমইরেলনা ।। সগ্রীক চোমচাউ থীঙ ।। লাংপল তউতরি খোং । থাকমা খোনমান শকনা পাউতোয়নরকলে । কেকে চনুরা নুরা সথা তোংপী । মপল খাংখা নোংলুমপাল ।। মতু য়াখোঙ চারেমপালকি । খুয়া য় চোংতা খুতোন নাহইতনা পানপী । লাংপল লুহেন চেক কুমপিশিংনা । খোয়-নৌ মঙাইরোয় নাই । য়ামচেং মকেংলোয় পুমনা তিলনা ।। চরই ফিনৌ সেং । লীকলাং কোনকা থাইনা । শীংজেন চুনপা লইরাং নোংথিপাপু মোমনু তাঙচ সমলক খায় ।। চুপলেন নাপু ঙালনা ।। অনৌপা

হৌলোবাই থোকলক্লে ।। অয়ম লউরম চয়ু অনুপী ।। অমা চাতানবীর লোইশোম নউয়োকলোয় ।। লোংবা নৈপু খোয়াতাপী ।। লোংপু নৈপু পংতপী ।। মথা ঙলথোম্ব চোং ।। চোমনাং লাইরক কাপশিনে ।। মপান কাইথা থৌপায়কে হায়রাকি ।। মোমনু য়াত্রেম মথন্ত সওনা ।। লোইপী থিংপা চোমনা নাহৌনা ।। মরাক চোমবা মহেন থোইনা ।। মতু নিংথৌ থানলই লউকনথেকপাত্রোয়শিংবা ।। খুংপাক তাপুং হু ।। হুকোই লেপ-লউ শা ।। মোয়না ওমতম হউ ।। কইরোয় মনিল মাই ।। মরাউ মরাং কায়রকলে ।। সংমায় হকুকমতা অমু মীয়াম তিলনা কেকে মরাও হউ ।। মোরাং মনিল লাইনা পানলক্লে ।।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপা । খুয়োন লইখোঙ কায়রপাপু মালেম লইতাইপা ।। কেকে সনা ফমপাল-লাং ।। মোইরাং কংলা তোনয়াইপু হালনা তানকংপা ।। মৃতিক পুনং অচউ মইকুমপা ।। চৌংঙ কোনলোয় মপাউমেলপু ।। খোইয়ম লাইরী থিনা খমলাং পারী কাইতপা ।। য়ীরেং পুরী নিনতপাতি ।। নয়ু খোইয়ম লাইয়ি থৌ ।। চৌংঙ য়াইপী পনলোই তানপা মথৌচানকি ।। নুংঙাই মরাং কায়না পানলে ।। কেকে লইপাকপু কুরাউ পলনং য়ুংপাকি ।। লোইপী কনানা অকেং থিরতা ।। হেমপা করমপানা অরউ লঙচতনা পানলে হায়তপারা ।। হে য়ীরাং পুরীকলাই ঙাংঙোই লইমাপাবো ।। নয়ু নিংথৌ ফাং ফাং পোংলেলহনপা । কেকে ফমপাল লাংপু ।। লাংহৈ কুমশিং ৮০ তানফংপ্পাতি ।। চোয়নৌ সনা শিংহলকিপু হুনপানে ।।

# য়ৌবাং পুরীক্লাই তেলহৈপা

নযু কেকে মোইরাং লইবা।। খায়োইরোল মেনতোমন্নু।। মশাক নোংয়াই লইকোযপুও। খুমন তাউতেক কোননা তা।। খুনচা'ন মেনকালুক মেনখায়াং। হইরেম খোইয়ম লাইশাপানা।' খাকোক লুতাতুপ।। পানখোং লুতা থেংনা খে'ইয়ম লাইশা বাই।। অতোন তাউতম কোয়পনা থ'ওঙা লোঙলেন মখুংওনা চইপীবায়'। নোংয়াই খোংথিনপান খুমন লাইচি'লম অতোন লাইকাপানা।। নে'ংপা'নলোল চেকায়পোক।। খুমন নামতুম খায়িপানপু পুমনা চলনা অশইপা চন্নু।। খ'য়োইরোল মেন'তামন্নু প'য়মা সনা ওনকে'য়নংকো পুরীক্লাই য়ৌবাং তেলহৈপ'গো তৌনা কৌএ।

নযু নিংথৌ পুরীক্লাই তেলহৈপাতি হাওরই খানা পাংপা লমতা খৌশাপানে। মোংপা লেইকেনপা কাকলেম লানখাপা শোপোন খোংকনপা লম।। লোইপী নুঙতেক মপু'য় ইতা হএল লানথাখিএ। লোইপী মচীঙকা, শোপোন মাংওইচিন হেমপা পনথেং হো লোইপী য়ুময়াই খাব ঙুঙতেক য়াকা চাইনা খারম পামতালনরে। পুরীক্লাই থিংখু মখিনাই য়ৌবং মবাও হৌমা খৌগারে। হএন লালনি কিতি লোইপী নংঙুতেক মনিংথৌ বায়র তেলহৈ শকপা য়ৌবাং তেলহৈপানা কেকে ফমপালতা চহি ৫০ পানলি ভৈতা হেনই নহাকা থোংনাং লাইরৌলেমপিকা অনিকি লাংবোন লিলা শাবখি। নযু পুরীক্লাই য়ৌবাং তেলহৈপাতি চোয়নো সনা মিংহলকিপু হনপানে।

# "য়ীরাং পুরীকলাই লাইফাচেং"

নযু কৈকৈ মোইরাং লইলা ঙান্নুরোম ঙারেপা খইকপা থোংঙাই তেমফাপা।। লাললোয় মীঙাথোং সারেল মীঙংলাংপু হাইহৈপম চনু ঙান্নুরোল পায়মা সনা উনকোয়নুংকী। নযু নিংথৌ য়ীরাং লাইফাচেং অভেংপাও তৌনা কৌএ।। পুরীক্লাই থায়াং মথৌমল ঙাংঙোই চুঙশেল মরালওন্নতি হাওরই নোংপোক লাইনা পাংপা লমতা হুএল লানতাখিএ।। লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোংপাকা।। মশানৌ য়োরহৈতোন তাউথিং মাংকা লমওকনপা লম।। লিনলোং শাহৌ পাংপু ফৈনা সম।। তাকয়ি য়ীয়া হেপ নোংপাল খুম্বরোং অয়াঙপা য়াউরৌ সানা থাহ্ল।। য়্রামলা লমতম থি য়িতম চৎথোক পাল কৌশাতি কৈতৌ নোংকিনো হায়রপাতি।

নোংপাল খুম্বরোং অয়াংপানা য়াউরৌ সানাকে হায়ঙৈতা।। মোমনু তানলোয় মরমপী অহুই অরাংপম চনতা পাউমেনখিএ। য়োইপুনাইও নখংলেল ঐতি লাপা খুমনপু য়াংতৌ সারম লীশাপু ফায়েং নোংফাইকে চৌঙঙ য়ারেককে। ম্লোমন নঙতি নতা খুনপোইকন লৈকাই থামপী মৈরৌকনৌ।। তরেংখোং ফাংনও।। নথংলেল ঐপু ককলু খুনামপা হাউনা খুরৌপাপু লালনংকানে।। হায়না পাউনেনলমএ হায়তপারা।। নোংপাল খুমুলোং অয়াঙপাতি য়াওরউ সানখিএ।। মোমন তানলোয় মরমপিনা মতা খুনপোইতা লইকাই থামপি মইরৌতপাপু। খোরনউ মতা নোংপাল ঙাখাপম নিংঙোনপি লুয়াং মেনলৈপম হনচপিনা পাউহংলকএ। হেংশ্লায়নউ য়িতা অহুই অরাংপম চনও।। নঙনা নতা খুনপোইতা লইকাই থামপী মইরৌতপাপু কতৌপানৌ হায়খিএ।। খোয়নৌ য়িতাতো থংলেল খুম্বরোং অয়াঙপাপু।। লীপা খুমনপু য়াংতৌ সারমলীখিএ। থংলেনপু ককলু খুনানপা। হাউনা খুরৌপাপু লালনংকানে।।

ওকলেন লাপানা য়্যাপললকানে হায়গাকি য়িত্তা খুনপোইতপানে ।। হায়না পাউখুমথাপু ।। নোংপোল ভাখাপম নিংডোনপি লুথাং মেনলৈপম হনচপীনা পাউমেনলকএ । খোয়নৌ য়িতাথো ।। নথংলেন খুময়োং অয়াঙপাতি ।। লাপা খুমনপু চৎতে ।। য়াংতৌ কৈতৌসুংকি সারিম লীরকপামো ।। চকপা খোংখোঙ লইহউ নুপীতা । সোয়খোঙ তাই-থেৎনা মনুং খোঙকা প্পারইনরে ।। অতুকিপু ফায়েং নোংকাইপা চৌঙ-শুং য়াইরেকপানে ।। য়িপাম নোংপালনা তেথানা ।। লোংপু য়াম-পিতো কৌএ ।। মোমন য়ামপি লুরোয় থোং ।। লেমলৈ ভাতাপা শানা ।। নথংলেনপু মিংয়েং সানথৈরসে হায়না য়াহোরকলে ।। নোং-পাল ভাখাপম নিংডোনপি ।। লুথাং মেনলৈপম হনচপিকা ।। খোইনৌ মতা অহই অরাংপম চনকানা ।। য়ামপি লুরোয় থোংনা ।। পানম চংথোক্লকপাতা নোংপাল খুমরোং অয়াঙপানা মরাল ওনতেরকপাতা লমওকনরে ।। য়োইপুনাই নঙপু নতা খুনপোইকুনো ।। লৈবাই খামপী মৈরৌকুনো ।। লাইচ য়ীসোকতনা তুয়েল মোংপা নায়নৌও হায়পা নৎতপারা ।। পানম কৈতৌপা চংথোকলকপানো হায়না পাউহপাপু ।। থংলেনও মোমন ঐতি য়িতা খুনপোইতে ।। লৈকাই খামপী মৈরৌত-পাপু । খোইনৌ য়িতা নোংপাল ভাখাপম নিংডোনপি লুথাং মেন-লৈপম হনচপিনা ।। নথংলেন খুময়োং অয়াঙপাতি চকপা থোংখোঙ লৈহউ নপিতা সোয়খোঙ তাইথেংনরে ।। মিংয়েং সানথৈরসে হায়না য়াহৌখোনকী ।। মোমন য়ামপি লুরোই থোংনা ।। পানম চংথোক-লকপানে ।। অতু তারকপাকি য়ালং মথি নাই ।। থমকোল মরাং হৌনা ।। লুথাই কোয়রেল থককি ।। য়ামপি লুরোই থোংপাপু ।। লাইচ য়িতা হনথখিরে হায়না পাউমেনলপাতা । মথংলেন খুমরোং অয়াঙপানা । খোকথৈ তিমেল মথুংঙনা ।। লাইচ অহকপরা য়িমু অপাপরা হায়না জমলমলে । অতু নোংকিপু য়িতম চংথোকপান ।। য়ামলা লমতমথিও তৌনা কৌএ ।। য়ায়না অতমথি ।। য়িমু চং-থোকপানপু কায় চোং ।। লৈমা লৈনাউতাপিনা পাকোন লুতা থোংনা

হুলথাইলম ।। মসানৌ চীঙখোঙ পোইরৈতোলনা ।। য়োংপি চৈথ মখুংথনা ।। মালেম লইতা য়ুংনা খুনখৈ চীঙ । কহৈনৌ লৌচীঙখৈ হেমপা থাপা চীঙপূ নাতৈননা । তাংখুল লমপুই মপুঙয়াইতা ।। লোইপি মচীঙকা । হেমপা য়াওকোক তালনা পনথোলপাতি ।। লোইপি পামতালনা লমপুই মপুঙ তাকলে ।। পুরীক্লাই মথিনাই য়িথাং মৈনা ওংনা খোশারে ।। হুএল লালনিকিতি ।। তাংখুল লমপুই মনিংথো ।। মুঙসল লায়পা লানথোয়াংপূ কায়না হুনপা ।। পুরীক্লাই লমপুই লানথাপা ।। য়িথাং লাইফাচেং অতেংপা ।। থয়াং মথৌ-মনতি অতুনসু মতোমতে ।। হাওরৈ নোংচুপ পাংপলমতা খোসাপানে ।। লোনলোই মতাইমা তোনপান মফেং তাউরেল খোমপানা ।। চীঙতা কানা পাময়ানপা ।। লমলেকসাংনা হাও-ওইপা মথুনলেল ।। লোইপি খুরোয় মপুঙয়াইতা হুএল লানতাথিএ । কেকে মথিনাই য়িথাং মরাংহো ।। লোইপি মচীঙ কানা পনথেংলপাতা । সেংপু শামতালনরে । খুরোয় য়াকা চাইরে ।। পুরীক্লাই থীকু মথিনাই ।। য়িথং মরাঙ হোৌনা খোশারে ।। হুএল লালনিকিতি ।। লোইপি খুরোই মনিংথো ।। বাওরেল সলমিংনপা হুএল লমপু অথৌপাপু কাইনা হুনলে ।। হায়তপরা ।। নয়ু নিংথৌ কপুই খুরোয় লানথপা ।। য়ীথাং লাইফাচেং অতেংপাতি । চোয়নৌ সনা মিংহুলকিপু চুনপানে ।। কেকে ফমপাল লাংতা । লাংহে কুমশিং ৪২ পামলমএ ।।

# য়ীরাং পুরীকলাই বুরা খুনতাপা

নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা । তমপা থাংঙমলোন নাউরেমতোন ।। মথাই ফাপি ।। কংলা থানপি । লাইরেল মপা মৈতেঙু বুরা কোনথোপা ।। পানম নুমিং থোকপু চুনপা ।। নাকা-নুকি চৈহোপা । খোইয়ম পোককি চৈথকপা ।। খুরোয়পা তিললাং খোমপা ।। য়িমু

থক্পা ।। লৌনাম সনকোন থৎপা য়িদৈলৌ ।। মৈরা পোনচেল লমতা খৌশাপা ।। হুএল লালনিকিতি ।। লংমাই থিকমাইরেং ।। কুমপা নাউশং ।। থাহোং চানতৌ ।। লিকতোম থোয়াং অথৈপাপু কাইন- বনপা ।। মমোম তমপা থাংজমলোন ।। য়োইরেল সঙনামং । মং তিংননা য়িমকুপসঙ ।। মোমলাংননা সাইতাসঙ ।। লথায় চেংকরকনা তরা চাথোইসঙ । পুঙং চেকায়পাকনা থানথোংসঙ । নাচাও পারই লৌসং । থোংখু পারইচিং সঙ ।। অতোন মোইপুঙ লোকপা ।। থেংপুচা কোইজমপাপু ।। য়িমচিন চকো নারেং থোংনাসঙ ।। কায়রেল ঙৌপা মচন কোনথিং তাউপি হোংনাসঙ ।। য়োইরেল সঙনাসং ।। ললউন তানপি চেংলৈ থাংকোনলেল ।। থাংকোল তমপাক লৈনামং থায়াংপাপু । লুমসঙ অথৌপা মুকাপসঙ ।। চাখা য়োংখুন খুঙজমসঙ । অহেং খাকপাচা ।। থাংকোল লাইনরা থংলৈ য়ুরান সঙপু ।। থাংকোন লাইকারেমপি ভুপি য়োইকালা ।। তিংপি থাফোংলাকপু । কংলা থানপি নাকা খোঙতোংনপি ।। তোকফন ললউন তানবি ।। তমপা থাংজমলোন নাউরেনতোন ।। পায়মা সনা উনকোয়নংকী ।। মপল থাংজমলোন থাংকোল লৈকালেনপিনা ।। লাই- রেল মপা মৈতেংঙকী ।। কোলোই ময়াখংপু হোংতনা নি যোংফপা ।। লাইরেল মপা মৈতেংঙু উরা কোনথৌপাকী ।। কোলোই মনিংথোংপু মৈনা থাইনা মিংচুপা ।। য়িথাং পুরীক্লাই থুরা খুনতাপাতি ।। য়োইপু খোইমোম লাইরৈমা ।। খুয়োল য়াংলৌ লমমাইনপি ।। কেকে তান- থোং লমমাপিপু ।। কোলোই সিনপনা । লাংহৈ সনাউমনা । তান- থোং চেলনা তালনা কুমশাপা ।। লেমথোং চেলনা তাননা কুমওইপা ।। খোইয়ম সামন লীকিননা ।। তানথোং মঙাইলোয় । লেমথোং মহী- শাং পুমনমকা ।। লমলেন য়াওতাউ য়িক্ক । লেরা শাফুতাউ ।। পাখং চীঙকারম ।। নুরা পোৎতানলম । সৈংকোই থাংঙালোকও কৌপাতি কৈতৌনোংঙ্কিনো ।। -কেকে হাওয়িম কোয়পকা খুয়োল হাওতলিপাকা ।। লমলেন য়াওতউ য়িমক্ক । লেরা সাফুতাউতা পানপা থাপু । লাংলেন

মপাল য়ান ।। লোকলৌ তোনখম লৌনা ।। লাংলেন কোঙয়াং বা-য়ানঙৈ ।। কেকে হাওয়িম কোয়পনা ।। য়িনেম মচা লোকনুকিতমক পু ।। কোঙয়াং লুথোং পোংপু ঐ হালনা সেমকে ।। খুয়োল হাওতলি-পনাহুং ।। য়িমান মচা তোনুকিতমকপু ।। লাংলেন মাউপি চোমপুল ঐ হালনা লাককে হায়না ।। কোঙয়াং বামুলনখিএ ।। তমপা মীথনখায়নি-কিনা হাওমবুনা লেংকাই চলনা ।। মোংপা তাচিন খুরৌ য়েংনখিএ ।। খুয়োল হাওতলিপাপু ।। কেকে হাওয়িম কোয়পানা । ফৈরামতান থেকনা হনথোকলে । কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনপাতি । ফৈপাক-পু সেংও কৌএ ।। তেকপাপুতি কোইরপাও কৌএ ।। অতুনোংকিপূ সেংকোই বাংঙা লোকও তৌনা কৌএ ।।

নোংচুপ থারা নহা লমও কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো । নোংচুপ হুরা কোংয়ামপি । খুমন থোনপম চনু ।। খোইনৌ লৈরি কৌপিনা ।। খানলৈ লৌরং চাই ।। লাংলেন কোঙয়াং বাক্কোন সাকাপা ।। লবাই কামু থোক ।। খোইনৌ তে থোক হৈরোইনাইপূ ।। লাংলেন খাংতপ পায় খুংপাক তিনলাই মেন ।। থৌরৈ তোলনা লং ।। য়োংয়া খলতৌ-না য়ুপা খুমন তাল । য়াংতৌ মমৈ সম । বাহৌ খুনফাও তুপনা লৌ-তাপাতা ।। মপারী নাউবা অথুপা ।। চেংকোই কুককু মীরোন থোকত-রিপাপু ।। খানলৈ য়ুপুঙথকতা ।। য়াইনা মাইথানা । য়িনলুম সোক-তোং লানা থককা থোংনা । মপারী নাউকা হুমনা লৌতাপাতা ।। য়োইময়াই তাউতলপানা । মিরেল চেপনা লৈ ।। মালংনা হমলকপাতা নুরা কানক খোইতম য়ি ।। মোমনু অবা হুইরাংয়ি । লোকলৌ নমখুয়ি ।। সবা পোনথন য়িপু হেনা ।। মোমনু অবা হুইরাং সোনলপাকি ।। মোমনু খুংলঙ তেরান শৈনা পাউমেনখিএ ।। খানলৈ লৌনা চাউ ।। নমু পোংনা বাংপকী । খানলৈ য়িঙম ফংতরে ।। লোইয়ম য়িমান মচা ।। লহান নাউবাঙৈকি ।। য়িপল শানতাবতা । য়িতু শানফোঙতনা ।। পলেম পীঙমনা । পনথৌ পাঙমনপা নঙপু ।। খোইমা নারোল নুংতা শানথুপলিপরা ।। মোমনু হাওরা সোনখৈ নীক ।। য়েনপি হুইয়া

লোমলে ।। থৌরৈ তেংপাংলমও । হায়না পাউমেনলকপাপু নাতারপাকি ।। মপারী নাউবা অথুপা । য়িনলুম সোকতোংনুংকৌনা পাউথুমলকএ ।। পমেম য়িমা নোংচুপ থুরা কোঙয়ামপিও । পলেম নঙনা অথা হুইরাং সোনলপাত্তি ।। নপারী খৈপু লৈএ ।। পলেম থৌরৈ তেংপাংকে ।। চেংচা ঙমলুমকে হায়না পাইখুমলে ।। পমেম মমা থুরা কোঙয়ামপিনা । য়ুপু-ঙথক্তা খোমনু খুংলঙ লৈথা লাউনা থাকমা শৈহৌরকপা নঙপু কনানো । হায়না মিংয়েং সানখৈখিপাপু । চেংলৌ মিংথিংঙরপা ক ।। য়িনলুম সোকতোংনুংকিনাউবা অথুপাপু ওইরমলে । কোরৌ নোংমতেনকি লাইনা লাউথরকপন্না হায়পাপু । পারী নঙতুম ওইরমলে ।। য়াবা করম লোন খঙপানো । কেকেনা তে থানা ।। মোইরাংনা মিকৌনপাত্তি ।। অথঙপাপুত্তি অরাপাও কৌএ ।। পারী কোলোয় মমিংথেংপু থারা নহা লায়রপাও কৌনা মিথোংখিএ ।। অতু নোংকিপু নোংচুপ থারা নহা লমও তৌনা কৌএ হায়তপরা । পাখঙ চাঙকারম ।। নুরা পোংতানলম সেংকোই থাংঙা লোক ।। য়োইতাউ য়িমক্ক । লেরা সাফু তাউ ।। নোংচুপ থারা নহা লমকি লমকা হৌনা ।। তোমসোন লুরোয় থেংনা য়াংনে ।। হএল লালনিকিত্তি । চোথে নিংথৌ কোনথৌপাত্তি ওকলৌ লমকুমনৈএ । অতেন লমতোমচা ।। সোরা য়াংতেকচাপু । পুইতিং লমকানৈএ হায়তপরা ।। কেকে লমাপী । মপল থারা লাইহৌপানা পোকপী ।। মপাম থারা লাইহৌ চাঙপু তানা খনলিপী ।। থায়োইরোল খোনমুম ।। পুইতিং নুরা হাপু ।। কোনলোই শিনতাবনা ।। লাংহৈ শিলতিননা ।। খোইমোম শামন লৌকিননা ।। কেকে অনৌপা মরাঙ হৌ ।। মোইরাং মনিল নাই । তানথোং মমুং কুই । লেমথোং মফৈ পাকনা পানলে হায়তপারা ।।

নমু নিংথৌ থুরা ঙাংঙোইপা ।। খয়াঙ মথৌমল ।। হুঙসেল মরাল ওনত্তি ।। হাওরৈ খানা পাংপা লমতা খৌশাপানে ।। তুরেল মোংপা য়িমৈ থানা লোকখা মনিল নাই ।। হাওবা তানাতনা পানলিঙেনে ।। কেকে চাউপা পুঙতত্তি ।। চংনিং পরেং লৌকপু । কৌকা কৌপা মথকতা

পুরীক্লাই থয়াঙ মথৌমল । য়িরাং হুঙসেল মরাল ওনতি অতুনাম্ন মতোম তে ।। হাওরৈ নোংচুপ পাংপা লমতা খৌসাপানে ।। লমলেন মতাইমা ।। লুরাং হাওনু থুমপা চনুকা । হাওনু নামপা চনুকা । মমান মচা নোংয়াই হাওকোকথোং ।। খুমন তাউহুই য়াইকা ।। সৌঙপি লুরোয় থোংনা পামেল সৌঙচল লম । খুরোয় হাওপা লমমাংতোঙ । বাঙম পালোই মনিংথৌ । নোংপাল ফানতেক সোকলাইপানা ।। চরৈ হাওরং ফাইনা থ্রমকুপনা ।। লৌকসং পরেং সাইতনা লোইচৌঙ নিনতুম নিল ।। লোইয়া ঙানতুন ঙালনা হোঙনেমথৈতো । মমান নোংয়াই খুমন নিংথৌ চৌঙখোঙ থোঙকরাইপাপু কোলোয় মিংনা ফৈএ ।। অহোঙ লৈরেল খৈনাকে হায়পাকি ।। নোংপাল মরৌ লৌনম চাউনা ।। য়িমান নোংয়াই খুমন নিংথৌবো ।। লোনলোই য়িপুঙয়াইতা নোংপাল ঐকি অহোঙ কুমথৈ য়েংলুলাউও হায়না ।। খমলৈ মপুঙয়াইতা পাউথেমলুপাপু ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ চৌঙখোঙ থোঙকরাইপাতি ।। হাওমন খুকুমপাপু মরৌ লৌনা ।। নোংপাল উনপি পাবৈপা ।। লোনলোই লৌনমপাপু খঙতপাকি ।। নাসি পুংমাইরেম চুপলেন নাপু ঙালনা । চরৈ ফিনৌ থোন ।। লিক্লাং মকা ংফাংনা ।। লোনলোই মপুঙ য়াইতা বাইথুংলরে ।। খমলৈ মনিল নাইপানা । তরা লুকমায়রেম ।। সারেল ফাহাপননা মায়খঙঙমএ ।। নিংথৌ ফানতেক সোকলাইপানা । মমান নোংয়াই খুমন নিংথৌ চৌঙখোঙ থোঙকরাইপাপু অহোঙ লৈরেল খৈনাকে হায়না সংলৌ থৌরাঙঙমপাকি ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ ।। মমোম খায়োইরোল হাওরৈমা ।। নিংথৌ ফানতেক সোকলাইপাতা কাওচনপি ।। নোংপাল খমলৈ লৈমাপিনা ।। থাংয়ি থোংচরোংপা সমুপলতা । সকলেন মায়পাকপাপু ।। সমুপল নাতৈ নেং ।। সামন কোনথৌ চামপা ।। সারা বাইরৌ পামপা মলনা লুকপু ।। সকলেন খাঙতপ পায়না ।। খুংপাক তিনলাই মেলনা ।। মোমনু সমুপল তেরান শৈনা পাউহোমলকএ ।। মৌকি মচা লমলানপা ।। নমোম অমা ফুইপাসং ।। মৌবাই তামপা ওংহনলে । মমাক সাওইংনপা ।। মকু লালওইনপাপু ।। করম লালনংকপানো ।। লৌসিং পাংকন

খোকনতি লাইসেংখিও ।। হায়না তেৱান বাকি ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ চীঙখাঙ থোঙকাইরাপনা । মমোম হাওরেমা সাকপিকি । সুমপল তেৱান শৈকিপু নাতারপাকি ।। মাকলৌরেম নিংথৌ ফানতেক সোকলাইপাও ।। মমান ঐতি কৌপা য়াইরেকলরোইএ ।। নোংয়াই য়িপুঙয়াইতা ওনতে হলবাইনরকে ।। হায়না মরান খুমন পুণ্ডত ওলতেখিরপাতা ।। নোংপাল লালনোয় তরেং মানা ।। হাওসি ঙমকা চিংনা । লোনলোয় ময়াই কা ফানতেক লানপু ফানা ।। লমলেন মতাইমা লুবাং থরঙ খোইনুচা ।। নোংপাল ফানতেক লৌঙাকপকা ।। কেকে থাংপি লীবাহনপাকা । কোংয়াঙ বাতান্সি তালিলেংপা মবাখঙ ।। হোতা পাইপা মবা-ওই ।। চীনপাল তালি খোংনা ।। খোনলোন ফাপকিপু ।। ঙাইতে লৌসঙ থকতা । পাউতোইনপা বাপু ।। পাথৌ থা পী লীবাহনপাও । কেকে নপূঙ লাই মোইরাং চাউপা পুণ্ডতামুং পাউতোইনরকনো । নোংপাল য়িয়ুমনাক ।। ফানতেক য়িসাইকোনতাসুং পাউতোইনররোই । হায়না পাড়মেনলপাপু কেকে থাংপি লীবাহনপানা ।। কেকে মপূঙয়াই ।। ঙাংঙাই সাপন লৌঙাকপতা পাউতোইনরপা বাকি ।। লাইরেন মৈতেংগু কপোমপা নাউথেম বাপু ।। তৌরেন খাঙতপ পোপনা । বাবনা খৌচেং নাইরে ।। লুবাং থরঙ খোইনুচা নোংপাল ফানতেক লৌঙাকপানা বাওইরকলে ।। পাথৌ থাংপি লীবাহলও । নঙনা কেকে মপুঙ য়াইতা পাউতোইনরপাকি বামা খৌচেং নাইরে হায়রপাপু । থাংপি লীবাহলনা ।। পাথৌও ঐতি কেকে য়িপুঙ য়াইতা পাউতোইনরতে । পাথৌ নঙতুম ।। নোংপাল লয়িমনাক ফানতেক নসাইকোনতা পাউতোইনরপাকি ।। তারি তাংথৎ নাইপা নরিঙেনে ।। হায়না বাহোমলপাপু নাতারপাকি ।। নোংপাল ফানতেক লৌঙাকপানা । পাথৌও কোরৌ নোংনা চুমসনো হায়না । কমপি মৈকাখু ।। খোইচু তোলোং য়িকনরফপাপু । কেকে মোইরাং পাংপলমতা খামপি মৈখু হমচিনখিয়ে ।। অতু নোংবিপু লুবাং থরঙ খোইনুচা ।। নোংপাল ফানতেক লৌঙাকপনা ।। খানলে লৌঙাক বাই ।। তাউরেং খোইচুমপানও তৌনা কৌনৈএ ।। তাউরেং খোইচুমপানপু নাতৈননা ।।

খোইমা নারোলহুং লাংয়ম্ব ফুমজুনা ।। নোংপোল কাকুপ চলনা ঙাইশ রমপাপু চেংলৌ মিংথিংলপাকী ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ চীঙখোঙ খোঙকরাইপাকি সম্বু মাঙজা থংনা ।। থৌরৈ বাখরেক থারক অশৈপানা। পামেল উতোনথকতা তোংনা ।। বএল লানকাইঙমপাপু ।' নোংয়াই খুমন নিংথৌনা ।। উনপি লৈনিংশিংনা বাহোমখিএ ।। হে থৌরৈ বাখরেক লানকাইপাও ।। নোংয়াই য়িপা লাই । অতোন য়িপু লাই । খুমন সাংমাপানা নোংপোল মরাল ওইকুনো হায়রপতি ।। পামেল উতোন থকি। থৌরৈ বাখরেক নঙপু ।। বায়র য়িতেনচানা কাপথকে হায়না ।। বায়র তেনবায়রপাকি ।। পোনপি বাখরেক লানকাইপাপু। মালেম লৈতা ভারে। নোংয়াই খুমন নিংথৌনা । উনপি লৈনিংশিংনা ।। বাইরং সনা মনাশি ।। সায়েং মতানশি ।' কোলোই মথুংশি ।। সনা খোঙকলাই খুপোম য়াইশি লোনপা ।। সারেল য়েংলমকি পুমনমাপু ।' চরৈ ফিকু নুংতা সানথুপ খিএ ।। নোংপোল মনিল নাইপনা ।। ওকলেন লাংকোয়কুম । থিংলৌ পনচল ঙমপাপু ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌনা ।। নোংপোল লানলোয় মপুঙ ফাপা নঙখোয়তি কৈতৌঙমপানো । শৈতি নাকলৌরেম নোংপাল ফানতেক সোকলাইপানা ।। নোংয়াই বায়রং য়িনাশি ।। সায়েং য়িতানশি সারেল য়েংলম শিপা পুমনমাপু ।' অহোঙ লৈরেল থৈনৌও হায়না লনখাইরমলপানে হায়না বাহোমলপাতা ।। নোংপোল লানলোয় তরেৎমানা ।। নোংপোল য়িনিংথৌকা নোংয়াই খুমন নিংথৌকা উনপি পুকমাননরকপা নরিঙৈনে হায়না ।। থাংলেল মথুংস্থ ।। তিমেন মনুংচঙপু চৈরংলোম্রে ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ চীংখোঙ থোঙকরাইপতি ।। ওকলেন লাংকোয়নুংকিপু লাইশেংলকলে ।। খুরোয় থিংপাকোন ।। য়াংকোই য়িপু ফৈনা সমনা লাইচ য়িরানখিরে ।। ফানতেক লানলোয় তরেৎমনা । নোংপাল মনিংথৌতা বাকংখিয়ে ।। নমান নোংয়াই খুমন নিংথৌতি ।। উনপি পুকমাননা ।। বায়রং মনাশি ।। সায়েং মতানশিপু ।। অহোঙ লৈরেল থৈনৌও হায়পাকিপু লনখাইরমএ হায়না লাইসেংখিএ ।। হায়পাপু নাতারপকি । নোংপাল য়াইপি কলহৌ নীকন

থাহোমল্লকএ। নোংয়াই মরৌ হৈনা কনম চংখিপানো হায়না। নোংপোক পুমনা হৌনা হওএল লানতালনরকলে।। য়াংকোই য়িপু লাইচ য়িরান- খিরপাকি। নোংপোক তকলৌ সিতং সোলনা হনথাইখিএ।

নোংয়াই খুমন নিংথৌ চাওখোঙ থোঙকরাইপাতি।। নোংয়াই পুওতা থাইখুংখিরে।। অতোন লৈকোয় ফমপানা।। খুমন কংলা থাফোঙলে। নোংয়াই য়িপচা।। খুমন য়িয়নলুসিও। নোংপোক ফানতেক সোক- লাইপনা। অহোঙ কুমমৈ হেংলুলাও হায়না পাউমেনথাকি।। লোনলোই মপুং য়াইতা অহোঙ কুমমৈ য়েংলুপাতি। নোংপোক মসা ওই।। ফান- তেক মরাল ওইকে হায়না থৌরাঙলমএ। য়িমোম হাওবৈমা কোনলোই ময়াথংকিপু লাইসেংলকএ।। তয়মশিংও নোংপোক লানলোয় মপুং ফা- পাফাপনা।। য়াংতৌ লমথাংমতা। থিংলৌ পানচলমপাসুং।। নোংয়াই য়িপা লাই।। খুমন য়িপু লাইনা লানকুপিপাকি য়িঙেম শিরকতেএ।। তয়মশিংও নোংয়াই নিংথৌ ঐ.ং থয়ব সাথোঙ কাউতা। হওএল লান- থোঙ নিনতরিএ য়িখুম নোংয়াই চাউপা পুং।। অতোন সাংপা য়াই অসিপু।। য়িতাইরেম অথৌ লীচা হেপনা। থয়াং কোনতাই লোনপা।। পামপা কৈসকপা। বৈরেল তেংথাপা। অথম মীপোকপা।। লেংনা তিলনা য়াকা পুঙনে। নোংপোক মানা মীথাতা লুথাং মানা করিকি থৌ- ওইতপানো। নোংপোক থেংনসে।। খমনৈ নেংসে হায়রপাতা। নোংয়াই খাথ হৌ।। খুমন লাইথা পুমনা তিলনা।। লাপা সয়েঙ পামপোম তিং।। সমু থোঙপু থীলনা।। কংলা সগ্নী থাসকনরে।। নোংয়াই খুমন নিংথৌনা।। য়িতাইরেম নোংয়াই থোখমপা নংতি। কেকে মোইরাং নিংথৌ থংরা খুনতাপাতা লমওক নরুও। নোংয়াই ঙাইতুংসাংনে।। নোংপোক ফানতেক লালনামিননসেহায়না।। থৌশিখিএ।। নিংথৌ ফানতেক সোকলাইপাসুং।। য়িতাইরেম কুথাং নহা থাংনু নুপামপা নওতি। লীককোন য়াইসং পুনা কেকে মোইরাং নিংথৌতা হওএল লাকনেবলুও।। নোংয়াই থেংনসে হায়না থাকংলুও থৌনীলপাতা। লুথাং নহা মুপামপনা।। কেকে মোইরাং নিথৌতা।। নোংয়াই থেংনসে হায়না থাকংখিএ।। নোংয়াই

থোংখমপাসু কেকে পোংলেলহনপাতা । হৈরী হৈচাও কৎলে ।। লুবাং ফানতেক লালনা পপু থৌরৈ ত্তেংপাংপিয়ো হায়না লালনেকলে । লুবাং ফানতেক সোক্লাইপানা ।। মমান খুমন নিংথোপু ।। অহোঙ লৈরেল খৈনকে হায়না সংলৌ থৌরাপাপু খোইয়াম লাইনা য়াচতে ।। খুমনকি হৈরী হৈচাওপু । পুরীকলাই মপারী নাউবা লোনখঙতপানা ।। পোনচেপ পোলহাংলপকা হৈরাং তাউচাং চারপতা ।। মপল পলেম মমা কেকে মোইরাং লৈমনা পাউমেনলবএ । য়িসাপি কেকে পোংলেলহনপাও ।। নপারী মাউবা লোনখঙতরিপারা হৈরাং চানা তংলে ।। লীককোল য়াইসং লমপু য়িনপিকুনো ।। হৈরী হৈচাও লমপু য়িনপিয়ো ।। হায়না পাউমেনলপাকি ।। নোংপাল লালনেক হানপাপু নমতা হমলে ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ লমতা হোয়য়াখনে ।। লুবাং মীনমপাপু খোইয়ম লাইনা য়াচতে ।। অতু নোংকিপু নোংয়াই থোংখমপা চানওক হে । লুবাং নহা নুপামপা লালনম হৈও তৌনা কোএ হায়তপরা ।। নয়ু নিংথৌ কেকে লৈমাপাতি ।। হাওরৈ নোংইপ পাংপা লমতা হএল লানতাখিএ । নোংয়োই খুমন নিংথৌসুং হএল লালহৌরকলে ।। কেকে লৈমাপাকা নোংয়াই খুমন নিংথৌকা । নিংথৌ অনিমাতি হএল লানলম অনি ওইনা । লমলেল মতাইমা নাপু পারোথোং থোংচঙ্ উ লাইরোকলেন ।। লোনলোই য়ুমমাথেংপু নাতৈননা ।। খুরোয় হাওপা লমমাংতোংতা লানতারকলে ।। চুঙলেপ মারফু চোং ।। কাওরেল সনখা তরা লান । তিমেন হংসোল লৈনা ।। থানং লৈতং লেংনা পানখেংলপাতি ।। ফানতেক য়াকা চাইরে । নোংপাল মপুচ তাকলে । পুরীকলাই খিংকু মাথি নাই ।। য়িবাং মরাঙ হৌনা থৌসারে । হএল লালনিকিতি ।। নোংপাল হাওরোইনাই তানচাউপাপু ফায়না হমলে ।

ঙাংঙোই থয়াঙ মখোমল । পুরীকলাই চুঙসেল মরাল হৌতি অকুমসুং মতোমতে । হাওরৈ খানা পাংপা লমতা হএল লানতাখিএ ।। লোনকখা মপুও য়াই ।। হাওখা মসাইকোনবা লমপু থোংঙাই য়াংথুপানা লোইথোরউতা ।। লোকখা নিংথৌ রেনবাইপাকি কং লৈ মুসংমাংতা ।।

মালং নুংসা য়াই ।। চরৈ লুকা খুমনা য়াহীপপাপু ।। লোকখা নিংথৌ য়েনৱাইপাকি ।। মোমন্থু তানলোয় মক্কমপি । হাওনু তোমসোল লাংমৈনু ।। সংতে ঙাইনুপিনা ।। হাওতৈ অয়াকপপু । চাইরেল হাওখা মোনতলিতা । নাউৱা খোয়রী তীংনা য়াইতমখিএ ।। লমপু থোংঙাই য়াংখুপাতি ।। মিংয়েং নাউস্থমতনা । খোমলেন তুমকনপাকি ।। চারৈ ফিতরোন অরোনপা । লাংপল কাংচিন লোন ফাপা ফিনা ।। চারৈ লুকা খুমপাকি । নাউ'া খোয়রী তীংনা য়াইতমপাপু ।। মিংয়েং সানখৈরা ।। চেংলৌ মিংথিংলপাকি । ৱাংলৈ চেপনা য়েংতখিএ ।। মথংলেল লোকখা নিংথৌ য়েনৱাইপাতি ।। লাপা খুমনপু য়াংতৌ সারম লীনা চাকমোম মৈসা তানলুপাকি ।। মরান ওনতেরকপাতা ।। ৱাংলৈ য়ুথৌলাংপাকি ।। লমপু থোংঙাই য়াংখুপাপু য়াইনায়ু ।। নাউৱা খোয়রি তীংপাপু ৱাংলৈ চেপনা য়োংলপাকি । লোকখা নিংথৌ য়েনৱাইপাতি নোংমনলে ।। মোমনু তানলোয় ম'মপি । খোয়নৌ লাংমৈনু সংতে ঙাইনুপিনা কংলৈ মস্থমাংতা পাউমেনখিএ ।। লোকখা মনিল নাইপা ।। হাওখা তানাতপাসিংও ।। থাংলেল লোকখা নিংথৌ য়েনৱাইপাপু ।। লমপু থোংঙাই য়াংখুপনা হাংলে ।। হাওখা নিংথৌ নোংমনলে ।। সংতে ঙাইনুপিনা হাওখা হুএল লানপাউ চেনলে ।। লোকখা পুমনা হৌ ।। হাওখা মথি নাইনা । হুএল লানতারকলে । লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা ।। অচেন খোঙলৈ য়াঙনা হুএল লালচেনখিপাপু ।। উনপি পারৈতা ।। নমু মৌসিৱাপু লাংতমতপাকি ।। খোইয়ম তুপি অঙনপা । লাইরেল অরেমশানা ।। ৱাকয়ৈ হিপু ওইনা । তুরেল মোংপা য়িপু কৈনা থিংপিরমলে ।। অতু নোংকিপু ।। লমলেন মতাইমা লোকতু হিয়াং থাংও তৌনা কৌএ ।। লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা ।। লাইচ য়িৱাংমা লানলপতা ।। খোইয়ম তুপি অঙনপাহুং লাইচ য়িতা তুমথখিয়ে ।। লমপু থোংঙাই য়াংখুপানা লাইচ ৱাংমতা ।। নৈরায় ৱুংপি থকতা লেপনা পাউমেনলকএ ।। লোকখা তানাতপা হাওখা মনিল নাইপাশিংও ।। লোকখা ননিংথৌতি ঙৌনা হাংপা নংতেএ ।। মোমনু মাগী মতানলোয় ।। খোইনৌ লাংমৈনুনা

নাউবা খোয়রী তীংনা য়াইনপাকিপু নোংমনপানে হায়রপাতা। লোকখা মনিল নাইপাসং লাইচ য়িবাংমাকি থিংলো নীংনা তেনা হলবাইখিরে। লমপু থোংঙাই য়াংখুপাতি। কেকে লৈমাপা পুরীক্লাই বুরা ঙাংঙোইপা। সনা মখোঙ থাতা। মানপী খুৎতপনা। মুকম লৈতোল কোলনা। চাংচৌ চেপনা লোলনা। লোকখা মপুঙ য়াইকি থৌথোকপু বাকৎলপাতা। কেকে পোংলেল হনপা। ঙাংঙোই বুবা খুনতাপানা বাতা হৌখিএ। তয়ম কেকে ফমথৌশিংও। লমপু থোংঙাই য়াংখুপাপু। নাউবা খোয়তীংনা কৈতোপা য়াইতমলকপানো। কেকে ঐপু তংসকতে ঙাংঙোই ঐপু মীথাতে। লোকখা নেৎসে হ ঙখা থেংসে হায়রপাতা। মতাইরেন অথৌ লীচা হেপনা থয়ং কোনতাই লোনপা পুমনমাতি। সংতিং লানলৈ থেম। পুহুং লানপোং মতাল নাইনা ঙাইথমলপাতা। নয় নিংথৌ কেকে লৈমাপা পোংলেলহনপাতি। বাকরৈ খোঙনেৎ তোংতেং মনুং চঙ। বাকরৈ খৌরিলুপা। তেংচং তোনকা নাউবাংপা। বাবরৈ লুকচি পোংতপা। তোংচেং রেন হৌতপা। তাইরেন উসা পকতপা হিপু। হীয়াঙ কংতং রৈ তনম নাবেন। লাইচ থাথিন পেক। য়িম নংতা হন। তোংচেং মরাঙ হৌ। লোকতাক লাইচ য়ীয়াই ঙালনা। তোংচেং তেমায় হেননা হএল লানতাখিএ। চুঙলেন থাকুপ হৌ। তিমেন খেরাং থানা। ৎংনঙ লৈতঙ ফেলনা। নোংপাল খমলৈ লানতা। পুরীক্লাই মথি নাইরে। লোকখা য়াকা চাইরে। হাওখা মপুং তাকলে। কেকে লৈকোয় ফমপা। য়ীবাং মরাং হৌনা খৌসারে। হএল লাল নকিতি লোকখা তনপা মীরোংখন। তোনতাও লানথোয়াংপু কাইনা হনলে। হাওনু তোমসোল লাংমৈনু। সংতে ঙাইনূপীহং লুরক কাওতে থিপিতা। খৌনাউ লেনথোং লেনপিতা। হাওরা ঙংকোক সোনপিতা। কুপোক চেংলৈপানপু নমপিতনা চঙনা কারকলে। পুরীক্লাই মচা হেননা মরান ঙনতেরকলে। অসাইডৈকি হাওনু তোমসোন লাংমৈনপু। কেকে লৈমা অঙনপি। ঙাংঙোই য়েংইহৈ লোংনা তিনপিলকতা য়াংকোইহনাল হায়তপারা।

নয় নিংথৌ কেকে লৈমাপ তি ।' মুংগোই মরাং কায়না লৈপাক ম-নিল নাইনা পানলিঙৈতা । নোংচুপ কোঙয়াং মনিংথৌ খাইচেন অহনপা-না ।। কেকে পুরিকলাই । নিংথৌ সনা মখোঙ খাতা মানপি খুৎতপনা ।। মুকম লৈতোল কোলনা চাংচো চেপনা লোলনা বাকংচরকএ ।। য়ৌবাং পুরীকলাই কেকে লৈকোয় ফমপা য়িপুংঙো তাপিয়ো ।। হাওনু তোমসোল লাংমৈনু ।। সাংতে ঙাইনুপিপু তানলোয় য়িকমপিপু ওইনকে হায়না পুরমচরপাপূ ।। নায় নিংথৌ কেকে লৈমাপানা ।। সংতে ঙাইনুপিপূ নোংচুপ কোঙয়ং মনিংথে খাইচেল অহনপাতা লনকুপিরে হায়তপারা ।। নোংচুপ কোঙয়ং মপুঙ য় ইতা । খাইচেন অহনপাকা সংতে ঙাইনুপিকা য়াংকোইমিননরে হায়তপারো ।। কোঙয়াং খাইচেন অহানপাপূ । মসানৌ খোমফাং অতোনপানা হৎনা নোংমনলে । কোঙয়াং মপুঙ য়াইতা য়াং-কোইপি হাওনু তোমসোন লাংমৈনুনা ।। হএল লানপাউ চেনলকলে ।। কেকে লৈমাপা ঙাঙোই পোংলেল হনপাও ।। থংলেন খাইচেন অহন-পাপূ ।' মসানৌ খোমফং অতোনপানা হাংলশাকি নোংমনলে । কেকে নহা চাকুম নাউয়োকপিপা ।। মোইরাং নমোমকুম লাংকোনপিপা ।। ঙাংঙোই তরা চাকনা পুয়োকপিরক্পানে হায়পাপু খঙপিতে । নতা-ইরেম কেকে থায়াং কোনতাই লোনপা পূমনা হৌনা । নোংচুপ কোঙয়াং মপূঙ য়াইতা চকসোম খামপি মৈপু থারো লাউও ।। হায়না হএল লানকৌথিএ ।। থংলেন খাইচেল অহনপাকিতমকপূ ।। লৈকাই পুচলুককুমপাপূ লাংপল কারোং খুৎকুমপিও হায়চথিএ ।। অতু নোংকিপু হাওনু তোমসোল লাংমৈনু সাংতে ঙাইনুপী লানকৌচাঙও তৌনা কৌত্র'। নায় নিংথৌ বুরা ঙাংঙোইপানা ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ থোংপু সমু-কমুচাকা ।। কোঙয়াং পানথোঙ হাংনা ।। সৌপোন মাঙওই থিনপাপু । য়েংনসে হায়না য়াংঙৌ থোনকি । নোংয়াই খুমন নিংথৌ সমুকমুচাকা।। কেকে লইমাপা ঙাংঙোই পোংলেনহনপাকা ।। কেকে মঙাঙ হউ নোং-য়াই মথিন ইনা হএল লানতাখিএ ।। লমলেন নোংচুপ কোঙয়াং কাই। কাই তনপাক ফায়ালা কাইংশি । ঙারাপা থোঙনীন লোক ।।

খারাপা য়াকোনবাই খানা পাংপালম ।। লৈংয়ী লেংকাই চীঙ ।। নোংচুপ তুখাংলা অথাং তুখাংলা ।। সংলৌ নাকমপা ককয়াই ফমথিপা ।। লম-য়াই চীরোঙ হাইনাইপা পানলিবাই ।। য়াউরৌ সাচন খোঙতাঙপা সেনলিবাই ।। বুনম খনকৈ য়ামপা ।। চিরাই বাহোংনপা পানলিবাই ।। য়াউরৌ সানিকিতি সামরক ।। লেমলৈ ঙানিকিতি ঙামরক ।। তুরেল বায়খু খুৎলোঙপিচা ।। চেকপ অনিগুপা খুৎলাই অনি লোঙপা ।। পাখং থাঙখোক মতাং তেনপানা ফংতা-ঙা ।। মোংপা লইকু তানথননা ।। লইরাই নমঙাননা য়াতাপা ।। লইকু কাউমাপা । য়াউরৌ মমাননা খুৎলোঙপানা সেনলিবাই । নুমিৎ মোইতা লোক ।। লোইতাম থা-তা লোক । হেমপা চাউরোন চীঙ ।। লোইপী য়িহা লোক ।। মরেম লান-পুম চীঙতা ।। কোঙয়াং মচীঙ কানা পনথংলে ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ ।। ঙাংঙোই খুবা খুনতাপানা । মতাইরেম কেকে খোইপা কোং য়ামপা ।। নোংচুপ য়িয়ৈ লানথপাকা ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ থোংপু সথকনুচা মতাইরেম । নোংয়াই হাওকোকথোং । খুমন তাউগুইয়াংকা ।। হেমপা পনথোঙ হাং ।। সৌপোন সাঙবোই থৈননা ।। নমথৎ লানচাই তালনখিএ । কেকে মথি নাই নোংয়াই মরাঙ হৌনা পনথোলপাতা ।। কোঙয়াং য়াকা চাইরে ।। মইপী ঙাংকোই পাইনা হুএল লানমিং মুৎলে ।। চংলম কানশাং থুমলে ।। কোঙয়াং খমোই মং ফলাং মইমুং মুৎলক-লে ।। পুরীক্লাই মথি নাই য়ীবাং মইনা বোংনা খোশাপানে ।। হুএল লালনিকিতি কোঙয়াং অতোনপাপু বাইনা হুনলে । কেকে মচী হেনা ঙাংঙোই মরাই লাংনা হনলকলপাতা । মোইরাং অশেপা কেকে পুয়াং চইমাপাকা । নোংয়াই হাওকোকচাওগ লৈখম মোইনুবাকক্কা ।। বাকমা শৈতালনপাপু ।। নোংয়াই হাওকোকচাওনা বাকমা শৈখঙলকপাকি ।। কেকে পুয়াং চইমাপাতি শৈতুরপাপু ।। মরোয় কচেং লম-থোংঙাই অতোনপানা ।। বাকমা শৈখঙলকলে ।। অতু নোংকিপু কেকে পুয়াং চই-মাপা শৈতুলোক ।। মরোয় কচেং লমথোংঙাই অতোনপানা শৈখঙ-লোকবো তৌনা কৌএ ।

নোংয়াই মথি নাই ।। ডাংডোই মরাঙ হৌনা থাথুংলপাতা ।। নোংয়াই খুমন নিংখৌ থোংপু সমুকমুচাকা ।। কেকে মোইরাং নিংখৌ বুরা ডাংডোইপাকা লোকতাক থাংপারেনতা থাকয়ে হিতালনথিএ ।। হিয়াং কংতেয়ই ।। তনম নাকন ফু ।' নউরেল পানপৈ লাক ।  লাইচ থাথিন পেক ।। নোংয়াই মথি নাই ।। কেকে মরাঙ হৌনা থাকয়ে হিতালনরকপাতা ।। নোংয়াই খুমন নিংখৌপু থাকয়ে হিনম তননা থোইবুমলে । কেকে মোইরাং নিংখৌ বুরা ডাংডোইপানা ।। করাং থেনকাহানলে হায়তপারা ।। হে য়িবাং পুরীকলাইখো ।। লাওকালাং সনলাইমান করাং লিংপি চৌঙতা খৌশাপা ।। থএল লালনিকিতি হাওবা থেনমুম নমপোক চাইথংকি কমপোং মইরা চাউকুমপা ফানা থেনপু তানফংপা ।। করাং লমলাবপা ডাংডোই বুরা খুনতাপা ।। নোংচুপ কোওয়াং ঙমপা ।। কেকে পোংলেলহনপাতি ।। থাকয়ে মথিনাই ।। তোংচেং মরাঙ হৌনা ।। কেকে মপুঙয়াইতা মুংডাই মরাং কায়না থাইথংলরে হায়তপারা ।। হে য়ীবাং পুরীকলাইও লোকথা নেংপা হাওখা চাইপা ।। নোংচুপ কোয়াং ঙমপা ।। ডাংডোই খুনতাপাতি চোয়নউ সনা মিংহলকিপু চুনপানে ।। কেকে ফমমোইমিংতা কুমশীং ৫৫ পানলমএ ।।



# মৈরাং পুয়াক্লাই সনা লাখ্বা

নয়োন কেকে মৈইরাং লইমা চৈনফুরেল সনারেমপী । মপাম হাওরোক অংনেপা ।। মতু কোনথৌ অরেমপা । নোংপাল থয়ানপা ।। পাথুপ নোংলোন মনিল নাইপা । চৌউংন্নু নোংথৌ সোরারেল ।। অবাং পাথং য়োয়রেনপাপু ।। কোরউ সেনচংনা বাংপল পাইচংনেপা চন্নু ।। পারমা সনা বুনকোয়হুংকি । কেকে মৈইরাং নিংথৌ হেপু সনা লাখ্বা । খোইরম মসালবোনকি কেকে পোংনিংথৌ বোইনা পোকলকপা । খমলই মিন্নুংকোল সংগা মিখুরেনকিপু তাইপঙ বোনতে য়াঙপা ।। য়াইথোং সামপা চানা ঙমপনফতপা ।। হেপু সনা লাখ্বাতি ।। হাওরই নোংচুপ পাংপা লমতা খৌসাপানে । কেকে খানলই খুংংচা মৈইরাং চইময়াং অথৌপাপু ।। লোইপী সাঙ্গং মপুঙ য়াইতা নো মনপাকি ।। তাঙচ লু-রেলতোন সবা লুমথাঙথৌপু । পামেল বুতোন অবাঙপাতা য়ানলন-লুরে । খুমুচম নিংঙোনপি লারোং লাকা থংপিশিংতা । মৈইরাং চই-ময়াং অথৌপাকি । তাংচ লুরেলতোন । পামেল বুতোনথককি । থবায় নিরাংপাল অতিংগোনা পাউমেনচরকএ ।। য়োইপুনাই খোয়নৌ মানচা য়িনিংনপি কোলোয় য়তাশিংবো ।। নমান মচা (অইতি) ঐতি । সাঙ্গং মপুঙ য়াইতা নোংমনলপাকি ।। লোইপি খানলই মরউমাং ।। পামেল বুতোনথকশিতা নোংথোইরে ।। কোরৌ অচু থাঙপাপু থাঙ-ঙমতা ।। বাংপল নুংসাপু লাংমেতে ।। কোক য়িপল লমতা ।। থিংলৌ নিঙনপি নখোয়পু ।। চেংলৌ অমরক হলনা সকগুঙমলরোই ।। সেন-লোই য়িপাতাউ মচেং হকমা বোইপা । অথম লাংমই বোনপাপু বোনমননপা ।। য়েনপি শারই হনপাপু হনমননপা ।। খুমু নাইফরোয় নিপালমাতা পাউমেনপিবো । নমান মচা ঐকি তমকপু চেঙপুম মনৌ-তোন ।। লাংপল অবোন লুককুমপাপু লোইপি সাঙ্গং মপুঙ য়াইতা ।।

কারোং খুংকুম তানপিস্টো ।। হায়না পাউমৈনখিএ ।। খোয়্যনৌ মানচা মনিংনপি ।। অরোং তোইপিচম নিংঙোনপি ।। লারোং লাকা থংপি-শিংনা ।। পামেল বুতোন থককি । খান্দলই খুংঙচা তাংচ লুরেলতোন অকংপাপু ।। কোরৌ থোইনা য়েং ।। বাংপল বাংনায়েং ।। পামেল বুখোঙ পায়না মিকপনরে হায়তপরা ।। অতু নোংকিপু কেকে খানলই খুংঙচা মোইরাং চাইময়াং অথোপা ।। তাংচ লুরেল সবা লুমথাংতোন্ ।। থবায় মিরাংপাল অতিঙোনা ।। খুমুচম নিংঙোনপি লারোং লাকা থংপিতা পাউচেন্ই । খুমু নাইফারোয় নিপালমানা লনশিংলমবো তৌনা কৌএ ।। চাখা সাঙ্গং মপুংয়াই । সাকোল লানলুমথেল ।। সরুঙ কৈতাই চঙতা ।। লোইপি চীঙ কা । হেমপা য়উপোক তনু।। চুঙলেপ হুমফু চোং ।। কাওরেন সনখা তরা ল'ননা । থংনং লাইতঙ লেংনা পনথেংলপকি । লোইপি মপুং কায়রে ।। সঙ্গং য়াকা চাইরে । পুরিক-লাই মথি নাই । য়ীবাং মরাঙ হৈনা খৌশারে ।। হএল লালনিকিংত । হাওপা শাকেন য়াংকেন মাই । সাঙ্গং হাওরুখোই সাফাপপূ কায়না হনলো।

য়ীবাং পুরিকলাই থয়াঙ মথৌমল ।। ঙাংঙোই চুঙসেল মরাল ও-নতি অতুনগং মতোমতে । হাওরই খানা পাংপা লমতা চৌঙখোঙ পোইরইতোন মমা লইনুং পিরাইনুচানা লাংবোনপালেম ।। চংপী লাকোন ফাই ।। লায়ান মপুঙ য়াইতা চুংলেপ হুমফু চোঙ ।। কাওবেল সনখা তরা লান ।। থংনঙ লইতংলেং । লোইপি মচীঙ কা । হেমপা পনথোংলপাতা ।। লায়ন থুমপি মইমাংচল হএল লানমিং মুং খাংচেং থুমলে ।। মইপি তাংকোয় পাই মখুই নোংলোন কানা পনথেং-লপতি ।। কেকে নিংথৌ মরাং হৌ । য়ীবাং মইনা বোংনা খৌসারে ।। লোইপি লায়ান মনিংথৌ হএল মাঙ্গলেন অথৌপাপূ কানা হনলকাল ।। চংপী লাকেন ফাই খারম মপুঙ য়াইকি ।। কেকে মচি হেন মোইরাং মরাম্ল লাংনা থিংলেউ নিংনা তেনা কেকে মপুঙ য়াইতা থুলরে হায়তপারা ।। নয়ু কেকে লইমাপা ঙাঙোই পোংলেলহনপানা । কেকে লীইপাক ঙাক-লিচৈ । ময়ু খে ইয়ম লাইয়িংথৌ কেকে সাংমাপা ।। থংচৌঙ কোয়রেল

লা ।: মোইরাং কমারেন লোংপানা । খুয়োল লোকলউরেমপা কোঙয়াং মবাচাপু ।। লাংলেন মং  লাংনা লোকলউ শোইনৌ থেমহনাকে হায়-পাক নয় নিংথৌ হেপু সনা লাখ্পু । হয় মনুং চঙনা নুঙনাং মনা লেকহনলপাকা ।। থাওঙ তেনপন নিংথৌ খুয়াল য়াংলউ লইপাক মাপানা ।। অহিং য়িনুং সেম্বাইমতা ।। থোইয়ম মঙপাউ চেনলকলে । কেকে মোইরাং নিংথৌ হেপু সনা লাখবাৰো ।। হয় নঙনা মনুং চঙ নুঙনাং মনা লেকপা অসিপু । খুয়োল লোকলউরেমপা কোঙয়াং মবাচাপু লাংলেন মনাউয়োকপু ।। তেকপি বোকখু লাইনা ঙারপা কাওরেল সননা থে-লপকি ।। লোকলউ শোইনৌ হনতরে । কোঙয়াং কংলং থাং লাংলেন মোই-মিং থিং ।। লোকলউ চরায় থোং লাংলেন মপাল তুমকে তৌকুমলকলে । খুয়োল লোকলৌরেমপা মর ন য়াইমুং । য়ুমথু মনিল নাইতা ।। য়ুমলেল মরাঙ হউতনা থমথু অয়েং চনলে ।। চানা য়িরা কউ লোকলউ পারই তংলে ।। মালেম লইবা কোকনা মরাল অতোন তারপানে ।। খুয়োল খুনথৌ মপারী হাওপা লায়রপামং মপলনা লাংকোলতপকী । চরই অয়িন তাম ।। মানলউ অসেং বাংনা । থমথু অয়েং চনলপাপু লৈপানে ।। কোঙয়াঙ অতুপু বাখোঙ পেংনা লোকলউ সোইনৌ থেমহনলো ।' হয় ননুং চঙনা ।। নুংনাংননা লেকলরোইএ হায়না খোমলেন মঙপাউ চেনলবাকি ।। কেকে লাইমপা হেপু সনা লাখব না মতাইরেম কেকে খুনফাঙথৌ । তম না-ইফাঙথৌ পুমনমাপু । পাউকৌখংনা বাহেমখিএ । কেকে খুনফাঙথৌ ঙাংঙোই নাইফাংথৌ ।। পুমননা ও নিংথৌ এনা হয় য়িনুং চঙ ।। নুং-নাং য়িনা লেকপা অসিপু ।। য়িয়ু থোয়ম লায়িংথৌ ।। থংচৌঙ লাই ম-রানা ।। খোমলেন মঙপাউ চেনলমএ । খুয়োল লোকলৌরেমপা কোঙয়াং । মবাচাপু । কায়বেল সলনা থেং ।। তেকপী বোকনা ঙারে ।। খুয়োল খুনথৌ মপারী হাওপা লায়রপামং কৌখংন । কোঙয়াঙ সোইনৌ থেম ।। লালেন বাখোঙ পেংহনলো হয়না তাকলমএ ।। খুয়োল খুনথৌ মপায়ী থিঙপা য়াতে হায়রপতা ।। কেকে খুনফাঙথৌ মোইরাং নাইফাঙথৌ পুমনমকনা ।। মুকমু লৈজোল কোলনা বাকংচৈএ ।।

কেকে য়িনিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপা য়িপুংঙো তাপিও ।। নত্তাইরেম খুয়োল খুনথৌ মপারী হাওপ লায়রপাতি ।। খুয়োল ঙোপা মপা সোয়তা ।। তীনথরোকলুতাই লেং ।। খোইয়া চীনতাই ফেন ।। ঙামু চোপতোন থেমনা সোয়রেল লমলেকলিএ ।। নতাইরেম হ'ওপা লায়রপাপু পাউকৌচকে বাকংলমলপাকা ।। কেকে সম খোংনা য়াঙপাশিংপু লইনা শীনা ।। সোয়রেল লমলেকফম খুয়োল ঙোপা মপা সে য়তকি ।। হাওপা লায়রপাপু পাউকৌরপাকা ।। কেকে লইমাপা ঙাংঙোই পোংলেলহনপা সনা মখোঙ থাতা বাইখুংলরে ।।

নয়ু নিংথৌ কেকে লইমাপা ঙাংঙোই লইকোয় ফমপানা ।। মতাইরেম হাওপা লায়রপা । চরই অয়িন তামনা ।। মানলউ অসেং বাংপাপু ।। চরই মশীং হনা মানলউ ফিরোয় হোংহনলপাকা ।। কেকে খুনফাঙথৌ ঙাংঙোই নাইফাঙথৌসিংকা ।। নয়ু কেকে লইমাপা ।। হেপু সনা য়াইথোংসিংকা ।। ঙাংঙোই পূমনা হউ ।। খুয়োল য়াংপা পাকন তাইনা ।। থাঙলেল নাপল হাই । কচেং য়োংহক চল ।। তোকমু লইতঙ ফেন ।। মালেম লইকন তউ হেমপা লাংখোং তউ ।। লোকলউ সনপল থানা লাংলেন বাখোঙ পেংলপাতা ।। কেকে লইমাপা ঙাংঙোই পোংলেলহনপানা ।। য়িতাইরেম খুয়োল খুনথৌপা মপারী ।। হাওপা লায়রপা নতি । নয়ুন কোঙয়াং বারোক য়ানপা অসিপু ।। তেকপী খোকনা ঙাহনতা ।। কাওরেল সলনা থেংহনতা ।। কোঙয়াং সোইনৌ থেমনা নাউয়োকও হায়ন বাহামলপাকা । কেকে সনা য়োইকোলন্থু ।। কোনুং অচনপাতা হলবাইরকলে হায়তপারা ।। অসাই-ঙইকি হাওপা লায়রপতি । খুয়োল লোক লউরেমপা কোঙয়াং মখা চাপু নাউয়োকলপাকি ।। লোকলউ সোইরেল হলনা কোঙয়াং লাংলেন বাপল ফারকলে । কেকে লইকোয় ফমপা হেপু সনা লাথবাসং হয়ু মথুং চঙতা ।। খুঙনাং মনা লেকতনা । কেকে চংবা হায় মৈইরাং থুবা তেমনা হারাউ মথোই থোং ।। থুংঙাই মরাং কায়না লইপাক মনিল নাইনা পানলে হায়তপারা ।। মতাইরেম খুয়োল হাওপা

লায়রপাসংং খোইয়ম মথৌচাললনা ॥ কেকে লইমাপা ঙাংঙোই পোং-লেল হনপানা থৌচাল মায়কোকমরাপকী ॥ মমাকলাক মাকায়ুং ॥ মথোঙ থোংথোংতননা ॥ মেনাং তনপা সাকা রমপূ তৈনা ফাংনা ॥ খুয়োল মরান য়াইসংং য়ুমথু মনিঙ নাইনা । য়ুমলেন মরাঙ হউনা পানলে হায়তপারা ॥ হে য়ৌবাং পুরীকলাইবো ॥ নয়ু নিংথৌ হেপু সনা লাখবাতি চোয়নৌ সনা মিংহলকিপু হুনপানে । য়ৌবাং পুরীক্লাই সনা লাখবাতি কেকে ফমপালতা চহী ৪১ পানলমএ ॥

—OXO—

# য়ীবাং পুরিকলাই লাইয়ু অতেং পুনসিপা

নয়োন কেকে মোইর'ং লইমা ।। য়াইপিলীব চৌঙড্ লইমা ।। নোংখাই নিংথৌ চনু ।। কো'রউ খাইথকম বাংপল লা'উথকম অসইনপা চনু । পাযনা সনা বুনংকোযনুংকি ।। খোইযম সামন লীকিযনকি ।। তাইপঙ মিৎয়েং সংসড খাযনা ।। চৌঙড্ চেংলউ সকরনুপা ।। নয়ু নিংথৌ লাইয়ু অতেং পুনসিপাবো তৌনা কৌএ । পুরীর ই লাইয়ু পুনসিপাতি হাওরই খানা পাপা চংতা খৌস'পানে ।। ঙাংঙোই যোইমোংপাবা মসানৌ তাউথিংমাং যোইহৈতোনকা ।। ভুবেন মোংপা তুতেংলকপাতা ।। লাইবেল থাবই মাফা'ওথখিএ ।। লেমনাই মাছনথখিএ ।। হাওহিম সুমনাক চামমা তা'পা'তা বাইথুংলুরে ।। লোইপী হাওযীম মরইমাপী । হাওসি পনথোঙ খৈপী ।। সাবা পননৈখ ঙাকপী ।। হোইতোম মুখরাপী ।। থৌনই যোৎমি ননী তেংনৌ তোনথাংনুনা পাউহংলমমে । মোংপা নচীল ননাওতি করি লোইপু লোইথৌকে লাকপানো ।। কাকলেন মীঙমপা নমু পোংচেনপানা থোংনাং চৌঙনুং ছৎতা হঙল লানতারিএ । মোংপা নচীল ননাওপু । কাকলেন মানা হাৎপা নোংমনখিকানে হায়না পাউহংক বাপু নাতৈননা ।। লোইপী লমকাং মপুঙ য়াইতা ।। কেকে অথৌ ল'চা হেনপা ।। ঙাঙোই থাযাও কোনতাই লোনপা পুমনমাকা । হেমপা পনথেং হউনা ।। চুঙলেন থাকুপ হউ ।। থাঙলেন খেরা খাং । খংনঙ লইতঙ লেংনা পনথেংলপাতি ।। লোইপী মপুঙ তাকলে ।। লমকাং য়াকা চাইরে । পুরকলাই থিংকু মথি নাই ।। য়ীবাং মইনা বোংনা থোসারে ।। লমকাং তুয়িনপী তুয়িনপাপু

ক'য়না হনলে ।। কেকে মচি হেন ।। য়ৌবাং মরায় লানো ।। ভাংভোই মপুঙ য়াইতা বাইথুলরে ।

নয়ু নিংথৌ লাইয়ু অতেংপানা নুংঙাই মরাং কায়না পানলিংঙইতা ।। খোইয়ম কোরউ কাওফারোয় ।। চৌঙঙু লনসারোয় অমাই নাকলৌ সিন । য়োইরেল লেংনা তিলনা য়াকা সঙপু তাউখঙখিএ ।। অতু নোংকিপু কেকে মোইরাং নিংথৌ লাইয়ু পুনসিপা সঙলেন য় ইতা তেকপী খারোনপা য়াওচা সঙ ।। য়েনপা খনতোম্বপা থেকচা সঙ ।। হুএল লালনিকিতি লমক'ং নুয়িনপি নুয়িনপা অহোঙচা মিংনাইপা ফানা সঙবো তৌনা কৌএ ।। কেকে মরইপাক পুমনমাপু ।। থৌচান তাইহন নাইতা মোইরাং পাংসোই নীবহনতনা লংকোল হৈপা লোইতাম থাচকুমপা ।। মরান অতোনপা চরই অয়িন তামনা মানলৌ অসেং বাংপসিংপু খাপা য়ৌরইকাই । লানম্ব চাঙৌ লীনা পনথেংলপাকি ।। পনথোংলপাকি ।। সিনৌ কুরাং চৈক । সাবা তুখোঙ চুংনা ।। বুনথম খোয়খৈ নীকনপাপু ।। য়োইময়াই তাউতনপা কোরউ নোংসা মইনা চরই কিপু বোইনা লাংকোলপিপাকুম ।। কালেন য়াবা অসাউ থাতা ।। লোইতাম থচা পাখংপানা । য়িনুং লাইচ য়িচীক হলনা নাউয়োকপিপাকুম ।। নম্ব মিরেল হাওতনা বাচীনয়ে হায়তপারা ।। কেকে লংইপকহং ভাংভোই মনিল নাইনা পানলপাতা । নয়ু য়ৌবাং পুরিকলাই।। ভাংভোই পোংলেলহনপানা ।। সনা ফমপাল থকতা ।। পুনসি হাইহৈ সকনা পানলপাপু ।। য়ৌবাং মপারী মইপী সারম বোইপা ।। ফমলেল য়ুতোপপাপু সংতা ।। মমোম য় বাং কেকে নিংথৌ অঙনপা চম্বহুং ফুইতরপাকি ।। লমলেন মতাইনা মসেম তোংতোই পুঙ তুসেম লমনামুং ।। ককনা সনকি লমতাই থেনতা কৈতৌনোংকিনো হায়না কোংঙয়াং বালিংখিএ ।।

ককনা সনকি লমতাইখেনবো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ।। কলেন নোংতম হচা মোইরাং কাপপী অথৌপাকি ।। মোমনু তানলোয় মরমপী ।। হাওনু কৈসিতোমপীপু । নোংপাল ফানতেক

লমলোয় তরেংমানা ।। হএল মখোয়কি মরাল বোইনা ।। লুরক কাংতোই থিথিরপাকি ।। মথংলেন কক্লেন নোংতম হচা ।। মোইরাং কাপপী অথৌপানা ।। মরোঙ চেলবায়না ।। তিমেল চেনতালনা লানতানখিএ ।। মপারী নাউবা অখুপানা ।। মমা লৈরাং অমনপিকি ।। থাকলেন: অরেমপাপু খোনহকনা ।। খুংপী লৈরাং অতিংঙাপু ।। হলনা টুপনা পাউতোইনখিএ ।। অতু নোংকিপু খুচুপ চইময়াং নোংপাল খুমুক চামপাবো তৌনা কৌএ । মোইরাং কাপপী অথৌপানা ।। অচেন খোঙলই য়াঙনা হএল লানতাললকপাপু ।। লুবাং লানলোয় ত- রেংমানা ।। অবা পোংথাপা লানলোয় লমতনপাতা ।। মরোং মথানা তিমেল ঙাইখাঙননা ।। খোমলেন তুমকনপা মিংয়েং নাউম্ম- লমপাপু তানফংলুরে ।। মোইরাং কাপপী অথৌপানা ।। লুবাং লানলোয় তরেংমাকি ।। তাঙচ মসন তোনপু সমলাং মসেল কিশিলনরে ।। তা- খোক মখুংম্মনা নমু খাউতপ য়ইনা য়াহৌথোকলে ।। তিমেল মখুংনা বনপি থনুং থৌনা চইপিরে ।। লুবাং লানলোয় তরেংমাপু ।। লুরক কাংতোই থিনা তাঙচ লুরেল ককলে ।। অতু নোংকিপু বক্না সমকি লমতাইথেনবো কৌএ । নোংপাল লানলোয় তরেংমানা ।। মশানৌ নোংমনখিপাপু ।। য়ালৌ লমমাখাংতা মোইরাং কাপপী অথৌপনা লমন শিংলে ।। হাওনু কৈসিতোমপি লুথোক লমবো তৌনা কৌএ ।। পুলৈ মপাল ফা ।। লাংলেল মপাল চাউপাকিপু ।। চংপী কইরিং- বই ।। কেকে লউবাইচাউ মোইরাং পুপাল বাপু নাতৈননা ।। ককনা সমকি লমতাইথেনতা ।। থাঙলেল নাপল হাই ।। কচেং য়োংলক চঙ ।। হেমপা লাংখোং তউ ।। কোঙয়াং বাপল থা ।। লোকলউ সোইরেল থেমনা সোইনিরপাতা ।। নমু থংচৌঙ মরল কুকি । কোঙয়াং মখুং থালাংলেন মনউ য়োকমুং ।। কোঙয়াং বামিং সৌনা লোকলউ সোইরেন হনলকলে ।। অতু নোংকিপু কেকে মোইরাং নিংথৌ লাইরু পুনসিপা কোঙয়াং সোইনিবা ।। মপারী তুসেমপা সাংনবা ।। কোঙয়াং বানিংথৌবো তৌনা কৌএ ।। নমু নিংথৌ অতেংপা পুনসি হাইহৈপাতি চোয়নৌ সনা বিংহলকিপু হনপানে ।। কমপালতা 'চহি ৬১ পানওবএ ।।

# য়ীবাং পুরীকলাই তুসেমপা

নয়ু কেকে মোইরাং লইমা য়োইখমলোন ফৈরৌম ।। থৌরই নোংচ অহোঙপা ।। খোয়নৌ লাংমই য়াংকোল নিংথৌ চন্থু পায়মা সনা তনকোয়নুংকি ।। য়ীবাং পুরীকলাই তুসেমপাবো তৌনা কৌএ ।। পুরীকলাই তুসেমপাতি হাওরই থানা পাংপা লমতা খোসাপানে ।। তুয়িখাং অহনপাকা তেনপুং য়াইমপাকা ।। লৌসেন অতোনপাকা হেমপা লমখাইনপা লম ।। লোইপী লৌসেন মপুঙ য়াইতা ।। কেকে অথৌ লীচা হেনপা পুমনমক ।। লোইপী মচৌঙ কা ।। ইঙলোং ৬০ চোং ।। কাওরেল সনথা ১০ লান ।। থংনং লইতঙ লেংনা পনথেংলপাতি ।। লৌসেন থংমপী মইমাং চলনা । হুএল লানমিং মুংলে । পুরীকলাই মথি নাই ।। য়ীবাং মরাঙ হউনা খোসারে । থারম লৌসেল মনিংথৌ ।। হুএল সেনকুপলেন অথৌপাপু কায়না হনলে ।। য়ীবাং পুরীকলাই নউপী লানথাপা তুসেমপাতি ।। চোয়নৌ সনা কমপাল লাংতা চহি ৪০ পানলমএ ।



নীচা হেনপা ।। ঙাঙোই থায়াং কোনতাই লোনপা পুমনমাকা ।। কোইরেং মচীঙ কা ।। লোইপী য়ুমখৈ থেনা ।। সৌপোন মাঙখোই খিন ।। হঙলেন থাকুপ হউ ।। খংনঙ লইতঙলেংনা । থোনয়া হাথৈ ফং ।। য়ীরোক সানথ্রেকতনা পন থোংলপাতা ।। লোইপী মপুঙ তাকলে ।। কোইরেং য়াকা চাইরে ।। মইপী তাঙকোই পা । মইখু নোংলোন কা ।। কাইরেং পাখং কানপূ হেমপা খাংচেং থুমলে ।। পুরীকলাই মথিনাই ।। কেকে নিংথৌ মরাঙ হউনা । হেমপা খাংচেং থুমলে ।। পুরীকলাই মথি নাই ।। কেকে নিংথৌ মরাং হউনা ।। হেমপা খাংচেং মাঙতা খোৌসারে । হএল লালনিংকিতি লোইপী কোইরেং হাও পাখং । মরোং চুঙমূপা ।। য়িঙেন লৈথেং তইপা ।। কাইপী সাখোম মুলনা মরোং চুঙমায় তোপনা হেনখোইপা চুঙপূ । মরোং ঙকতা হকপা ।। খুপোম য়াইশী লোনপা খুতাংয়াই খুপা ।। লোইপী মুঙনাংচোং অথৌপাপূ কায়না কনলকএ ।। য়াইরেন খুনবুম চীংকি ।। পুরীকলাই মরাই লাং ।। যীবাং মচী হেন ।। লানমী মরাঙ হউনা ।। কেকে মপুঙয়াইতা বাই- থুংলরে হায়তপরা ।

পুরীকলাই লোইপী কোইরেং লানথাপা ।। য়ীবাং পুরীকলাই লাইপাখং অতেংপা থায়াং মথৌমল ।। হএল মরাল হউতি অহুনা- মুং মতোমতে ।। হাওরই নোংচুপ পাংপা লমতা খোৌসাপানে ।। লমলেন চোথে মুঙমুক চীঙ ।। পানপী নাউথেম চীঙপা ।। মাকন তুম চীঙপু ।। নাতে পালৌ সনকোল কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো । হাওমু তোনতাউমু লৌথিপীনা ।। মপারী সাংতা মামোম ফুইতপাকি ।। থৌতুনুঙতুম নমতা পো ।। পানপী নাঙপাকপাপু থাতা পমনা নাউথে- মখিএ ।। য়িতু চোথে পাখংপাখো ।। হয়েং নমোম অইনা সেনেমসে হায়ঙইতি সেনেমলকখো ।। সেবাংসে হায়ঙাইতি সেবাংলকখো । হা- য়না মতু চোথে পাখংপাপূ লানকৌখিএ ।। সমপুম মতই ঙাইপূ হন- লাললে ।। অতূ নোংকিপু চোথে মুঙমুক চীঙ ।। পানপী নাউথেম চী- ঙখো তৌনা কৌএ ।। লোয়পী য়ীশিংখোং অমতি অয়াওপা তুয়িখো

কৌএ ।। লোইপী য়ৌশিংখোং অমতি চংপী য়িমমাথেবো কৌএ ।। লোইপী লমতাং অমতি মুঙমিতাংবো কৌএ ।। হেমপা লমতাং অমতি লুখাং তাংবো কৌএ ।। লোইপী লমতাং অমতি কাসন তাংবো কৌএ ।। চোথে লমতাং অমতি থোংনাং লাকংবো কৌএ ।। হেমপা লম অমতি লানলুম সাকোন তাকবো । থোংনাং ক্যাবপা অথৌপা কানা লমবো কৌএ ।। লোইপী খাংচেন অমতি মকরবো কৌএ ।। হেমপা খাংচেন অমতি তুনলুবো কৌএ ।। লোইপী খাংচেন অমতি চোথে মুঙকাং চৌঙবো কৌএ ।। হেমপা য়ৌশিংখোং মঙা থকপা ।। লোইপী লমতাং মঙা তিনপা । চোথে খাংচেন মঙা সাপা চৌঙ ।। চোথে নুঙমুক চৌঙ ।। তাংখোং তাংলৈ চঙ ।। মকন তুরা চৌঙ ।। পানপী নাউথেম চৌঙ ।। লানলুম সাকোনতক । মইনং খংপী চৌঙ । নাতে পালৌ সনকোল ।। চোথে মপুঙ য়াইতা ।। কেকে অথৌ লীচা হেনপা পুমনমক ।। চুঙলেন থাকুপ হউ ।। খনং লইতঙ লেংনা ।। য়ৌবাং মইনা বোংনা খোৌসারে ।। চোথে মপুঙ তাকলে ।। খারম য়াকা চাইরে ।। মইপী তাঙকোই পাই ।। হএল লালনিকিতি । চোথে মনিংথৌ নাতে লাচাউপাপু কায়না হনলকলে ।। চোথে মপুঙ য়াইকি থিংলউ নীংনা তেনা হলবাইরকপাতা ।। হেমপা পনথেং মাঙতা ।। খারম লৈসোক অঙাংপা ।। খাপা বুলনা থেলপাসুং বুলচঙতপা ।। কোরউ নোংনা চোংতপা ।। শীংলেন লৈনা-না য়োমনা পানপা লৈপু ।। লৈরাং খায়োম সানা লাংলকএ ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ লোইপী সমপুম লানথাপা । চোথে থাঙবায় পাখংপাতি ।। বতাইরেম ঙংাঙোই থায়াং কোনতাই লোনপা পুমনমাকা ।। কেকে মচা হেন ।। পুরীকলাই বরয় লাংনা । কেকে মপুঙ য়াইতা বাইথংলরপাতা ।। অসাইঙইকি খারম লৈসোক অঙাংপাপু ।। মসানৌ কেকে মোইরাং লইমা ।। লইমা হুনুলেমপীনা নিংয়েং মিংথিংলপাকি পাউমেলচরকএ ।। য়িসাপী কেকে লইমাপাবো শীংলেন অসিপু করি নীংথিচপনো । লৈরাং অসিপু করম চনপানো । কেকো

পাখংশিংনা চিনমপাত্তি ।। পাখং মানপা সমচি ককনা থৌখামপীবো ।। ঙাংঙোই চন্দ্ররাশিংনা থেংলপাদিং ।। মোমক্ত তাঙচ সমচি ককনা থৌথিংপীবো ।। হায়না বাহেমলপাবি ।। খারম লৈরম লৈসোক ঙংপা ।। লইমা সনুরেমপী থৈখাম লৈবো তৌনা কৌএ ।।

নয়ুনিংথৌ লোইপী সংপুম লানথাপা ।। থায়াং মথৌ মলতি মতোমতে ।। হাওরই খানা পাংপা লমতা থৌসাপানে ।। লমলেল মতাইমা য়াংকোই লমবোথোকপু ।। সোবন্ য়ৌবায়তাবো কৌপাত্তি কৈতৌনেংকিনো ।। নেংপাল হেঙনেম লুবাং নিংথৌ পুক্তিপা মতাইরেম ।। লইথিন নোংথিন য়াঙ ।। হাওখু চারাইয়াংনা ।। লাইচ সমজ্জু য়ৌচাওকি য়ৌবানলুপাকি ।। লাইচ ময়েংতা কুনিং থাকোই কংলপাকি ।। য়াংকোই মোংপা য়িপু সোকনা লাইচ য়ৌনোংলকলে ।। অত্তু নোংকিপূ সোকুন্নু য়ৌবায় তাবো কৌপাপু ।। পোইরই তা কাথিপা তাংঙম হইমন তানপানা ।। সকুনু য়ৌবায়তাবো কৌএ ।। সকুন্নু য়ৌবায়তাপু নাতৈননা ।। চৈংথোঙ পোইরইতোন ।। মমা লইমুং পিয়াইবুচা থোমকাং অতোনপাকা ।। মতই লইমা লাইচম থোংথোঙ সেমপা চনুকা ।। লোইপী সিত্তপা হেমপা নাতপাপু খুনথিরকপাতা । ময়ুম লোইপী মারেমনা ।। চৈঙথোঙ পোইরইতোনপূ ।। মসোং মমান চাউনা য়েংলমএ ।। অতু নোংকীপু অসোং খুনলেল লইহাবো তৌনা কৌএ ।। কেকে অথৌ লৈচা হেনপা ।। ঙাংঙোই থায়াং কোনতাই লোনপা, পুমনমাকা ।। লোইপী মচঙকা । হেমপা পনথেং হুউ ।। খংনঙ লইতঙ লোনা পনথেংলপাকি ।। তাসং য়াকা চাইরে ।। খুচন পামতালনরে ।। মইপী তাঙকাই পাই ।। মইখু নোংলোলকা ।। চংলম কামসাং পুমনা ।। হেমপা খুনয়ায় থারকা ।। পনখোঙ য়ৌখৈ কাইনা ।। পুরীরাই মথি নাই ।। য়ৌবাং সংনা বোংনা খৌসারে ।। হএল লালনিকিত্তি ।। লোইপী অসোং মনিংথৌ ।। হএল সেললীক অথৌপাপূ কায়না হনলে ।। লোইপী অসোং মপুঙয়াইবিপু ।। কেকে মপুঙ য়াইতা হলবাইরক্লে হায়তপারা ।।

নমু নিংথৌ থাঙবায় লাইপাখং অতেংপানা ।। লইপাক মনিল নাই । মুংঙাই মরাং বায়না পানলিঙই ।। লমলেল মতাইমা লুবাং থরও খোইনুচা । নোংপাল ফানতেক লউঙাকপা লউঙাকবায় । তউরেল খোইজমপালপু নাতৈননা ।। কেকে বোকনারেল ঙাংঙোই থংনরেল ।। খোইনাই তাইপী লউ কৌপাত্তি কৈতৌনোংকৌনো কৌপরেল অঙাংঙানা ।। খুয়োল য়োইথোকচাউ থোকচাউ অহনপাকা । মেনতে লীপিখা ।। মেনতোং ঙকায় চৌঙকি ।। কেকে খুনকুমলক ।। মোইরাং খুনতারকঙৈতা । কেকে মপাচা মসেনপু ।। অথোংতুম । অথোংননা লমবোকনরে ।। অতু নোংকিপু কেকে বোকনরেবো তৌনা কৌএ ।। খুয়োল য়াংপা মসিংখাই মসেলপু মেলনা তাইনা হায়নথিএ ।। খোইনাই তাইপী লউবো তৌনা কৌএ ।। কেকে য়ৌপাচা-শিংবো য়িখোয়না কেকে য়ৌপন লমপু য়িনতাললকপা অসিপু বায়রসা ।। হএল লানপু বোইকপারা খঙচতে হায়না ।। তেকপী সাফে লউ ।। কাইরই য়েনখা সেংনা পাঙমলমএ ।। অতু নোংকিপু কেকে বোকনরেল ঙাংঙোই থংনরেল । খুয়োল মেনমতাক ।। খোইনাই তাইপী লউ ।। পুকফাং সাফে লউ ।। কাইরই য়েনখা লউবো তৌনা কৌএ ।। কেকে বোকনরেলপু নাতৈননা ।। চংপী মকইরেল ।। কইরেল মখুংবা ।। চমলউ লাবং কুই ।। পুনুং লাফৈ পাকপাকিপু চংপী কইরিং বাই ।। নাচউ লমমাহনপু লমথোনপা । কেকে মোইরাং নিংথৌ লোইপী সমপুম লানথপা ।। অসোং য়ুমচঙ য়ামপা ।। পুরকলাই থাঙবায় লাইপাখং অতেংপাত্তি চোয়নউ সনা মিংহলকিপু চুনপানে ।। নমু নিংথৌ লাইপাখং অতেংপত্তি কেকে লইকোয় পুঙতা চহী য়াঙথৈ পালঙমএ ।।



# পুরীকলাই নুঙনাং নিংথৌ তোনপা

নয়ু কেকে মোইরাং লইমা নোংপানলোল লইমা ম্নুলেমপী ॥ অঙৌপা লাইরেল হিকামপা । নোংয়াই কোবচা হিকপানা কোইপা লম ॥ অতোন লায়ে ম সিনাইপানা ভাবপা লমতা খৌসাপা ॥ নাইফা সিংকম হনপা সেনপা নমথাং চাপু কায়না হনপা চনু ॥ লোকথু বাংখুরেল । খুংডম য়ুম ॥ মারোং য়ুমতা কানা য়ুমপু পুমনা চলনা অসইনপা চনু । নোংপানলোন লইমা ম্নুলেমপী । পায়মা সনা বুনকোয়ংকি ॥ নয়ু নিংথৌ নুঙনাং নিংথৌ তোনপা তৌনা কৌএ । য়াথাং পুরীবলাই নুঙনাং নিংথৌ তোনপাতি । লমলেন মতাইমা লইতাং য়ুমমোইকেন ॥ লানলোয় পাউপীতেকতা খৌসাপনে । লইতাং খুলৈতাংবো কৌপাতি বৈতৌনোংকিনো ॥ সামন কোনথে চামপা । সরা বাইরৌপামপানা ॥ সেনলোয় লংমাই নিংথৌ চনু ॥ কোইসং কোইরাইমু সাফপী থাবান লৈসং চুনশিতা থাবা মুয়িনঙই ॥ নোংয়াইচা পাথং অতেংপাশিংনা ॥ সামন কোথৌচামপাপু ॥ লাংপাল বুয়ুঙ মুকনা ॥ সংচেংনা চইপীরমপাকি ॥ সাবা বাইরউপামপাতি ॥ লাইচ য়ীপাকথবতা নোংমনলে ॥ কোরউ নুমিৎ মঙানি মুরপাতা ॥ লাইচ য়ীরালনুংকি চমু মথুংতোলনা হাননা ॥ লাইচ য়ীফাওরকপাপু । তাকনা খায়না বুরে ॥ অতু নোংকিপু লইতাক খুনলৈতাংবো তৌনা কৌএ । অয়াঙ লাইফা চনু অথোং অয়াং ফাপীকা ॥ ভাতেন লংকামপম চনুকা ॥ য়িনফুই মায়রং সোন । হংকেন তাউখং লাকপতা পোরা মথুংমুপু তেকলমএ ॥ অতু নোংকিপু লানলোয় পাউপীতেকবা তৌনা কৌএ ॥ হনপাচা কারামপনা লুকয়ী সেংসৌননা

লমতাই বায় ।। লইতাং খুনলৈতাং সাম্না থাইরউপামপা মন্না সোয় ।। নোংয়াই থাঙসাখম ।। অতোন লইমাখম ।। থংচি চাউখোং চনু ।। লাং-শুম মতৈ মনাওনা ।। লেনলই ঙাতা বায় ।। লইতাং খুনলৈতোংতা খৌ-সারে ।। হুএল লালনিকিতি নোংয়াই ফেনলেমপম নাইচা ।। লইতাং হাওখোইপাপু কায়না ঙনলে ।। পুরীকলাই মচি হেন ।। ঙাংঙোই মরায় লাংনা কোকে মপুংঙ য়াইতা অহোঙ লৈরেন খৈনা পূঙলেন মথুংফাপু তানফংখিএ ।। নোংয়াই ফেনলেনপম নাইচা লইতাং হাওখোইপাপূ লৈমু সেংতাকপুঙ ।। লইহাউ সেংখোই পুংবো তৌনা কৌএ ।। য়ৌবাং পুরীক্লাই খুঙনাং নিংথৌ তোনপা অহোঙ লৈরেন খৈপু তানফংপাতি চোয়নউ সনা মিংহুলকিপু চুনপানে । কেকে য়ৌপুঙ য়াইপূ তরা অচা বাংতা ।। চরই অয়িন তামতনা ।। চহি নিঙ্গুমাপল ঙাংঙোই লইপাক ঙাকঙমএ ।।

( ০ )

# পুরিকলাই খোকথৈ লানথপা



নয়োন কেকে মোইরাং লইমা। চিনক্কুরোল চিঙচারেমপী। লমলেন মতাইমা তোরাখোং লোককারামপা পানলানখোং। বুরেন চীঙখোঙবায়। তউম্ন খোঙলেঙলম তউরা লামথা বায়।। থাঙভা অম্নপা য়াইতোনবায়।। কমপোং অঙংপা য়াইখঙ পাং।। য়াংপা খুথিনপা নুংখাংপুং। পুরোই লাইকোয়পা মথৌ য়াংকেনপা লম।। কাম্ন বমপোংপা নোংননবায়। কমপোং মং সাক্ক চীক। বাংপল কামপা ইমনইমাংনা।। চীঙঙু নিংথৌ সোরারেল।। অবাং খাকপা মতেনথা। কোরউ নোং শীংচংপু।। পানেল শীঙনী বুকাংকতা কানা। মইকা হোংনা তেনশীং বায়।। বাংঙমলোন পোংগু মুকোন চন্নুনা।। য়িপাম কুমকে সিখাম কুমকে হায়না।। পাংথি লমকি লোয়নাই নানলোয় লমসেমলমপূ অসৈনপম চন্নু। মপাম হুঙল লালনিকিতি।। কমপোং মুংনাইপী মুংনাইপা। অরাই সমলোঙপী সমলোঙপা য়াইরউ য়ুম্নংপা। কমপোং নায়োমপী নয়োনপাপু অহোঙ লানলু তাইনা মুপা চন্নু।। পায়মা সনা বুনকোয়নুংফি। নয়ু কেকে লইমাপা য়ীবাং খোকথৈ লানথপাতি। হাওরৈ খানা পাংপা লমতা খৌসাপানে।। খোয়ম লায়িংথৌ বাংপারেল খনা চাউপা।। মমা বাংম্ন লইমা খোংচোম কাপিচা।। খোইয়ম পীস্থম কনপা।। চীঙঙু খোংফৈ চাউপা। লাইচ য়ীথোঙ লোনপা। নম্ন পোংখোঙ থিংপা। খোইয়ম তানলোয় মক্কমপী।। অনাল খুনথক চন্নু।। অনাল খুনখা চন্নু।। সাকাং লমকাং চন্নু।। লোইপী থাকুপ চন্নু।। মারেম থায়াই চন্নু। মরইপুং খুনতোল চন্নু।। ভারা খমতেং নুপী।। তানলোয় লুমলেল তারেংমাতা নুয়িনপা

চাঙ ।। লোইপী লমকাং মপুঙ য়াইতা ।। কেকে থায়াং কোনভাই লোনপা পুমনমাক্না ।। চুঙলেন থাকুপ হউ ।। হেমপা পনথেং হউ ।। খংনঙ লইতঙ লেংনা পনথেংলপাতি ।। সাকাং থ্মপী মইমাং চল ।। হএন য়াইণীং মুং ।। হেমপা খাংচেন থ্মলে । পুরীকলাই মথি নাই য়ীবাং মইনা বোংনা খৌসাপানে ।। হএল লালনিকিতি ।। সাকাং মনিংথৌ ।। হএন সংকুপলেং অথৌপাপু কায়না হনলে হায়তপারা ।। লোয়পী সাকাং লানথপা য়ীবাং পুরীকলাই ঙাংঙোই খোকথৈ লানথা-পাতি চোয়নউ সনা মিংহলকিপু চুনপানে ।। চহি ৩৭ পালগুনএ ।।



# য়ীরাং পুরীকলাই ব্রুবা কোঙয়ামপা

নমু কেকে মোইরাং লইমা ।। য়োইঙ্কন্লোন নোংতাইলেমপী পায়ম্বা সনা বুনকোয়নুংকি । নমু নিংথৌ বুবা কোংয়ামপাবো তৌনা কৌএ ।। নমু নিংথৌ বুবা কোঙয়ামপাতি । হাওরে নোঙপ পাংপা লমতা থৌসাপনে ।। লমলেন লোইপী ফৌবোই চাঙ কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ।। য়াংমোম মছই লোইনাই । লোইমোম ফৌবো-ইপী খোয়নৌ মতা নিপাংমানা ।। থোংনাং বারোঙ লই । ময়াং কাকাই লইপু য়িনতাললসে হায়না ।। লোইনা হৌনো হায়খিএ ।। অতু নোংকিপু ।। লোইচাঙ ফৌবোই চাঙবো তৌনা কৌএ । য়াংমোম মছই লোইনাই খোয়নৌ মতা নিপালমানা । থোংনাং কারোঙ লই ।। ময়াং কাকাই লইপু য়িনতাললকপাতা ।। আমচি মুঙলাই কোন । তাংখুল লইহৌপোবতা ।। লাইচ মথি নাই । য়ীমু মরাঙ হউ মুঙপী কৈতোই চোংপাপু লানঙমতপাকি ।। তকলউ সিতং সো-ননা ।। লোইমোম ফৌবোইপী কোঙয়াং মচইহনা ।। লাইচ য়ীপূক খায়না য়ইরমএ ।। অতু নোংকিপু লমলেন লোনলোই য়ীয়ইপীবো তৌনা কৌএ ।। খোংচি মুঙলাইপা চনু চিঙচেং নারল মচন ।। লেমলৈ ভারা ভাবোইপা ।। বাকয়ৈ হিপান বাইপু বায়োনপী । খুমু নউরেং মাপু লাময়োনপী ।তউরা বাইপু বাইয়োনপা নোংমনবাই ।। মতু চাঙচেং নারল পাংকনপা লনসিং লমপু নাউননা । লইপী পুঙ য়াই । নুংসাই মসাইবোনতা ।। থাংলেন থেরাং থাং । তিয়েল হুংসোন লই ।। খংনঙ লইহঙ লেংনা পন্নথে লপাতি ।

লোয়পী মপুঙ কায়রে ।। নুঙসাই পামতালনরে ।। পননীঙ য়ুমখৈ ।। য়ীরোক হাথৈ কংনা পনথংলে ।। য়ীবাং মইনা রোংনা খৌসারে ।। হুএল লালনিকিতি ।। মরেম লাংমইপা অখৌপাপু কায়না হুনলে ।। নয় নিংথৌ কপুই মুঙসাই লামথপা ।। সনা মহুঙলেনতি অতুমং মতোমতে ।

নয় নিংথৌ বুরা কোংয়ামপাপু য়োইপু খোইয়ম লাইরইমা থাংয়ি অহোঙপীনা ।। খোইনা ময়রোকলকলশাকি । তরা চাকা থোও । অহোঙ লৈরেল খৈনা পানলে হায়ভপারা ।। কেকে মপুঙ য়াইতা নুংঙাই মরাং কায়না পানলিঙে ।। মোইরাং কোনম অথৌপানা ।। থাকৈয় খোঙবোইননা ।। লোঙলেন খুংতা হনা ।। পোমপী কোনথৌ ভাইপু । চেকলা তুংয়িন তানখিপাতা ।। হইরেম থুনচাল নিংথৌ ।। চীঙচারোং থাপনপাকি হুএল মরাল রোইরে । কেকে নিংথৌ ভাভোই বুরা কোংয়ামপানা ।। কেকে মপুঙ য়াইতা । অহোঙ লৈরেল খৈ ।। চমলউ লাকম থা ।। হাওতৈ য়ুনৈ হউ ।। সারেল ফাহাপননা হোঙনেমতৈতা । হইরেম খুনচান নিংথৌ ।। চীরোং থাপনপাপু অহোং তরা চাককৌ নোংতা । কেকে মপুঙ য়াইত কইথুলপাতা । মোইরাং কোনমপা মপারীনা ।। মপল পনংথৌ নিংথৌকি । মার খোঙথুল খঙনা ।। তাঙচ খোঙখুল খিঙপাপু ।। মালং নোংহুম পাউকুম । চীনচোক পাউরান তাপকি ।। মোইরাং কোনমপা মপারীনা ।। পাতম মপা খঙকে হায়পাকি । হইরেম খুনচান নিংথৌপু ।। য়াইপা কহ হউ নীকনা ।। তমপা কচক হউ ।। হুএল লালমিং থানা ।। কনচাউস্থনো হায়পাকি ।। কেকে মনিংথৌকি অহোঙ তরা চায়েনপাতা থাহোমখিএ ।। য়ামপা হইরেন খুনচান নিংথৌ চীঙচারোং থাপনপা । মুঙকুক মানপা খৌচোনপা ।। মিক্কম মানপা সেকতোঙপা । তেকপী মানপা পুকচোনপা ।। তরা নচীকচাপু । লাংকোয়কুম কাহাপনা । তেকপী চাকচা খুমাঙ থাং ।। তাউপা চাকচা অহোংননা চাকচাখিরো হায়না থাহোমখোনকি ।। হইরেম খুনচান নিংথৌ চাংচরোং হায়না থাপনপানা ।। য়াইপী

কলহউ নীক ।। তিনলাং মখোয় সাউনা রাহোমলকএ । কেকে মীরোয় অতোনপা ।। লমচা পানা য়োকতপা ।। সরা পীনা কোনতপা অতা-কননা । থকসী লনখুম খঙতা ।। খাসী লীকনেং খঙতপা নঙপু ।। অইমুং হইরেম খুনচান নিংথৌ মহাকনে ।। তমপা থায়ং য়িথৌ মমুং ।। মোইরাং কোনমপা অখৌপাপু কায়না হনপানে হায়রপাকি ।। মোইরাং কোনমপা মপারীতি । রুনপী কলহউ নীক ।। পিরেল খাকমা তা ।। মানপি খুৎতপনা মুকমু লৈতোন কোলনা ।। চাংচৌ চেপনা লোলনা রাকৎচখিএ ।। কেকে য়িনিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপা য়িপুংঙো তাশিরো নতাইরেম অইকি পনথৌ য়িশা পোকনাপা-না ।। রাকয়ৈ খোঙরোইননা ।। লোউলেন খুংতা মুনা পোনপী কোনথৌ ঙাইপু চেকতুং য়িনতানখিপাপু মরান থৌনতেরকতরে । খোইয়ম লাইনা লউরপারা ।। লইচা য়ীতা ভুমলপারা হায়পাপু হইরেম খুনচান নিংথৌকি ।। হএল মরাল রোইঙমলে ।। নতাইরেম অইতি য়িশল পনথৌ নিংথৌকি তমকপু ।। লইকাই পুচলুক । চেঙপুম মনউতোন । লাংপল অরোন লুককুমপাপু লনশিংচকে হায়না রাকৎল-পাকি ।। কেকে লইমাপানা হায়রকএ । ওয়মথো হইরেম য়ীরেম য়ীপু মচানে । তরা মইনা চাককৌ নোং অসিতা করোং খুংকুমক-রোইএ ।। হুয়েং শাংচা রাইকোয় য়েং ।। য়েনলং থৌচং য়েনো লাংপল করোং খুংকুমচৌরো ।। মোইরাং কোনমপা মপারীনা । লমলেন মতা-ইমা চৌঙমইপা কানরম লইমইপা তলনা লম । পানপা চৌঙচেং নারন পাংকনপানা ।। তিননা রোননা লাননা চৌঙ ।। থেরে রোংপা চমু মপারী কচেং তাংখু তাংহলনা ।। লীরি থমোয় তিং ।। লকা তেনমই লাকনা ।। তাংচ লমকমরাই ।। কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ।। থেরে রোং-পা চমু মপারী কচেং তাংখু তাংইলনা পাউমেন লকএ ।। পালেম য়ীমাথো নপারী অইথোয়কি পনথৌ য়ীশা পোকমাপাতি কতায়নো পাউহংপাপু ।। পারীশিংবো নপন পনথৌতি ।। পামপা চৌঙচেং নারল পাংকল্পাকি ।। কৈরেল পীপুকনুংতা সানথপলিএ ।। হায়না পাউতাকলকপাতা ।।

কাচেং তাংখু তাংহল সানউ ম'চিন মনাউনা ।। চীঙমই অচনপাতা খোইমা নারোলবুংতা তাঙচ নাম্নমথিএ ।। লিনলা তুকুমপাপু নাথেৎখিএ ।। পামপা চীঙচেং নারল পাংকলপানা ।। চীঙমই অচনপাতা লানলক-পাপু মিংয়েং সানখৈরপাতা ।। কচেং তাংখু তাংহলনা। লীপ্নি থমোয় তিং লকা তেনমই লাকনা পাতমলকপতা ।। মপল পনথৌ নিংথৌনা পামপা পীপুকম্নুংকি পাউমেনলকএ ।। পারীশিংবো নপল অইপু রায়রা তেনপা-লকানিএ ।। কৈরেল খুমাঙ লেংকা তমনা চাইপীরো হায়রপাকি ।। কচেং তাংখু তাংহল অনিনা খুনাং লেংকা তমনা চইপীরে ।। পামপা লুতুরে। কৈরেল খাঙঙেনলপাতা কচেং তাংখু তাংহলনা পাউমেনলকএ। ।। য়ীপলবো পামপা কৈয়ারোমতা লউথোকসে হায়রপাম্নুং ।। কৈরেল মঙ্কথাকনে হায়ঙইনে ।। পামপা নীঙলমতা লউথোকসে হায়রাপাম্নুং। কৈরেল কায়থোকলমনে হায়রঙইনে ।। পামপা সাপুক কাংনা ল উথোক-লপাপু। মপল পনথৌ ঙানপা খুম্নু কৈবোইপাতি। কৈরেল পীপুকম্নুংকি। অচেন লোকলই হউনা চেনখিরপাতা। পামেল বু-নামুক নামুক বুতোন থকতা তোংলমলে। লমলেন মতাইমাম্নুং কৈতোংবো কৌএ ।। অতু নোংকিপু কচেং তাংখু তাংহলনা তাঙচ লমকমবায় ।। কৈরেল খুমাঙ লেংকা তমনা লম ।। ঙানপা খুম্নু কৈবোইপাতি ।। পামপা পীপুকম্নুংকি য়োই য়োই লমবো তৌনা কৌএ ।। খুনতীনপী চীঙনাম্নুংপু নাতৈনন ।। খুনতিনপী চীঙনাম্নুংবো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ।। লোইতাম থাচ পাখংপা কোঙয়াং মচইম্নপু ।। লোয়তাম খুংম্নোন থাপাকি ।। আইনা মপুঙ য়াইতা সাতু চীঙলাই ঙান। হেমপা থেনপুঙ ঙ'লনা ।। কৈন-থরকপাপু ।। চাইরেল আইনা মরইমাপী ।। হাওম্নু কাসালম্নুনা খুলহ-উরে ।। থাচ পাখংপা কোঙয়াং মচইম্নু ।। চাইরেল আইনা মরইমাপী ।। লাংলেন মবা খঙপু। কোঙয়াং চইম্নু পানলোইম্নুনা। কেকে তমতা কুম্ননা মোইরাং তমতা তারকলে ।। আইনা মরইমাপী কোঙয়াং মচই-ম্নুপু। কেকে নমোইরাংনা ।। পাখং সংকাই য়াইনম মখুংম্নকা ।। লোই য়োম কৌম্নংপাকনা খানলউএ ।। নমোই মথোঙ চীনতা ।। চইম্নু কৈনা

ঙাপাগু ।। য়াংলই তাউপা মহুইচানা ।। কামলপাগু ।। খোঙকাপ সানতনা নোংমনলে ।। কেকে খোয়রী নমোই য়াঙপানা ।। কংলই মহুম ৎতা ফেনথোকলপাগু । কোঙয়াং মথনতা বাপল ফা ।। লোকলউ সোইরেল হুনলকলে ।। তেকপী খোকনা ঙারে খোকলাইতা ।। য়াংলই তাউপা মহুইচানা সোকলপাম্মুং ।। তাউপা হুইরৌচলনা নোংমনলে ।। কাওরেন সলনা ঙারপাম্মুং । মানপী সনলাই তাইএ । নম্মু পোংনা কোংয়াং বা য়ানলপাম্মুং ।। খোঙকাপ নউরই থাংঙমতনা ।। কোঙয়াং নমঙাননা লুতুইএ । কেকে থাঙঙা মরই কাইনা ।। বাপু লালপু চাউনা সাংনা পারোঙ পারাং থোকনা বাবোইনরে ।। অচু নোংকিপু ।। কেকে পারোঙ বা । মোইরাং পারাং বাবো তৌনা কোএ ।। কেকে থাঙঙা মরই কাইনা ।। কোঙয়াং মপাল তউ ।। লোকলউ সোইনষ্ট কংকনা লাপনা হুনথোকলপাপু ।। খুনতিনপী চাঙনাম্মুংতা ।। কোঙয়াং বাপল ফা । লোকলউ সোইরেল হুনলকলে ।। লোইতাম থাচ পাখংপা ময়াই য়াইরং চালপু ।। কোঙয়াং চইমুকানা তিনলমএ । অচু নোংকিপু য়াইতুপীবো কৌপাপু ।। কেকেতা ফাথিপা মোইরাং হুইমম তানপনা খুনতিনপী চৌঙনাম্মুংবো তৌনা কোএ ।। খুনতিনপী চৌঙনাম্মুংপু নাতৈননা ।। চৌঙমই অচনপাতা তাঙচ তুকুমনা নাকমখিএ ।। লিনলা তমনী নাথেংখিএ । হাইরেম খুনচান নিংথৌ চৌঙচরোং থাপনপানা ।। কেকে চাউপা পুঙফি থিংলউ নীংনা তেনা মরান খোনত্তেরকলে ।। মোইরাং কোনমপা মপারীনা লুরক কাঙতোই থি ।। খৌনাউ লেনথোঙ লেনলে হায়তাপরা হে পুরীকলাইবো ।। নয়ু নিংথৌ বুরা কোংয়ামপাতি । অথোঙ লৈরেল খৈতি ।। কেকে মপুঙ য়াইতা মুঙাই মরাং কায়না পানলে । নয়ু নিংথৌ য়ীবাং পুরীকলাই কেকে পোংলেনহনপা ।। কপুই মুঙসাই লানথপা । ঙাংঙোই বুরা কোয়ামপাতি চোয়নউ সনা মিংহুলকিপু হনপানে ।। কেকে কমপাল লাংতা চহী নিকমাথোই পালঙমএ ।।

—❖❖❖—

# য়ীবাং পুরীকলাই থীয়াঙ মীচাউপা



নয়ুকেকে মোইরাং লইমা ।। চাকরোল খুনঙ্গুংলইহন নিংথৌ ।। হাওবা লোইরেল চামপা ।। লোইয়মচা অহোঙপা চনু ।। ময়ু খুনঙ্গুং লইহন নিংথৌ লোইয়মচা অহোঙপানা ।। থায়াঙ মথৌ মলপু । বায়র সাসিথি ।। সারেল মপুম কা ।। য়া উরউ সিঙ্ক কংপু ।। সারেল সকোক থিনা ।। কেকে লমলেন মতাইমা ।। খুয়োল থাঙলউ লমমাহনতা ।। খরী লইথোং চু চমলউ লইকম কানা হোঙনেমএ ।। অতু নোংকিপু লোইয়ম চাপা অহোঙপাপু তৌনা কৌএ । লুবাং লোয়নাই য়াওমু তানপানা লাপা খুমনপু য়াংতউ সারম লীরকপাতা ।। লোইয়ম চাপা অথোঙপানা বাংলই য়ুকইরমএ ।। কেকেনা তেথানা ।। মোইরাংনা মিকৌনপাতি ।। হুইরাঙ অপিসাপু অতোইপাবো কৌএ ।। লুবাং লোয়নাই য়াওমু তানপানা ।। তাউচীঙ হইতরোইপু কমনা রায়না বাংলই য়ুমিনপাপু ।। হাওতই অয়াকপু থইনা চামলে ।। অতু নোংকিপু বাংলই থইচামপালবো তৌনা কৌএ ।। লুবাং লোয়নাই য়াওমু তানপাতি বাংলই তোঙঙমনরপাকি । তিমেল চইসৌননা ।। খোকলাং মখুৎমুনা ভানা ভানাচৎখিএ ।। খোকঙ তাঙাপুঙবো কৌথিএ ।। চাকরোন খুনঙ্গুং লইহন নিংথৌ লোইয়ম চাপা অহোঙপা চনু ।। পায়মা সনা রনকোয়ংকি । য়িবাং পুরীকলাই থীয়াঙ মীচাওপাবো তৌনা কৌএ । নয়ু নিংথৌ থীয়াঙ মীচওপাতি হাওরৈ থানা পাংপা লমতা খৌসাপানে ।। চীঙখোঙ পোইরইতোন ।। মমা লইঙ্গুং পিয়াইরচা খোমকাং অতোনপাকা ।। মতৈ লইমা লৈনাউতাপিকা ।। লোইকম থোংখোঙ সেমপা চয়কা ।। চিঙপুরোয় তমপু কেননা ।। লোইপী সিতপা হেমপা নাতপাপু খুনথিরকপাতা ।। চীঙখোঙ পোইরইতোলনা ।।

তোলনা ।। সাপীয়িতৈ লইমা ।। লৈনাউ তাপী নওনা ।। পোইরইশিতা য়েন ।। বাংওম নাতা রেনপু থৌকাউওমপাকি ।। পায়ী খাইনা য়াম ।। য়ামোম তোক্না হুকলে ।। থৌহু খুকম হোংপতি । চেওচা খুকম লে-ওতপা ।। লাইচ ময়েং তাতপা ।। লোইপী শিতপাপু খুনথিরকপাত্তি ।। চরই অয়িন তাম । মানলউ অসেং লৈতরে ।। হায়না বারোইপাপু ।। সা-পী মতৈ লইমা লৈনাউ তাপীনা ।। তাওচ য়িকাইখিএ । হইয়া ওইতা য়িকাইপাপু অয়াকপাবো কৌএ । অতু নোংকিপু সাইরেম য়াকপীরো-কবো তৌনা কৌএ।। লইমা লৈনাউ তাপীসেনকোয় চও । সাইরেম য়াকপীরোকতা । কেকে অথৌ লীচা হেনপা পুমনমানা ।। চংওলেন থাকুপ হউ।। তিমেল খেরাং থাং ।। খংনও লইতও লেংনা । লোইপী মচীওকা । হেমপা পনথেং হউনা পনথোলপাকি ।। খারম মপুও তাকলে ।। থুমপী মইমাও চলনা হেমপা খাংসেল থুমলে ।। য়ীরাং মরাও হউনা থৌসারে ।। হুএল লালনিকিতি মারেম সেনপু লানথৌয়াওপু কায়না হুনলে ।। লোইপী মপুও য়াইতাকি ।। কেঁকে মচী হেন ।। ভাংওাই মরায় লাংনা কেকে মপুও য়াইতা নুংঙাই মরাং কায়না বালথুংলরে হায়তপারা ।।

য়ীবাং পুরীকলাই থীয়াও মীচাউপাতি ।। মোইরাং মরইপাকতা নুং-ঙাই মরাং কায়না পানলিঙৈতা ।। পুওলেন মপুও কা ।। অহোও য়োইথোন পুওপু ।। পুওলেন মরায় লাংনা তানফংলে ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ থী-য়াও মীচউপাত্তি ।। পুওলেন মখুৎ কা ।। অহোও য়োইথোন পুও ।। হুএল লালনিকিতি ।। খুমন হৈমছু নহা খুবাংপা ফানা পুওবো তৌনা কৌএ হায়-তপারা ।। থীয়াং মীচাউপা পুওলেন মরালবোনতি হাওরই নোংপোক পাংপা লমতা ।। সেনপী মতাইমা ।। কপো মথনমা । পনলু লইমায়াইবো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো চীওখোও পোইরইতোন । মমা লইনুং পিয়া-ইয় চাকা ।। মতৈ লইমা লৈনাউতাপীকানা ।। সেনপী শিতপা কপো না-তপাপু খুনথিরকপাতা ।। চীওখোও পোইরইতোলনা বাবেইরক ।। সাপী য়িতৈ লইমা । লাইমা লৈনাউতাপীবো নওতি ।। সাপী লইনুং থোওভারেল অহনপা । সাবং কংলই পুওকাপাকি ।। তাংলোয় অথুপী লুমলেল অতোন-

অহিং তরা চাখোননে ।। নোংখিল শিনলৌ লোনলাংপীনে ।। পুকনা হু-ইএ লিলনা ঙ'নলে ।। মখোই পাউনিংশিং এ হায়পা নংঙপারা ।। পো-ইরই শিতায়েন খাংঙম নাত্তয়েনপু । কৈতৌপাকি থৌকাউপানো ।। শাপী নংনা অখোম শীঙরুং য়েন ।। সনখোঙ তাইনা য়েনপু কাউরমপাকি ।। পারী খাইনা য়াম ।। য়িমোম সেংনা য়ামএ হায়না ।। মপারী চাখা খোংহন পা ।। কাঙকোন লৈনৌপা সাকা য়াইথাপা ।। লৈসং খেকরায়পাকা ।। অমোম খায়োইনু অহনকা । হাওচেং লাংনু সাকপী ।। খয়াই কোংতিংনু অহনপী কাপু ।। পননা পননা মিকপলমএ । অতুনোংকিপু পনমু লইময়াই-বো তৌনা কৌএ ।। পনলু লাইমায়াইতা কেকে মথিনাই ।। মোইরাং মরাং হউ ।। লৈনপী কংচম থোংচাই হংনা পনথেংলপাতি ।। মইপীতাঙকেই পাই ।। মইখু নোংলোন কা ।। শরীক লাইখন থুম ।। চকপা থরা খেনচ কিনথরে ।। পুরীকলাই মথি নাই ।। য়ৌরাং মরাঙ হউনা থৌসারপাতি । হএল কাকলিবিতি লৈনপী খাপী হাংপা ।। থৌমন লানথৌয়াঙপু কায়না হুনলে ।। নয় নিংথৌ পনলু লানথপা য়ৌবা থীয়াং মীচাউপাতি ।। নোং-পোক খাইরং কোনকা লমপু । খাইরং লমশাং য়িলনা মরান রোনতে-রকপাতো । কেকে মপুঙ য়াইতা খাইথংলরে হায়তপারা ।।

কেকে মরইপাকপু হুংঙাই মরাং কায়না পানলিঙই ।। ঙা ভোই পোংলেনহনপ'না খাহোমলকএ ।। য়িতাইরেম হাওরোক পানপিমু খাপা পনতামপা কো য়াঙ খাপু লানপা নঙতি য়ারউ সাশেমবো ।। য়িতাইরেম খোয়রী তোনচাউমু নঙতি ।। কেকে খোয়রীভাক মোইরাং নোংকাংখোং-তা লেমলই তাশেমবো । কেকে হওরোক পানপিমুনা য়রিউ সাশেমপাপু ।। য়ারউ সায়াম চনলে । মোইরাং খোয়রী তোনচাউমুনা ।। পাথৌ খমপন খাকি য়িনুং লোইয়াইমাতা । য়ারউ সা- পল পনতোল য়ানকং-লে ।। থিংলউ কোনচাইথিএ ।। সারেল পনঙম থোকথিএ হায়তপারা ।। হাওরোক পানপিমুনা অইতি কেকে য়িনিংথৌ থীয়াং মীচাউপাপু সোং-কিএ ।। হয়েং কেকে মীথাপুঙতা । মোইরাং মীতুকমতা ।। পানম লানয়া ফমতা নোংমনলো হায়ঙইনে ।। থাঙলেল কোমশংনপা লাংকোই

সন্নী থোকপাপু থোইনা সোংকাওএ ।। পাথং নম্নপা কি ।। চরই লাকমা তোনপা ।। মানলউ য়ুংনো হইপা কিনা সমু ওকতা কিনা নোংমনলকে হান্ননা সমু ওকতা কিনা ।। য়ারউ সাপন পনতোল থকতা য়াললা নোং- মনখিএ ।। মক্কমপী খায়োইরোল চাওহাউদুনা কারোইখিএ ।। য়িমান মচা হাওরোক পানপিম্বরো ।। বাপা পানতমপানা য়ারউ সাশেমপাপু লাকতরে ।। থোইনৌ মানতা মরা বোই ।। লইমা লোইরেম ফাপিনা থৌ- খামলপা নারিওইনে ।। হায়না বারোইরে ।। লইমা লোইরেম ফাপি ।। খুনচান কাইমু সেনপা চনু ।। মপল সেনপা লালহাপানা পোকপী ।। মপাম হইরেম সেনথোংপাং । ওালনু হাইপু অশৈনপম চষ্ট ।। লইমা লোইরেন ফাপিনাম্বুং ।। য়িমান মচা হাওরোক পানপি- ম্বরো ।। য়ারউ সাশেমখিপাপু ।। মক্কমপী খায়োইরোল চাওহাউনু সাকপি নিংওেল নুপী মচহনচক্ষ খুৎফাপী ।। কামু ম্বপী কুমবোৎচই মায়মুপীনা থৌখামলপা নারিওইনে হায়না । ককয়াই নানপা লৈপু সমু খুৎতা থমনা পাতমখিএ ।। য়িমান মচা হাওরোক পানপিম্বরো ।। মক্কমপী খায়োইরোল চাওহাউদুনা থৌখামলপা ।। শীওলেন নচু থাউ ।। লৈরাং থৌপী নবাক লককুনো ।। বাপা পানতমপাপু অমন বাংথা পূবা বোই ।। অকেম চাক- মোম লাংকা বোইয়িকিতি ।। শীওলেন নচু থাউ লৈরাং থৌপী নবাক চাম লকরো হায়না পাতমপাপু ।। শীওলেন মচু থাউ লৈরাং মবাক চামলকলে লইমা লোইরেনফাপিনা ।। মমান মচাকি ভাচে থোঙখুন থিনা ।। মারা থোঙখুন লীরকপাপু । হাওরোক পানপিন্নতি ।। য়ারউ সাপন পনতোল থকতা য়াললা নোংহামিঙমএ ।। লোইতাম থাসিরা লাংহৈ কুমবোনলপাকি মোংনু মরাও ফনা নোংমনলমএ ।। অতু নোংকিপু লমলেন লুফু কুমতম সোয়বো তৌনা কৌএ । কেকেতা ফাথিপা মোইরাং হইমন তানপানা । লমলেন লুকু কুমতম সোম্নবো কৌনেএ ।। লইমা লোইরেন ফাপিনা ।। ককয়াই মানপা লৈপু ।। সমু খুৎতা থমনা পাতমপাকি ।। ওাংওোই মপুও য়াইপু ।। কেকে চারীকুই ।। ওাংওোই খোঙতোন সাংনা । লেমলই ওাচা বাংতা ।। ভাপা বানথো তামতনা ।। লেমলই ওাংওম্বনো হায়পাকি ।।

সোয়রেল খমথাও খুত্তিংজা ।। লেমলই ভায়াকম বানচোং মতিন কমপু তৈনা সেমপা ।। পাংথি লমলোয় ভালনা য়াৱউ সাকা লম ।। সারেল পোংপৈকম পু ।। থিংলউ কোনলোই ওইনা পনলেন খোংতউপ । অহোঙ য়োইখোনপা । পেনপি য়াকাকম সৱা পোংপৈকম তৈনা সেমপা ।। লইপাক মচা য়েককুম ভাংঙোই মপুঙ য়াইপু । পোনপি সাৱ লুমাকে লনা । লে কলউ সানা কোলনা লাংকোল হৈপকিপু কোলেৱ মিংচংপা ।। য়ৌবাং পূরকালই থৌয়াও মীচাউপাতি চোয়নউ সনা মিংহলকিপু ইন-পানে । নয়ু কেকে লইমাপা ভাংঙে ই পোংলেলহনপাতি ।। কেকে কমপাল লাংভা চহি নিক্ পানভমএ ।।



# য়ীরাং পুরীক্লাই খোকব্রা নুঙহুইরাং



নয়োন কেকে মোইরাং লৈমা ।। ভাম্বুরোল চেংখমপী পামমা সনা বুনকে হংকি । নয়ু নিংথৌ খোকবা হুঙহুইরাং অতেংপাবো তৌনা কৌএ ।। য়ীরাং পুরীকলাই খোকবা নুঙহুইরা অতেংপাতি হাওরই নোংচুপ পাংপা লমতা খৌসাপানে হাওতোম চনু লাংহৈ থেমপী । অং মম থোইনা নাকোই কাঙপী । অসা থোইনা চেংলউ মিংথোঙ লোনপীপু ।। খোয়রা থোমপা নিংতোল হুচা ।। লমপু অমনপা চইশু থারাপানা ।। হে য়িমোম হোইতোমপী ।। চনু লাংহৈ থোইপী অসেম থোইনা ।। নাকোই কাঙপী । অসা থোইনা মীংথোং লোনপীমো । নহু হোইতোম সেনপানা নোংমন চীঙ।। লোইপী চানং নাকথিং লম ।। হাওচারেং কুব্রাক লানলোয় মপুঙ শাপা কলাং চীং । মালং অয়াঙপা মচীঙ চীনঙি অসিনে হায়না ।। চীঙলেন মতম রেং সম খুংপু থিলনা পাউতাকব্রায় ।। লমলেন লোনলোই লইমতাকপু নাতৈননা । লোইপী কাতাং মপুঙ-য়াইতা : কেকে অখৌ নীচা চেনলে । চেংডোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনমকপু ।। থাঙলেন থেরুং থাং ।। তিমেল হুংসোন লইনা পনথেংলপাতি ।। লোইপী মপুঙ তাকলে ।। কাতাং য়াকা চাইরে ।। মইপী তাঙকোই পাই ।। চংলম ফানসাং থগ । সাইকু মতৈনপ-কনা পনথেংলে ।। পুরীকলাই মথি নাই । য়ীরাং নরাঙ হউনা খৌসারে । কএল লালনিকিতি কাতাং চীঙ মানলং অয়াঙপাপু কায়না হুনলকলে । লোয়পী মচীঙ লেনকী ।। হুংজাই মরাং কায়না কেকে মপুঙ য়াইতা বাই-খুংলরে । নয়ু নিংথৌ কাতাং ঙমপা খোকব্রা হুঙহুইরাং অতেংপাতি ।।

কেকে মপুঙ য়াইতা। পুঙলেন মথুংকা অহোঙ য়োইথোন পুঙপু। পুঙলেন মরায় লাংনা তান্দকংএ। হুঞল লাননিকিতি কাতাং চঙমানলাং অয়াঙপা কানা পুঙনে। য়ৌবাং পুরীকলাই অহোঙ লৈরেন খৈপা ।। পুঙলাং ঙ্গহৌপা থোং লাকনপাতি ।। কেকে মপুঙ য়াইতা হয়াত্ত মথেই থোং লুংঙাই মবাং কায়না পাংনলএ ।। যৌবাং পুবীকলাই খোকথা মুঙহুইরাং অতোংপাতি চোংযনৌ সনা মিহুংলকিপু চুনপানে। কেকে কমপাল লাংতা চহৌ নিকুনিপাল পালঙমএ ।।



# "যীরা পুরীকলাই চরন য়োইরীকলাই অতেংপা"

—✦✦✦

ময়োম কেকে মোইরাং লইমা চাপরোল পোনচেমপী। খুনুং লইহন নিংথৌ। লোয়মচা অহোঙ্গা চহু। পায়মা সনা বুনকো-য়ম্বুংকি নমু নিংথৌ চরন য়োয়রীকলাই অতেংপ বো তৌনা কৌএ॥ কেকে লইমাপা চরন য়োইরীকলাই অতেংপাতি। হাঙরই নোংপোক পাংপা লমন্তা খৌসাপানে॥ চাওথোক্ত পোকরইতান। মমা লইবুং পিয়াইনুচা থোমজাং অতোনপাকা॥ মতই লইমা লাইহলমুকা লোইপী সিত্তপা॥ হেমপা নাত্তপাপু খুনখিরকপাতা॥ লইমা নৈনাউ তাপিনা ময়োম থাম ময়োনলেংপু। য়োনচারমলে॥ অতু নেংকিপু লোয়পী হাঙমেয়োন॥ মায়োন খুনকেল লইবো তৌনা কৌএ। ময়োন খুনলেল লইত্তা॥ কেকে ভস্তৌ লৌচা হেনপা ভাংজোউ থয়াঙ কো নতাই লোনপা পুমনামনা॥ ইঙলেন থাকুপ হউ॥ তিমেন খেরাং থাং॥ থংনঙ লইতঙ্গ লেংনা পনথোংলপাত্তি॥ লোইপী মপুঙ তাক॥ ময়োন খুমপী মইমাং চনলে॥ হুএন য়াইসাং মুংলে॥ পুরীকলাই মখি নাই। য়ীবাং মইনা বোংনা খৌসারে॥ হুএন লালনিকিতি॥ লোইপী ময়োন মনিংথৌতি। হুএন লুমচাওপা কানথো য়াংপু কায়না জনলে॥ য়ীবাং পুরীকলাই কেকে পোংলেলহনপা। চরন য়োইরীকলাই অতেংপাতি চোয়নৌ সনা মিংহনকিপু চুনাপনে॥ চহী কুনথরা তজক পালঙমএ॥

—XX—

# য়ীরাং পুরীকলাই থাঙকা য়ীফেন লানথপা

নয়োন কেকে মোইরাং লইমা ।। লিনময়রোল নোংতাই লেমপী ।। পায়মা সনা বুনেকৈয়নুংকি ।। য়িরাং পুরীকলাই থাঙকা য়ীফেন লানথপা তৌনা কৌএ ।। পুরীকলাই থাঙকা য়িফেন লানথপতি হাওরই নোংপোক পাংপা লমতা থৌসাপানে । খাপা লউত্তাংখুন তাংখুল মচি লম ।। লোইপী লউথাবাই ।। থাবাই লনন্ং শিপু নাতৈননা । তাংখুন মারউ চুরাপীনা হইরাং বাইচং হুউ ।। পানম হেকমায় কাঙৈত্তা ।। তরা চাকপু লানলপাকি ।। তরা চায়োম থোকপাতা ।। লাইচ রীরেংপাকি তাউচিঙ হইপুম-মনা তরা চীলনমখিএ ।' অতু নোংকিপু তংখুন মরউ নুরাপী তরা চীলনম হই কৌপাপু পোইরইতা কাখিপা বাংঙম হইমন তানপানা চীলনম হইগো তৌনা কৌএ ।। তাউচিঙ হইপুমমানা তরা চীলনম মাইপু নাতৈননা । তাংখুল লউতৈ মপুঙ য়াইতা ।। কেকে মথিনাই মোইরাং মরাঙ হউনা হুএল লানতাখিএ ।। লোইপী মচাউ কা হেননা পনথেং হুউ ।। উঙলম থাকুপ হুউ ।। খংনঙ লইতঙ লেংনা পনথেলপাক্তি ।। লউতৈ থুমপী মইনাও চন হুএল য়াইসিং মুংলে ।। পুরীকলাই মথি নাই য়ীবাং মরাঙ হউনা থৌসাপানে । হুএল লালনিকিতি তাংখুল লউতৈ চীলুথুনকি ।। কেকে মচী হেন ঙাংঙোই মরায় লাংন' মরান থোনত্রেকলে ।। কেকে মপুঙ য়াইত্তা বাইথুংলরে হায়তপারা । হে য়ীবাং পুরীকলাই ।। নমু নিংথৌ তাংখুন লউতৈ লানথাপা ।। কেকে পোংলেল হনপানা ।' মোইরাং মরইপাকপু । নমু পোংনা য়ামপাকি ।। লোকতাক খরা সানা পানলে ।। লাইচা য়ীনা ঙমলকলে হায়পাকি ।। লাইচ ময়েং তানা লোকতাক পনয়া কাংনুনো হায়পাকি ।। মতাইরেম লউমী সেংমা লেনপু ।। কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিংকৌনাপাতি লউমীপু থাঙনুরেলবো কৌএ ।। মোইরাং

থাঙবরেল পুমনমানা । তোকমু লইতঙ ফেন । মাপেন লইকন তউ ।। কেকে খোরীতাক মোইরাং নোংকাংখোংপু ।। মোংপা তুখুন কাওনা ।। লাইচ য়ীফেনথখিএ ।।

য়ীবাং পুরীকলাই থাঙকা য়ীফেন লানথপানা ।। কেকে মরইপাকতা মুংঙাই মরাং কায়না । লইপাক মনিল নাইনা পানলিঙই ।। কৌপা লোনপু চনু তোইপী সোইপাই লানথেমপীকি । মতু কৌপা অখুপাপু ।। নোংয়াই মসা বোই ।। খুমন মরাল বোইখিরপাকি ।। মোমনু মুংবোন মতৌ কমপু লৈতনা ।। পিরেল থকমা তা কংলই মঙমাঙতা মীকপথিএ ।। য়িতু কৌপা অখুপাপু লাংচেং নেম নেম মকারক ।। পামেল চুমলই মহুনলকপা তা । হাওসি খুংতোপ মনলায়পা ।। হাওমন লাংনা কেমলাইপা ভুকুমপাপু য়াইপী হিংথংননা । নোংয়াই করা মীসা বোই ।। খুমন করিকি মীরাল বোইখিপানো কনলকএ ।। নমোম অইপু তমপা নিপা য়োইনা করন থোইকতপানো ।। নোংয়াই য়ুংলক চঙ ।। খুমন পনয়া থেংনা ।। লইকায় পুচলুক ।। লাংপল অবোন লুককুমপাপু করিকি লনসিংকতাপানো হায়না মীকপথিএ ।। হায়তপারা ।। ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইপাইং তানথোং লমনই ককনা । লেমথোং লমতোন লোমলপাকি ।। বায়র সাখিয়ে হুএল লানথিরিএ হায়পাপু নাতারপাকি । কৌপা লোনপু চনু তোইপী সোইপাই লানথেমপীকা ।। খোয়নউ মতা খোয়নাই বোনপু চনুকানা কেকে মনিংথৌকি সনা মখোঙ থাতা ।। মানপি খুংতপনা । মুকমু লৈতোল কোননা । খুংফাং চাংচউ চেপনা লোলনা ।। মোমনু হেকঙাই মুংয়েং চেংনা বাকংচখিএ । কেকে য়িনিংথৌ ঙাংতোই লইমাপাবো তাপিয়ো । নতাইরেম য়িতু কৌপা অখুপাপু নোংয়াই মীসা বোই । খুমন মীরাল বোইখিয়ে ।। ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইপা ; অয়াঙ ৬১ মানা হুএল লানথিরিএ হায়পাপু নাতারে ।। য়িতু সানম ঙাইখিংতোন কৌপা অখুপাকি তমকপু । নতাইরেম খোয়নউ য়িতা য়িপিংঙাতি ।। নোংয়াই থাঙলেন মখুংমপু নোংকিয়োইএ ।। খুমন তিমেন মনুং চৈপু

সেংকাওতনা হুইল লানলুমচক্কে ॥ লইকাই পূচা পুক্কলু লাংশল অবোন লুক॥ চেঙপুম মনউতোনকুমপাপু লনসিংপীয়ো হায়না পুক্কমখোনকি ॥ নয় কেকে লইমাপা মাংঙোই পোংলেল হনগানা বাহোমখিএ ॥ ওয়ম কেকে খুনফমথৌ মোইরাং নাইফমথৌশিংবো। য়িতাইরেম মোমন্নু নুচা চামা অসিপু ॥ তয়ম অথৌ লৌচা হেনপা নঙখোয়পু হুএল লানলুমলুবো ॥ মতু কৌপা অখুপাবিত্তমকপু ॥ লইকাই পূচা লুক লাংপল অবোন লুককুমপাপু লনশিংপিরুবো হায়না থৌশীখোনকি ॥ কেকে অথৌ লৌচা হেনপা হুএল লানপূ-মনা । লমলেল মতাইমা তরেং লউসেনতা সেনতা য়ীবায়কোনতা লাংফম কাকুপননা নাফমখিএ ॥ লিলা তুকুমপাপু নাথেংখিএ । তরেং লউসেনতা সেনতা য়ীবায়কোন কৌপাতি কৈতৌনেংকিনো ॥ কেকে অশৈপানা তাউরোয়নাই পুংলেল বাকনা অমন সিথিনপাতা । চরই ফিমা থোংলপাতা লেংতোল য়ালনা বোনতেএ । তেংনৌ য়োংনা বোনলাপাতি খুংতা হনা হলবাইএ । তরেং সেলনা মখোনলপাতি নামই য়েপনা বোনতেরকপাপূ । লাইই য়ীরানপাতা তরেং লাইবোঙ মান ॥ সমু খবাংতা য়েপনা লাইচ য়ীতা তাখিএ ॥ সমু থুংনা বায়না লউখংখিএ ॥ অতু নোংকিপু তরেং লউসেনতা সেনতা য়ীবায়কোনবো তৌনা কৌএ । তরেং লউসেনতাতো লাংফম কাকুপননা তাঙচা নাফমখিএ । লিলা তুবুমপাপু নাথেংখিএ ॥ কৌপা লোনপু চন্নু তোইপী সোইপাই লানথেমপীকা ॥ খোয়নউ মতা খোইনাই বোমপূ চন্নুকানা ॥ লৈরি থেমপা চন্নু খোয়নাউ লৈরি কৌপী ॥ খালৈ লউরঙ চই । লউবায় কামু খোকপূ । তাঙচ লুতা থোংনা । নোংয়াই খালৈ লউতাখিএ । খুমন অয়াঙ ৬১ মা খোইমা নারোলনুংতা হুএল লামলুমপাপু । চে লউ মিংথিংলপাকি ॥ তরা চামন থোংতা । চাপূম মালং নোংসিং চইরোয়ননা ॥ য়বা খোলনাইপাপু সানা ॥ মোমন্নু চৌনপাল থাংচপনা ॥ পায়মা নিংসা থিনকামননা ॥ মোইতম খোনলোনখিএ ॥ তোইপী সোইপাই লানথেমপীনা ॥ সংলউ য়েননৌ তংলকতে । লেমলই ঙাতেক চারকতে ॥

পায়মা নিংসৌননা মালং নিনহনতাপীনে । করিবানো মোমনু তাঙচ য়িকাইএ ।। হুইয়াই সেনকোয়এ ।। তেংকোক য়িথুংম্বনা থোকসিংলা ।। য়িনপাক য়িরুতুপ নংনা থোকসিংলা হায়না পাউমেনপাপু ।। নোং-য়াই হুএল লানলুমপা অয়াঙ ৬১ মনা বরুনপী পুকনিঙ ভাকউমতানা নোকথোকলগাকি ।। কৌপা লোনপু চনুকা খোইনাই বোমপু চনুকা ।। থবায় মিরেল খঙতনা ।। তেংকোক খুংপায় থা । অচেন খোঙলই য়ানো হুএল লানচেনলকলে । নোয়াই লানথিপা পুমনমানা হুএল লানচানলবলে ।। খুমন তোমপা অথোপাতি । মতোম খোঙকোপ নউরৈ মপু হেলনা অচেন খোঙলই য়াংলেকলে । তরেং লউমনগী সেনতা নৌবায়কোনপু নাতৈননা লাবলপাওা । তোইপী সোইপাই লান-থোননীনা পাউমেনলকলে ।। কেকে য়িপল ঙাই ঙাংচোই য়িতুঙাং-শিংগা ।। বরুম্বক লাংহো হৌনা খোইমা লাংনা খোঙলেঙপিকুনো ।। নোংয়াই লানপানপা খুমন তোমপা অথোপাতি । মতোম খোঙকোপ নউ[illegible] [illegible]নো হুএল লানতনকএ ।। অরুতি হুএল লানতোম পোক-নে । হাললা হুএল লানতাপিকুনো ।। নোংয়াই নীতেনখিরকানে লাংকম অহো কায়পিরনো । হায়না হুএল লানপাউ চেনলমলে হায়-ত্পোরা ।। কেকে অথৌ নীচা হেনবা পুমনমানা নোংয়াই লানপুমমাপু থাংনউ তুকুমপাপু পনচললে । বোকালেন তুকুনপাপু পনকোয়রে ।। নোং-য়াই সিফা নীকনা হুএল লানতুরে ।। খুমন তোমপা অথোপাপু কায়না হুনলে ।। অতুনোংকি কৌপা লোনপু চনু তোইপী সোইপাই লানথেমপী লানথেমকোল ।। খুমন তোমপা লানসি বাইরো তৌনা কৌএ । নয় নিংথৌ পুরীকলাই থাঙকা য়িফেন লানথপা । মোমনু চানকোয় ময়াথং ।। মতু নুংবোন খোয়খট তানা বাবৎখোনকি ।। লইকাই পুচ লুক লাংপন অবোন লুকবুমপাপু লনসিং তানপিপাতি চোয়নউ সনা মিহলকিপু ছন-পানে ।। কেকে ফনপাল লাংতা চহী নিকুমাথোই পানঙমএ ।



# য়ীব্রাং পুরীকলাই সাংতোল খুপা

নয়োন কেকে মোইরাং লইমা য়োইরেলমলোন ফৈরোই । মপেল হই-রেম কাঙহৈন্নু । খিং খিং কাঙহৈন্নু লেমলই ঙানা পামপী লাংপা খোয়তা মিংথোংফপী । ময়ু নোংপাল য়াংহনপা থৌরই নোংচু অহোঙপা । খোয়নৌ লাংমই য়াংকোন নিংথৌ চন্নু । ময়ু নোংপাল পায়মা সনা কুনাকোয়নুংকি নয় নিংথৌ সাংতোল খুপাত্তো হৌনা কৌএ ।। পুরীক-লাই সাংতোল খুপাতি হাংবৈ খানা পাংপা লমতা হৌসাংনে ।। লাইরেল ভাংথোই পাইমোংপানা ।। মোংপা লোইরেকনপা বকলেন লানতাপা সৈপোন খোংবনপা লমতা ।। ব্রাকৈ মখুনেং [illegible]ভাংচেং মচুং চং ।। হাবৈ লুবচি পোংতেপা । নোংচাং চেংনা হৌরা । পানেন কুসা পকতপা ।। কোনথাং চারল লেংতপা ।। [illegible] মরাং তুমতপা হিপু । ব্রাকৈ খোংরোইনা ।। মতাইরেম অপী লৌ হেনপা পুমন মানা ।। তেনতোং নমতা হুল লৈকাং খোং[illegible] [illegible]নম নাবন কু হিয়াঙ কাংং য়ই ।। ব্রাকৈ মথি নাই [illegible]ভাংচেং মরাঙ হউনা ।। থোংনু নুঙতেক চৌঙতা পনথেংলগ কি ।। নুঙতেক য়াকা চাইরে লোইপী মপুং তাবনে ।। তুএল লালানিকিং লোইপী নুঙতেক মনিংথৌ ।। হেনপা খাংচেংথবনা ব্রাংনপা মরেন চাংলৈপু লানথোয়াংপু কায়না তনলে ।। কেকে মোইরাং ভাংভাই মচী হেননা রোনতেরবলপাতা কেকে লইকোয় ফনপা য়ীব্রাং পোংলেলহনপানা ব্রাহোমলকএ ।। তয়মশিংরো লোইপী য়ুনখি থোং । নুংতেক য়াকা চাইরূপাসিপু অব্রা নথোয়পু হবনা চোক ।। য়েনপি হুইয়াই লোমলি-ঙইনে ব্রাকৈ লমতু নখিসে তোংচেং পোংথাখিসে হায়না ।। মতাইরেম তোংচেং নাউমইকি । খুম্ব নউচাও স্থপা পোনপী মঙং রোইনা ।। মিংয়েং নানি লোঙপা কোমপা নাউসং চানা । ব্রাকৈ লুনা হলনা

হিথাংখিএ ।। অতু নোংকিপু মোংপা মতাইমাশুং কোমপা হিথাংলমহো ভৌনা কৌএ ।। কেকে অথৌ লৈচা হেনপা পুননমাশুং অবা পোংথার-মলপাকা মরান বোনতেরকলে ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ সাংতোল খুপাহুং ।। বাকয়ে হেংমায় ঙান লোকতাক য়ীয়াই থারনা ঙাংঙোই মপুঙয়াইতা ৱাইথুংলরে ।। কেকে কমপাল লাংপু কুমশাং নিকুমঙা তানযংপা ।। লোইপী খুঙতেক লানথপা ।। য়ীৱাং সাংতোল খুপাতি ।। চোয়নৌ সনা মিংহুলকিপু চুনপানে ।।



# মোইরাং পুরীকলাই লাইচীঙখু বুরা তেলহৈপা

নয় কেকে মোইরাং লইমা য়োইরমলোন হইরেম য়াংপা চনু ॥ সনা লাংমইরেমপী পায়মা সনা বুনাকোয়হুংকি ॥ লাইচীঙখু বুরা তেলহৈপাবা তৌনা বেএ । ইরাং পুরীবলাই বুরা তেলহৈপাতি হাওরে খনা পাংপা লমতা খেসপানে ॥ চীঙথোঙ পোইরইতেন মমা লইকুং নিয়াইনুচা খোংফাং অংগনপাকা ॥ মতৈ লইমা লাইচম থোং-খোঙ সমপা চংকনা ॥ চীংপুরাই তম্পু হেনপা লাংবানলবপাকি ॥ চীংখোং পোইরইতেনলনা তারেদ লাইচ ইরনলবপাতা ॥ সাপি য়িতে লইমাবা ॥ লাইচ য়ীরালহুংবা থেংগু হিসং থংএ ॥ সমু খুনাথো-[illegible] । হায়না পাউমেলাই । মোনসাং মপুং য়াইতা কেকে আথৌ লৈচা হেনপা পুমনমা ॥ চুঙেন থাকুপ হউনা ভিমেন খেরাং থাং থংনঙ লইতঙ লেংনা পনথেংলপাকি লোইপী মপুঙ কায়রে ॥ মোনসাং য়াকা চাইরে ॥ হুএল লালনিকিতি ॥ লোইপী মোনসাং নিংথৌ হুএল থাকপলেং লানথোয়াংপু কায়না হুনালে । লোইপী ময়ুমনাক মোনসাং মসাইকোনকি থিংলউ নিঙনা তেনা হলবাইরকলে । কেকে মপুঙ য়াইতা বাইথুংলরে হায়তপরা ॥ ঙাংঙোই মপুংয়াইপু কুমশীং নিকুমথোই লাংকোল ঙমপা । নয় নিংথৌ বুরা তৈলহৈপাতি চোয়নৌ সনা মিংহুলনিপু চনুপানে ॥



# য়ীরাং পুরীকলাই মসেম্পা

নয়োন কেকে মোইরাং লইমা । ঙানুরোল য় ইরইমা য়াংলৈঙমপী ।। ঙানপা তেপচা পামপা । সারা নাচউত খোইয়ম লাইহুৎথোপানা য়েনপী পায়মা সনা বুনরেয়ঙ্কি কেক মোইরাং নিংথৌ মসমপাবো ঙৈনা কৌএ । পুরীকলাই মসমপাতি হাওরে খানা পাংপা লমতা খেৎসাপানে ।। চাঙখাঙ পোইরইতোলনা । পোইরই সিত্রপা হেমপা নাত্রপাপু খুনথিনা লাকপাতা ।। সানু নিংথৌ সাচুন লাংমইলেমপানকা লমাবনয় । হয় ঙইতা পাংথৌ কৌপাপু য়িচুমমাবো কৌএ ।। সানু নিংথৌ লাংমই লেমপানা । য়িচুমনা নওতি কনানো হয়না পাউহং- পাপু । য়িচুমমা অইতি চাঙখোঙ পোইরাইতোলনে ।। পোইরই সিত্রপা হেমপা নাত্রপাপু খু থিরকপানে । য়িচুমমা নত্তুম কনানো হংলকএ । অইতি সাচুন লাংমইলেমপানে হয়না পাইখুংলপাতা ।। তৌয়িবিতি য়িচুমমা সানুন নিংথৌ সাচুন লাংমইলেমপাবো নংনা পাযুক পান ফাই লউ ।। সিংখা সিংথুম নাপু লউত্তমাননপা অসিতি । সাতরা, সপারা, য়োমলোয়রা, য়োমতাংলা, হায়না পাউহংপাপু ।। চাঙখোঙ পোইরইতোলবো ।। সানু সাপা নংতে য়োমলোয় য়োমতাংনে হায়না পাউখুমপাপু । সানুন লাংমইলেমপাবো । য়োমলোয় য়োমতাং নারিংইরা । নাতক নামেন মাননে সানু সাপা নরিঙইনে হায়না বাহোমলপাতা । হোয়তা য়িচুমমাবো সানুনে সপানে ।। য়িমোম য়িকম নাউসনে ।। পারী তেককোক লিবাইনে হায়না পাইখুমলপাতা ।। য়িচুমমাবো অই- তি পারী খাইনা য়াম । য়িমোম তোকনা হকলপাকিপু লোইপী সিত্র- পাপু খুনথিরকপানে হায়না পাউখুমলকপতা । তৌয়িকিতি নপারীকি কোলোয় মমিংথোংতি করি কৌপনো পাউহংপাপু ।। হোয়তা পারী অমতি চাখা খোংইনপাবো কৌএ । চাঙখোঙ পোইরইতোলবো নওতি অতুকিপু হুকহন সোইহনথিপানে ।। পারী অমতি সাকাং য়াইথাপাবো

তৌনা কৌএ ।। খুনমুং য়োইচাখা অরিপাবো নঙতি অতুকিপুমুং খাই-খিপানে ।। পারী অমতি কাঙতোন লৈনৌপাবো কৌএ ।। লইমুং পোংনাউতা অকোনপাবো নঙতি অতুকিপু মুকনৌ সোইনৌপানে ।। য়িমোমতি খোইচেং নুংাহন হাওচেং লংমাইমু সাফপী হুইয়াই কোংজিংমু অহনপাবো কৌএ ।। নঙতি অতু নোংক্বিপু মুকহোং সো-ইহোংপানে ।। নমইপাতি করি কৌপানো পাউহংপাপু ।। হোয়তা য়িমাইপতি থিংনম ফোইনমআবো াকৌএ ।। নঙতি অতুকিপু মুকনম সোইলমপানে ।। নমইপা অমতি করি কৌপানো । য়িমাইপা অমতি ৰুনপ লেংতানে ।। নঙতি অতুকিপু মুকপন সোইকেনপানে নমাই য়েকতি করি কৌপানো ।। য়িমাইয়েকতি য়াংকেন নাফানে ।। নঙতি অতুকিপু মুককেন সোইকেনপানে হায়না ৰাৰোইখিএ ।। চৌঙখোঙ পোইরৈতোলনা ।। সাচুন নিংথৌ সাচুন লংমাইলেমপাবো ।। নম-ইপতি থোংনাং কাইপায়াঙবো কৌএ ।। নঙতি অতুকিপু মুকয়াঙ সোইয়াংপানে ।। নমইপতি করি কৌপানো । য়িমাইপতি তাউচৌঙ হুইমি য়ামনে ।। নঙতি অতুকিপু মুকয়াম সোইয়ামপানে ।। নমাই য়েকতি করি কৌপানো ।। য়িমাই য়েকতি ৰুংং তাংংনপানে ।। নঙতি অতুকিপু মুকতং সোইতংপানে ।। সাচুন নিংথৌ সাচুন লাংম-ইলেমপাবো ।। নমাই য়িমাই য়েককা সিলনসে হায়না ।। চৌঙখোঙ পোইরৈতোন মমাইপা । থিংনম ফোইনমকা । সাচুন নিংথে সা-চুন পুঙবো কৌএ ।। লোয়পী সাচুন মপুঙ য়াইতা কেকে অথৌ লীচা হেনপা ।। ঙাংঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনমাকা ।। সাচুন চৌঙতা কা ।। থাঙলেন খেরা থাং ।। চুঙলেন থাবুপ হুউ ।। খংনঙ লইতঙ লেংনা পনথেংলপতি ।। লোইপী মপুঙ কায়রে ।। সাচুন পামতানরে ।। হুএল লাপনিকিতি লোয়পী সাচুন হাও পাখং । হুএল সেনতাকলেং অথৌপালু কায়না হুনলে ।। কেকে মচী হেন ঙাং-ঙোই মারায় লাংনা । কেকে মপুঙ য়াইতা মুঙাই মরাং কায়না ৰা-ইখুংলরে ।। নমু নিংথৌ লোয়পী সাচুন লানথপা ।। য়ৌৰাং পুরীক-

লাই মসেমপা ॥ চোয়নউ সনা মিংহুলকিপু চুনপাতি ॥ কেকে ফনপা লাংতা চহী নিফুনিথোই পালঙমএ ॥০॥

—X—

# য়ৌরাং পুরীকলাই কোয়রেল নিংথৌপা

নয়োন কেকে মোইরাং লইমা চৌনফুরোল লৈহনমোমপী ॥ পায়না সনা ৱুনকোয়ঙকি । নয়ু কোয়রেল নিংথৌপাৱো কৌএ ॥ য়ৌৱাং পুরিকলাই কোয়রেল নিংথৌপাতি হাওরই নোংপোক পাংপা লমতা থৌসপনে । নোংয়াই য়েকনা নাউ ॥ অতোন থোংলেন কোইচানা পামেল ৱুথি লোক ॥ ৱাকরই থৌচি লুবাপা তেংচেং তোনকা নাউরংপা থকনান । হইরোক অচনপা কৌপাতি কৈংগ্রৌনোংকিনো ॥ নোংয়াই অতোন থোংলেন কোইচা য়েকমা নাউপানা ৱাকয়ই হিয়ানঙইতো ॥ মরোয় খুমন কাতাং লয়রপা ॥ তরা চেঙচেন তাম । নোইনুম থুমচেন ৱাংপা । ঙাপা য়েনয়োন তামপনা পামেল ৱুথিপাতো ॥ খোইনোম লাইহইয়ি কিকে কুরাউ মপান মানপা হইপু ॥ চরই ফিখাউ সানা হেকলকএ । নয়ামনা নোংয়াই য়েকমানাউ অতোন থোংলেন কোইচাকা লমৱাকনরপাতা । য়িরোয় খুমন কাতাং লয়রপাৱো । হইরাঙ অসিপূ করি নীংথিপানো ॥ তাউচীঙ অসিপূ করম চনাপানো । হইরাঙ মচেং পাংনানা তরা নঙকি চেঙচেন ৱাংপাপু তরা চেঙচেন সকপিকে । তাউচঙ সু তাই অমনা লেমলই ঙাচেন সকপিকে ॥ হইরাঙ মচেং অমনা নোইনুম থুনচেন সকপিকে হায়খিএ ॥ অতু নোংকিপু খোইরম লইহই হইরিপু নোংয়াই তরা চেঙচেন হইৱো কৌএ । হইরোক অচনপাতা নোংয়াই য়েকনা নাউপা অতোন থোংলেন কোইচানা পামেল ৱুথিলোক । খুমন কাইপী

খুরুমপামপা অতেরা চানা । চরই ফিতুংথাবোননা। পামেল থানসেম লোক ।। নোংয়াই কাতাং লায়রপা ।। তরা চেঙচেন তাম নোইনুম খুমচেন বাংপা ।। ঙাপা য়েনয়োম তামপানা । ঙাপোং নামৈ খমনা সেনকোয় লোকপু নাতৈননা ।। তাউহইরেং অহনপাকি লাংকোই মখুনেংনা লুতুবাই ।। খামপি মইরিং চৌঙ ।। তাংকাং খানতোম য়াইতা। কেকে অথৌ লীচা হৈনপা পুমনমাকা ।। লোইপী মচঙকা ।। হেমপা পনথেং হউ ংনেঙ লইতঙ লেংনা পনথেলপাতি ।। লোইপী মপুঙ তাকলে ।। তাংকাং য়াকা চাইরে ।। হুএল লালনিকিতি আমোন সংলই লানথৌয়াঙপু কায়না হুনলে ।। পুরীকলাই মচী হেন য়ীবাং মরায় লাংনা মরান বোনতেরকলপাতা ।। কেকে মপুং য়াইতা লৈইপাক মনিল নাইনা পানলকপাকা ।। খোইয়ম নোংতমপা মথৌথাপু বাকনফতপাকি। কোবউ নোংফাখিএ ।। নয়ু নিংথৌ খামপী মইরিং চৌঙতা খৌসাপা ।। য়ীবাং পুরীকলাই কোয়রেল নিংথৌপাতি চোয়নৌ সনা মিংহুলকিপু হুনপানে ।। কেকে ফমপাল লাংতা চাহই কুনথবাঙলাক পালঙমএ ।।

XXX

# য়ীরাং পুরীকলাই কাপা পুরাং

নরোন কেকে মোইরাং লইমা চিংফুরোল লৈহনমেম্পী ।। পায়মা সনা খুনকে য়নুংকি কোয়রেল নিংথৌপাতি । য়ীবাং মপারী মাইপী সারম থোইপা । ফমলেন য়ুমথোংপাপু সংতপাকি ।। মসানৌ চৌঙখোঙ য়ায়মপা খাকলেন তোংয়াইকি ।। কাপা পুরাংনা সনা ফমপাল তোংলে হায়তপরা ।। নমু নিংথৌ কাপা পুরাংতি । কেকে মপুঙ য়াইতা সনা ফমপাল তোংপাপু ।। খুনপী সেনাকোয় নীকনা ।। নহান ফমমোই নিংতা কাতরিঙই ।। ফলাং মইতা তোংথরিবইকি মসানৌ খুয়েন লইমা সনা লীকলাং খোমহনপী ।। খুই খাকেন পামপা । খাবেন লোয়রেন ফাপা ।। কেয়রেন থুংলাম থামতা নাউনৌপা ।। হিংখাল ফৈরেয় থক ।। থিংপোঙ চামিথকতা । সারেল য়েংনা কেলনা নউথমপাপু হেয় য়উপা । খুই খুকানুং খুকক তপেতই থকতা ।। ফৈরা তানঙা থেংনা নাউথেনপাপু হোয় য়াকপা ।। খুই খাকেন পামপা ।। কেকে লককি খাতা নিংথৌ ।। হিকা লদকি ঙাইতা নিংথৌ খাকেন লোয়রেমপা চন্দ্রপু ।। নুংশি পূকনিঙ তংঙমতনা । ঙংদোন খেয়খৈ তাপাকি ।। পুরীকলাই মাকি কানাফম ।। ঙৈবাং ফমতোংকম ।। অথুপাতা ।। কোরউ নোংতামতা ।। থবি নোংলেপতনা । মসানৌ খুয়েন লইমা সনা লিকলাং খোমহানপীতা কৌপা চঙতোই লংকুম তোইনপা খাকি । মসাপী কেকে মোইরাং লইমা লাইতোন লইমা থাংনৌপীনা খাথোইরকলে । সানৌ কেকে লইমাপা ঙাংঙোই পোংলেল হনপ থো নঙতি ।। সনা ফমপাল লাংপু নমতা হুলনা ।। করিকি নসানৌ খুয়েন লইমা লীকলাং খোমহনপীতা লৈরাং হেকমায় কাপনো ।। কেকে লইমাপা পুরীকলাই কাপা পরাং নিংথৌপানা পাউমেনলকএ ।।

সাপি চীনফু সোবলাই নোংপাল ফানতেক অহোংপা চনু !! কেকে লইপাক পুমনমাকি মুচা মিমারেন তোংনা পলেম পীবোইনপীরো ।। নসানৌ অইতি ।। নসানৌ ঝুরেন লইমা খোমহানপীপু ।। সীংলেন ভুকুমপাপু সেংনা ঙমলোই । লৈরাং খাইনা ঙমলোইএ । নসানৌ অইপু ঝাবোইরকনো ।। ঙাংঙোই লইময়য় নুংঙাইপা অসিতা ।। কেকে সেমলৈ মীম তোং ।। মোইরাং পাইরৈ মীরাই ঙাকনা ।। সানৌ সানম ঙাইথিংতোন ।। ঙাংঙোই য়িথায় কায়রেমপা ।। সনা খোমমা-তোল অতৈানপাকা কেকে মোইরাং লইপাক ঙাবনা সনা ফমপাল তোংমননাহৌরো হায়রপাকা ।। কেকে কংলা য়াইপুঙ মনিল নাইনা । কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফাংথৌ পূমনমাপু পাউবোঁখংলে ।। নিংথৌ সনা য়াথং পাউমেনলকলে ।। কেকে য়ীপাচা ঙাংঙোই য়ীয়েনলু হইরাং য়ীঝুসা । ঙাউচিঙ য়ীহইকোন । য়ীমাতোলনা পোকপা । পলেমতোলনা য়েনপা ।। খাইচেং লেমচেং হাইচেং লেংনা তিনপা নঙখোয়মং ।। তয়ম কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফাংথৌসিংবো ।। কেকে ননিংথৌ অইতি ।। খোইয়ম লাইপু নীঙনা য়িতোম কোরউ লন-সাচরকে ।। সানৌ সানম ঙাইথিংতোন ।। পুরীকলাই য়িথায় কায়রে-মপাকা । সাপি চীনফু সোবলাই নোংপাল থমলই অহোঙপা চনু লাইতেন লইমা খাংনৌপীকানা কেকে লইকোয় ঙাকলসনো ।। কেকে পূমনা হউ মোইরাং মনিল নাইনা ।। ঙাংঙোই মরাও হউনা সংলউ থৌরাঙনা য়েলাং ঙমতমলপাকা ।। নিংথৌ লউনা মরমচংপূ ।। ফম-পাল চরই ফিনৌ হোং ।।। লীকলাং মঙাল নাই । চোয়নৌ সনা লৈবোইননা সনা ফমাল লাংপু পুরীকলাই য়িথায় কায়রেমপাতা থুমপীরে হায়তপায়া ।।

হে য়িবাং পুরীকলাইবো নয়ু নিংথৌ কাপা পুরাং নিংথৌ-পাতি ।। মরম লমলেন মতাইমা কেকে লউথাঙকা থাঙকা লিংপী চীঙ ।। মানসা লইমা চাউর চনু লাংহৈ খোইপী !! করাং মপী থেল ।। হুএন লালনিকিতি হাওরা খেসনুই । নমপোক চইথংকি ।।

কমপোং মইরা চাউকুমপা ফানা থেল ।। নোংপান থৌখু নুমানপা করাং নুঙথোঙ চাঙ ।। কেকে চাঙভাপম নিংঙানপী ।। মোইরাং মোইপী অসৈপী থাঙকা খুলহোং চাঙ । মতু য়োয়পা ফাননোচামপা ঙমসোয় খোং ।। কেকে মোইরাং মুকাপ অসৈপা অসৈ তেরান বাই ।। য়াংমোম লইমা ফানকেক অচাপা চনু ঙমসোয় খোংপু পুমনা চননা অসৈনপা ।। কেকে পুরীকলাই কাপা পুরাং নিংথৌপাতি ।। থাঙকা লিংপী চাঙতা খোইয়ম লাইপু নাঙনা পানলে হায়তপারা । নয়ু নিংথৌ কাপা পুরাং নিংথৌপা চোয়নৌ সনা মিংহলকিপু চুনপাতি কেকে ফমপাল থক্তা চহি হুমফুমঙা পানলমএ ।।

—০০০—

# য়ৌবাং পুরীকলাই য়ীথায় কায়রেমপা

হে য়ৌবাং পুরীকলাইরো । ঙাংঙোই য়িথায় কায়রেমপানা ।। কেকে লইপাকপু লোকলৌ সানা কোলনা নউয়োক হৈপাকি ।। ঙাংঙোই মনিল নাই ।। মোইরাং মরাং হউনা পানলে হায়তপারা ।। নয়ু নিংথৌ য়িথায় কায়রেমপতি । লমদেন্ন মতাইমা য়িথায় পুনেম চৌঙ ।। মনাই তাপা য়িৱাই পনচেন লম । সেকৱা তাংতেন পোক ।। থাপা পাংদিৱাই মচৈং চান । নুংসং ঙোংদৱাই মচৈংদেন ।। খুন-চান হেমপা লোইহেমপাপু । মকুমপী ৱাংনু চেংঙা চন্নুনা । কোয়োং লাংখু য়াইনা । থানিং মিকোন চৌঙলা চংপী কৈরিং তানপানে ।। য়িথায় পুনেন চৌঙৱো কৌপাতি কৈতৌনেংকিনা ।। থাঙয়ি অহোঙপীনা কেকে অকোচামপাপু তেংপনা হনানানএ । মপল ৱাংঙা লইনা মায়নৌ নিংথৌ চই ।। চাপারোল লইহন য়োমংলৌ পয়মা সনা ৱুনকোয়নুংকি ।। ঙাংঙোই য়িথায় কায়রেম-পাপু য়িনতামলকঙই ।। ভুরেল লাইচ য়িরানপাতা । ভুপান মকোই য়েন । ভুরেল সিংথাংকোল নউৱা খেররেন থামো ।। ৱাকয়ই হিপু ৱোই । সংলউ বউরাকেলনা খুমু নউকা ৱোই । পোমপী ৱাইরং চক । চেকলা খমপিরংচাক খোঙকুপীনা তোংচেং হিনাউ সানা । লাইচ য়িরানলকপাপু । য়ারউ সারৌ চাউ ।। সচি খোংকুরানা লাইচ য়িংমখিএ ।। হয়ি ঙউতা লাইচ অকপাপুতি অহকপা কৌএ ।। য়িশিং অথেনপাপুতি অপাপাৱো কৌএ ।। য়ারউ সারৌ চাউ । সাচি খোংকুরানা লাইচ অপাপাপু ।। য়ারউ খুকলু খুতপননা হকএ হায়না য়িতমএ । লাইচ অকপাপুতি পায়এ হায়না য়িতমখিএ । লোইমোম ফৌৱোইপিতি ।। ৱাকয়ৈ চেপনা হৈনা তোংচেং য়িকাই চনলগাকি । লাইচ ভুমলপাপু ।।

নিংথৌ বাংপাসল মখোঙ খোঙতক্ক হুপা ।। মশা মরি পানপা ।। লউবায় মানশরিক সংলউ য়েননাউ চেকনা ।। য়িতা খোইমোম লাইরইমাবো লাইচ কয়মনা য়িতা শিরকপানো হায়না । থাঙয়ি নমতা পো লোইমোম থাতা পমনা ।। লাইচ য়িরোলহুংতকি লৌথং-লকলে ।। সংলউ য়েনবাংপা । ককলা বাংমা সংথুয়েন মনৌ তোনপা ।। চেংকোই য়েননা লাইচ য়িবাংমাতা । য়িত খোইমোম লাইরইমাবো ।। লাইচ য়িতা করিকিপু সিরকপানো । সংলউ য়িকাথকতা তনলমলউবা হায়না ।। লামতুম লামনা কৌওনএ । অতু নোংকিপু সংলউ য়েনবাংমা ।। ককলা বাংমা সংথুয়েনবো তৌনা কৌএ । লোইমোম খৌবাইপীনা হুংসি কোলোই মতিল মেনপু মেলনখিএ ।। খোয়নৌ য়িতা নিংথৌ বাংপাসল লউবায় মানশরিক নঙতি । হয়েং থাঙয়ি অইনা য়িপান ফরা ।। লোইমোম অইনা নাউচোংককলপাতো নহে-নকেং মাপু থানরউবা । খোয়নৌ য়িতা সংলউ য়েনবাংমা ।। ককলা বাংমা তাপী সংথুয়েন নাকো । য়িতা সংলউ কউওরাকোন নওহং ।। হয়েং লউরা সেনতে ইহুং ।। লংমাই লউথলপুং । খোংপাল চমলউনা লউখোং মরকতা থাদিং খোংলোমনা । লোইমোম খোংতিলননা বোকনন-নাসে ।। খোয়নৌ য়িতা পোননী বইরং চেক ।। চেকলা থমপি রংচাক খোংইপী নঙতি । হয়েং থাঙয়ি অইনা য়াকারক লোই-মোম অইনা পোংপৈরপাতা । ফকলোং চরাই থকতা য়িতিল য়িরাইমাপু মনচরাউবা ।। খোয়নৌ য়িতা তুরেল নিথাংকোন । তুপান মকোই য়েন নাউবা খোয়রেন থাঙ নংতি । হয়েং তাইপং নম্ব পোং-বোইপানা ।। থুমনাউ হেসন নোং । য়েননাউ নাহে নোংতা ।। তরা চাহিননইনো ।। চননউ লুকপান থকতা খোয়নৌ য়িপিঙতা লমবোকনসে । য়রউ সারৌ চাউ সাচি খোংকুরা নঙতি । হয়েং থাংয়ি য়িনামা লোইমোম য়িশিং মাপূ তংলপাতি ।। কোরউ নোংনা য়েং মালেম লইনা থওহনো হায়না ।। লোইমোম ফৌবোইপীনা

ৱারোইখিএ ।। কোরউ য়িনোংথৌ ৱাংপল য়িকাসা নওস্থং করম লইপানো ।। লাইচা য়িনস্থং করম থইখুঙপানো হায়না সংলৌ নাকা থকতা খইনা ঙানা ।। কোরউ মনোংথৌপু পুনেমনা ৱাৱোইরমলে ।। অতু নোংকিপু য়িথায় পুনেমচীঙৱো তৌনা কৌএ ।।

নয়ু নিংথৌ ঙাংঙোই য়িথায় কায়রেমপা ।। ইলৱাইলককি মপন নিংথৌ ।। বুমেন লককি তংতা নিংথৌ ।। মলেম লইতা তারপাতি চাতা নিংথৌ । চরই ফিগা য়ারপাতি তংপা নিংথৌ । কেকে পূরীকলাই য়িথায় কায়রেমপানা হরাউ মথোই থোং । হুংঙাই মরাং কায় ।। লইপাক মনিল নাইনা পানলিউই ।। মসাপী কেকে মোইরাং লইমা ।। লাইতোন লইমা খাংনৌপিনা ৱাহোমলকএ ।। সানৌ য়িৱাং পূরীকলাই ঙাংঙোই লইকোয় ফমপাৱো ।। নসাপী অপূই হয়েং কেকে চাতোলনা কাউতনপা ।। ঙাংঙোই স্থতোলনা নীংসনো । য়োইপু কোলোয় য়িমিং থমলমকে ।। ময়ুম কেকেনা তেংথানা লমপীপু মেনতাকৱো কৌএ ।। খোংপু পূইতুৱো কৌএ ।। মেনতাক লমথোনকে পুইতু খোং তেংবে । মোইরাং তাংখ লমসেমবে হায়না সংলউ থৌরাঙখিএ ।। য়েনলাঙ উমতমলপাতা কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফাংথৌ পূমনমপু মায়খঙনকে হায়পাকি ।। পোমপী অচঙপাপু সংলেন তইনা সানা সৱা বুচেক য়োকএ ।। খোইমা নরোলনুংতা পামপা কৈস্থং থেংতমএ ।। অতু নোংকিপূ সৱা সঙ কৈথেংপালৱো তৌনা কৌএ ।। হয়তপরা ।। মসানৌ কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই য়িথায় কায়রেমপানা ৱাহোমলকলে ।। তয়ম লোইপী ঙাইখোং মরমপু নওতি ।। লোইপী ময়ুমনাক ঙাইখোং মসাইকোনতা লোই থউরৱো । ঙাইখোং নিংথৌ অমেপাস্থ কুমলকৱো ।। মপারী নিংথৌপাস্থং তাকলকৱো ।। পামপা কৈমা ফারকৱো ।। ৱাকয়ৈ হিমাস্থ থারকৱো ।। সানৌ কেকে মোইরাং লইমানা । মেনতাক লমথোনকে পুইতু খোংতৌকে হায়পাপু মায়খঙনপা ।। ঙাইখোং পোৎলেন লোইস্থং পূথরকৱো হায়না থৌশীখিপাপু ।। লোইপী

ঙাইখোং মনিল নাইপানা ।। ৱাকয়ৈ হিমা য়ানলকলে ।। পামপা কৈমত্তি ফারকতে ।। মপারী নিংথৌপাত্তি তারকএ ।। মপন ঙাইখোং নিংথৌ অমেপাত্তি কুমল্লকতে ।। ঙাইখোং পোৎলেন লোইহুং পুথ-রকতপা ৱাকিপু নমু নিংথৌ য়িথায় কায়রেমপানা ৱাতাথিখিএ তয়ুম ঙাইখোং নিংথৌ থোংঙাপা মপারী নিংথৌপাবো । নপন নিংথৌ থোং-ঙাপা অমেপাত্তি কৈতৌপা কুমলকতপানো ।। পামপা কৈমত্তি ফারকতে । ৱাকয়ৈ হিত্তি থারকএ ।। ঙাইখোং পোৎলেন লোইহুং কৈতৌপা থারকতপানো ।। লোইপী কনহুক নুংচানা হেনপা হুংকননাএ হায়না ।। ঙাইখোং নিংথৌ থোংঙাপা মপারী নিংথৌপাপু থাংলেন চেপনা চলনা নোংৱানহনলে ।। অতু নোংকিপু ৱাকয়ৈ থিথাখোং ।। কেকে নংথৌখোংবো তৌনা কৌএ । নমু নিংথৌ ঙাংঙোই য়িথায় কায়রে-মপা । ঙাইখোং নিংথৌ থোংঙাপা মপারী নিংথৌপাপু কায়না হুনপাবো তৌনা মিংথোংখিএ হায়তপারা । হে য়ৈৱাং পুরীকলাইবো ।। নমু কেকে মোইরাং লইমা । লাইতোন লইমা থাংনৌপীনা ।। মতাই-রেম কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফাংথৌ ।। কেকে খুনথক খুনথা মনিল নাইপা পুমনমাপু । তয়া লুকমায়রেননা মায়খতখিএ ।। য়িতা-ইরেম অংথৌ লৌচা হেনপা থায়াঙ কোনতাই লোনপা ।। সচৌক লানোং তম থপা লানোং থাইপু সোইতপা । লংমাই ফুরোয়ন্নু খাঙকা কম-পোং ৱোংপৌ মালনাসৌ কোঙয়াং ৱাসালৌ । লোকলৌ সৌরাই তাংনা । খুয়া য়ৌক্কম মেন । য়িমু থির কসাপাপু সোংবিতপা । কাউপী সনসকপা কৈরেল তে থাপা নঙখোয়ত্তি ।। তরা লুকতোম চাউবো । য়িতাইরেম থায়াঙ কোনতাই লোনপা মোমন্নু মন্নুং মালনা ।। নুচা মমান তমপা নঙখোয়ত্তি ।। য়াংলই তাউ ।। য়িহুইচকা তয়া লুহুনমানৌবো । খুমনাউ মখুংতোনন্নু থেকতানা ।। য়েননাউ মশাতোনন্নু খাইচানৌবো হায়খিএ ।। মতাইরেমশিংনা কেকে লাইতোন লইমাবো করি খোয়চেলনো ।। য়াংলই তাউপা মহুইচাকা ।। তরা করম লুকচুম মননাসিপানো ৱাকংচপাপু । ৱাখনকতনা তাউপা মহুইচাকা খুমনাউ

মখুংতোনপু থেকচানখিএ ।। য়েননাউ মশাতোনপু খাইচামননাখিএ ।। অতু নোংকিপু লাইতোন লইমা খাইচাপুঙবো তৌনা কৌএ ।। কেকে অথৌ লচা হেনপাতি তাবা লুকতোম চানা মায়খঙখিএ ।। কেকে মোইরাং লইমা লাইতোন লইমা খাংনৌপীকা ।। কেকে লইমা অঙনপী ।। মোইরাং সংকন অরেমপী ।। খামপী লইমা কোংয়ামপী ।। লউবায় হাওসেন পাই ।। হুএল ঙাচারোইপা ফাপীকা । ঙাংখ লইমা য়োয়রেনপী ।। চোথে নিংথৌ চালেংপা ফাপীকা ।। সামন লইমা নামোইনু ।। লোনমু লইমা মৈতেনু । মতু নিংথৌ খাকারাচা অচানপা ।। চোয়নৌ সনা তেনখাউনপা ।। কিয়াং লীকফাং সিপাকা ফুইমননাপী । লোইপী পানপোঙ ঙমপী । হুএল আকলেং ফাপীকা । থুরা লোকনুম সাউন ঙমপী লেংকোতাং ফাপী ।। লাইচাঙ তোম্বম মহৌ ঙমপী আকলেং ফাপীকা নিংথৌ ক্ষুমই চনু লইমা হামচউপী ।। লোইপী চাপং ঙমপী থএল চাঙমইপা ফাপীকা ।। কেকে মোইরাং লইমা তরেৎমানা চোয়নৌ সনা সেন তেংকোৎপু লুতা থোংনা মালেম লইহোনখিএ ।। মোইরাং ঙাংখ লইসেমএ । অতু নোংকিপু লমলেন মতাইমাম্বং ।। কেকে লাইতোন লইমা খাংনৌপী ।। পুইতু খোংতউপী খোংতউ লন ।। মেনতাক লমথোনপীতি লমথোন বাই ।। মোইরাং ঙাংখ লমসেম লমবো তৌনা কৌএ ।।

নমু নিংথৌ ঙাংঙোই য়িথায় কায়রেমপানা ।। কেকে মপুঙ য়াইপু খোইমা তুমচঙহনতা । তিংখং রাসৌ নৈহনতাপা তুকুমপাপু । লইপাক মনিল নাইনা পানলমলকা ।। য়োইপু খোইমোম লাইরইমা ।। থাংয়ি অহোঙপী তমপা শীংচা কোনখিন য়াইনা ।। খোইমা মায়বোকননা য়ামচেং থাফংননা য়োয়চানপা ।। পুইতু খোংতউপা মেনতাক লমথোনপা ।। ঙাইখোং নিংথৌ মপারী নিংথৌপাপু কায়না হুনপা ।। নমু নিংথৌ য়িথায় কায়রেমপাতি চোয়নৌ সনা মিংহুলকিপু হুনপানে ।। কেকে ফমপাল লাংপু কুমশীং নিঙ্গুনিথোই তানফংঙমএ ।।

— XXX—

লোয়পা মচাওকা ॥ চুওলেন থাকুপ হউ । মুওপা য়াসৌ নেৎনা ॥ খংনও লইতও লেং ।' সৌপোন মাওবোই থিননা ।। হেমপা পনথেং হাওনা পনথেংলপাতি । সোংপু পামতাননরে মরোং য়াকা চাইরে ॥ কেকে নিংথৌ মনিল নাই য়ৗরাং মরাও হউনা খোৗসারে ।। হুএল লালনিকিতি লোইপা সোংপু হাও পাখং । হুএল চামইরাং অথৌপাপু কায়না হুনলকলে হায়তপারা ।। নয়ু নিংথৌ নোংইপ মায়রোং ওমপা ।' খারম অইমোন লানথপা সনা মইওলেন ।' হুএল মরাল হউতি অতুমং মতোমতে ।। হাউরৈ নোংপাক পাংপা লমতা খোৗসাপানে ।। য়োয়মায়াইনা ।' খেনকাপা অণ্ডানপানা খেনচোংপা লমতা ।। নোংপেক বায়রং লমসাং য়িলনা হুএল লানথাখিএ ।। সেনপা তুগা মনিল নাইপানা য়োয়মায়াই তাউতনপাপু । কোরউ থপা লাংনা খোইম লাই য়িমচংপা । চৗংওু লাই পাউহোমপা পুও । বুয়ামপেকপু নাতৈননা ।। চৗংখোও পোইরইতোন লইমুং পিয়াইনুচা খোমফাং অতোনপাকা ।। মতৈ লইমা লাইনাউ তাপিকা । সেনপা সিওপা কপো নাতপাপু খুনথিরকপাতা । সেনপা মুতুম মুনা তুমলমএ ।। অতু নোংকিপু তুমুবো তৌনা কৌএ । সেনপি তুমু মপুও য়াইতা কেকে অথৌ লিচা হৈনপা পুমনমানা ।। সেমপা কাংসং থোওচাউ হাংনা পনথেংলপাতি সেনপা মপুও তাকলে ।' সাইক লাইথন থুমলে ।। খারা খেনচও কৌনথরে হুএল লালনিকিতি কপো বাপা হায়পা ।। লাসৈ লানথোৗয়াংপু কায়না হুনপা ।' কেকে মচা হেন মোইরাং মরায় লাংনা মরাল বোনওরকপালতা ।। নুংওাই মরাং কায়না কেকে মপুও য়াই মোইরাং সাংপা য়াইতা বাইথুংলরে হায়তপারা ।। নম্ব নিংথৌ খারম আইমোন লানথপা ।। কপুই মরোং ওমপা তুম্ব য়ুমচও য়ামপা পুরীকলাই সাংতোল লাইনাউ তাপানা ।। কেকে মকংলা মোইরাং কংলা তোংনা য়ায়তা কমনা বাহোমখিএ । তয়ম কেকে খুনফাংথৌ মোইরাং নাইফাংথৌ অথৌ লীচা হেনপা । পাংপা কৈসকপা

কৈরেল তেংথাপাশিংবো ।। হাউরে নোংপোক পাপা লমতা ।। লমলেন মতাইমা নোংয়াই কোকচা হিক্কপানা কেইপা লম ।। অতোন লাংয়েম সিনাইপানা ঙাকপা লম । অহাও তোংকনসা মরমথে ।। লইমা পিতোন লাংশী মতুয়া ।। নোংয়াই অহিং সোইথিংপীচা মরউ পান ।। সাহ্রা মারেমপা মকাইকম । য়েইক্ক মলোন মপাম লউসি খেংতাউপী খেংতউ লম ।। তে মফাং য়িতে-মপা য়িথেমবাই ।। থৌপাল লাইচা য়িম্বতা হুএল লানতক্সে । থুমন মংখু তোংপা কেকোনপা লউসঙপাপু ফাক্সে ।। হ রনা য়াহৌরপাকি ।। নমু নিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপাতি ঝবয়ে মখুনেং তোংচেং মমুং চঙ । বাকয়ে হিন উপা । তোংচেং লুনা তেমপা । বাকয়ে মইনি লোঙপা তোংচেং হিসাং পাংমাতা । নমু পোংপুন ৫ থিংপা ।। বাকয়ে হিনং পংমাতা নমু পোংপুন ।। থিংপা । সপনা তিনলপাতি চামমা নিথোই হুরে ।। হিপু বাকয়ে খোং-বোইনা ।। নমু নিংথৌ সাংতোল লাইনাউতাপানা ঝবয়ে তেংমায় থকতা । লানপোং চরই লমঙান ফিপু । পুমুং মচাল নাই ।। পুরীকলাই সঙতোং মনীংখমপু । খোকয়া তেমচান সা । লাইচ য়িরাই ঙাসনা মতাইরেম কেকে অথৌ লীচা হেনপা পুমনমাঙং ।। লিকাং খোঙতা নেং ।। তেনতোং নমতা হুন । বকয়ে হিয়াম হেন তোংচেং মরাঙ হউনা হুএন লানতাখিএ ।। নোংয়াই মতায়মা লইমা থিংপাই লাইতোনসনা ।। খুনচান মেমু লইমা মেনলেং লৈখাম ফাপিনা । খোয়নৌ মতা অনিমানা ।। খানলৈ লউতাপাতা পাউমেলনখিএ ।। খুনচান মেমু লইমা মেনলেং লৈখাম ফাপীনা পাউমেনখিএ । হে খোয়নৌ য়িতা লইমা থিংপাই লাইতো-নহবো ।। খানলৈ য়িপিঙানা লউতাপা অসপু ।। থীয়ঙ পীফা পা ।। লোইমোম মনৌ চোংপাপু । থাঙরী কনাকি ফৌনা চাউপানা য়েংনসে হারনা য়েংনপাপু ।। লাইমা থিংপাই লাইতোনহকি লোইমোম ফৌনা থৌইনা চাউরে । অতু নোংকিপু

লমলেন ফৌকাকচাউ কৌপাপু । পোইরই হইমন তানপানা লমলেন ফৌগাকচাউবো তৌনা কৌএ । অতুমং মতোমতে ।। হুইতাউ নিংথৌ য়েনকাইপা চংপী মকইরেনপু । চাকমোম খামপী মইপোক থোকলপাকি ।। থাঙয়ী অকেমশা ।। লোইমোম অকাপাপু মোংপা তোরই থননা তাউথরকলে ।। অতু নোংকিপু লমলেন ফৌকাবচউবো কৌএ ।' নোংয়াই লউরেনপা অতোন ফৌকাকাচউপু কৈনা সম ।। মোংপা তুম্বাও হংকুনবো কৌপা'ত কৈতৌনোংকি-নো ।। লাইরেল মইরেল মইতেংঙু লোইনাই থবায় থাপানা ।। মমোম তমপা বাংঙমলোন কাইনৌ চীঙথৈ থানপীনা হুএল লানপাউ চেনলকপা বাকি ।। মইতেংঙু লোইনাই থবান থাপা তুপি বাকয়ৈ মথুনেং । কপুই ঙমপা সাচুন খোংতানশাপু কায়না হুনপা হিপু । তুপি বাকয়ৈ খোঙবোইনা । পোইরই অথৌ লীচা হেনপা বাংঙম থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনমাপু ভাইরোইননা ।। নোংপা খুনলম য়িন । তোরৈ লমসাং সিং ।। হুইথৌ য়ুময়া হেপ নোংয়াই য়ুময়াই খায়না ।। হইরেম কিরি চীঙ ।। খুনচান লানলুম থেলতা হুএল লান-তারকউ ।। লাইরেল মইতেংঙুনা মোংপা তোরৈ মাতা ।। মংান খুমন নিংথৌ অতোন পুনসিপাপু চাইখমখিএ । লাইরেল বাকয়ৈ পোং-থারা থমলৈ চইরুংলপাতা ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন পুনসিপাপুং বাকয়ৈ খোঙবোইননা হুএল লানতারকএ লাইরেল মইতেংঙু লোইনাই থবান থাপাক: লমবোকনরে ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ পুনসিপানা ।। মাকলৌরেম মইতেংঙু লোইনাই থবানথাপাবো ।। হইরেম তানাতা খুনচান মনিল নাইপানা নোংয়াই অইপু তাংসকাতে ।। অয়ুম নোংয়াইনা পুঙমা থোনলকা হইরেমসং পুঙমা থোনলে ।। খুমলনা থেনমা থেংল-পাতি খুচানসং থেনমা থেংলে । মপনলোন লইকাই য়ুমথু মনিল নাইপিচা । কোঙয়াং চইসু পানমাতোমপা । য়ুমলক লানতান থৌপা । হুএল লানকারেমপানা ।। হইরেম য়িপল থোংতি তাউচিং হইচুপেং হইমায়পোমহং পানলে ।। পামেল কুনাউরোয় তাইকমপাসুং বোংএ

হইরেম ঙাখাখোং লাইচ য়ৌরাংমাতা ।। চোয়নৌ সনা হোইতোম মানপাঙ্গং পানলে ।। তুরেল সংলৌ মায়পুংপি চাকসুং বোংএ ।। হইরেম য়িপন থোংপু কনানা ফারকপানো হ য়না হুএল লালকরেমনপাপু লৈএ ।। হইরেম অতুপূ থেংমননা খুমচান ঙাননানসে হায়পাকিপূ ।। লাইরেন নঙপূ পাউথেমলপানে হায়না ।। লাইরেল বাকয়ৈ মমিং-থোন ।। নোংয়াই বাকয়ৈ মমিংথোনকা হংনরমএ ।। অতু নোংকিপু হংকুনবা তৌনা কৈএ ।। হংকুন মহি থেনপূ কাললা চোং ।। লাইরেন হইরাঙ মচা থাকপু ।। মঙাইরেম বাকয়ৈ হিসাং থনপাতা তাউচৌঙ হইয়েন বাইপু নাতৈননা ।। য়িকোপ থোংনুং চঙ ।। লমলেন হাওবংসি লাইমবং । য়িকোপ লাইপন সোয়পু য়োরে হায়পাপু ।। মপল থোংনইমা মচা নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন লম্মাপানা নাতারপাকি ।। নোংয়াই মাকি কংলা বাফোঙ লকতা ফমনা বাহোমখিএ ।। তয়ন নোংয়াই থাথ থন ।। অতোন লাইথা ভিনপাখিংরো । মসুম কেকে মোইরাং নিংথৌ । সাংগোল লাইনাউ তাপানা । নোংয়াই অইপূ হাসকনা অতোন নৌথাতনা ।। নোংয়াই য়িনথা হেত । অতোন পনরা কোয়না ।। নায়ুম থৌপাল লন-মাহা । নোংয়াই য়িকাইরম খুমন মথু পাংতা ।। করিকি হুএল লানথানলকলা ! কেকে নমিল নাইপাপু ।। খিংলউ হুকুনপাপু পনচনলে হায়না ।। নোংয়াই হেংসেন নীক খুমস মখি নাইনা কংলা হাসননরে হায়তাবা ।। হে য়ৌবাং পুরীকলাইরো ।। ময়ুম নোংয়াই মনিথৌনা বাহোমলকএ ।। তানখিংরো ময়ুম নোংয়াই মচেং অমনা । হএল লানপুন্তি অবাং লাইনা পাংপা লম । থৌপাল লাইচ য়িরম য়িলনা হুএল লানতাখিবো ।। কেকে নায়ুরোক য়ানা নোংনেম থানা পাংনা থোমথরকরো নোংয়াই লানপু মচেং অমনা ।। অতোন নিংথৌ অইকাতি ।। কেকে মীওতা থোপনা ।। হাউরে থানা পাংপা লম । নোংয়াই অইকি লউরেনপা অতোন কৌবাকচাউতকি হৌনা ।। নোংনেম লাইনা পাংপালম থোমসককে

হায়না ।। হুএল লানলম অনি থোকনা ।। নোংয়াই অথৌ লীচা হেনপা অতোন থয়াও কোনতাই লোনপা পুমনমাকা । হুএল লান-তাখিএ । অবাং লাইনা পাংপা লমকি । নোংয়াই মচেং অমফা ।। কেকে মায়বোক য়ানা হুএল লানসোকনরে ।। কেকে বায়র মতেনচাপু। লাংপল চৌঙশাং থোইরেল পাইকুমলে । নোংয়াই বাকয়ৈ খোড়বো-ইনা ।। অতোন বায়র মতেন থাপু ।। য়িংতা নোংচুকুমনা সোকন রপাকি ।। কেকে লইনতা নোংয়াই চায়নতনা ।। কেকে তিমেন মখুংসপু । খুংপাক তিনলাই মেলনা ।। খোপোম লাংনা পানকুম ।। তিমেল তায়াম হুন ।। নোংয়াই তিমেল মখুংসপু । তিমেন হুংশোল লইনা হুএল লানসোকনখিএ ।। থাঙলেন লাময়ানবরে ।। চৌঙমুং নোংথাও কুপকুমলে ।। নোংয়াই অথৌ লীচা হেনপা ।। অতোন থায়াও কোনতাই লোনপাশিংপু ।। কেকে মায়বোক য়াপাপু নোংয়াই চেলনতা । তুরেল বায়খুপিচা তুকমপাপু নীঙনা লেনাতা । লাইচ য়িহন কনপা অনিনা ।। রিমু চৌনবোক লোকুম । লানসোক মথই লৈতনা সোকনরিঙইতা ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন য়িকোপ লানথপানা ।। মতাইরেম বাকয়ৈ হিতা হৈপা । সমু খোঙ-লমম্থ কনপা পুমনমাকা বোকনরে ।। লাংকোয় চনকুমনা থিংলউ পনচললপাকি ।। নোংয়াই মায়বোক য়াংমতনা ।। থিংলউ নীঙনা তেরে ।। নয়ু নংথৌ সাংতোল লাইনাউতাপাতি । বাকয়ৈ মখুনেং মনুংচঙপু তোংচেঙ ।। বাকয়ৈ লুমায় তেমপা ।। তোংচেং হিশাং মমই অনি লোঙপানে ।। বাকয়ৈ থৌলনা লই ।। তোংচেং য়াঙনা হন-ঙমতনা কেকে নীঙতেনরকপাপু ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ ।। অতোন য়িকোপ লানথপানা ।। মতাইরেম অথৌ লীচা হেনপা পুমনা হউনা ।। হুএল লানসোকনপাপু ।। লমলেন ফেনচিকোপ ।। য়িকোপ লাইপন সোয়তা হুএল লালতুনারে ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ সাংতোন লাইনাউতাপাতি ।। নোংয়াই লানফম চপুক থায় ।। বাকয়ৈ মরাউ হউ তোংচেং মথি নাইনা বাকয়ৈ তেরকলে ।। নয় কেকে লইমাপা।

ঙাংঙোই পোংলেল হনপানা বাহোমলকএ ।। য়িত্তাইরেম অথৌ লৌচা হেনপা । ঙাংঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপাসিংরো ।। নোংয়াই করম মীসা বোই ।। খুমন করম মীরাল বোইসিপানো ।। ময়ুম নোংয়াইনা লময়ায় করম পুঙখোলহনসিপানো । তমপা নঙখোয় নরাঙ হউ ।। কাওরেল তুকুমপাপু মথি নাইনা ।। লাইচ থাথিন পেক ।। য়িমৎ নমতা হুন । নউরেল পামপই লাকনা । তমপাকচক হউবো । বাকয়ৈ য়িখুনেং তোংচেং হিনাউপা নঙসং ।। বাকয়ৈ মথি নাই তোংচেং মরাঙ হউবো ।। বাকয়ৈ নঙনা মথি নাইতা ।। তোংচেং মরাঙ হউতরপাতি । ময়ুম নোংয়াইনা বাকয়ৈ য়িখুনেং নউপুসং ।। পাংথি লমলোয়না কোনতে থোংসাননা ।। লময়ায় পুঙখুন চলনরঙইনে হায়না থৌজোংথিএ ।। নোংয়াই মনিল নাইপাতি অতোন মরাঙ হউনা ।। চেংলই নাউরাং হিপু ।। লাইচ তুয়া খোলনা হুএল লানশোকনরপাকি ।। কেকে খিংলউ য়াইথায়াম ।। নোংয়াই মরোং চইফেন হকলপাকি । অতোন অমরক মরাঙ হউ ।। খুমন মথি নাইমা ।। বকয় হিমই বায় ।। তোংচেং নাউমই থেংনা হুএল লানতারকলপাতা । কেকে মোইরাং নিংথৌ । য়িবাং পুরিক্লাই সাংতোল লাইনাওতাপা মতাইরেম ।। তোংচেং নাউমইকি খুমৎ নউচাউ মৎপা । পোমপী বাইরং চেক. মাসং মালনা মিংয়েংনরিপা ।। লোয়য়ম কোংপাচা অথৌপা কেয়রেন নাউমত থৈপাপু ।। নোংয়াই বায়র মতেনচানা তেনপানলপাকি । লাইচ য়িপাকথকতা ।। তাংচ মশম ফানা তারে ।। অতু নোংকিপু লোয়য়ম কোংপাতা । শনচাই লমল্লংশিবো তৌনা কৌএ ।। কেকে পুরিক্লাই ঙাংঙোই পোংলেলহনপা বাকয়ৈ মখুনেং তোংচেং হিনাউপাসং চইরংলপাকি ।। কেকে লইমাপা সাংতোল লাইনাউ তাপাতি ।। খোইমা মায়রইতা । য়ামচেং মনম মৎকতা লানফম মায়বোক য়ানা ।। বাকয়ৈ জেংমায় খিলনা ।। লৌরী থমোয় তিং ।। লকা তেনমই লাকনা বায়র তেনবায়রপাতি ।। বায়র তেনপুম অমকা নোংয়াই নমৎ মিরেল হাঙতনা বায়র তেনপাললপাসং । খুমন মনিল নাইপাতি খোইমা মনায় লইপিতে ।। কেকে

অথৌ লৌচা হেনপা পূমনমা । নোংয়াই মনিল নাইপাকা ।। নমু হুকথেং ফংনরপাকি ।। থাঙলেল লাময়নলা ।। তিমেল লুথিলননা ।। ছুএল লানশোকনরপাকি ।। নমু মীয়াম সিরে হায়তপারা ।। নোংয়াই মনিল নাইপানা পামপা লাংকোয় চনকুমলে ।। নোংয়াই মীয়াম কোয়না । রাকয়ৈ হিয়াম কোয়শিনলকলপাতা । নয়ু নিংথৌ কেকে লইমাপানা ।। ময়ু খোইয়ম লাইয়িংথোপু ।। চৌঙথ্রু য়াইপী পনলোই তানপাপু নমু চাংচউ চেপনা লোলনা ।। চৌঙথ্রু মতম য়েংনা পুরমচখিএ । চৌঙথ্রু নথৌ থা খোইয়ম রায়েনপা । পালেম মোং পানলোন য়িম্ সিনয়োম লাতকি ।। লাইপক খেলাই য়িরকপাপু লমচায়কতনরংইনে ।। লানকম য়িচঙ থৌনা ।। কোরউ ঙমলোয় থৌতা ।। রনপী পুকনীং থমনাকে । চৌঙথ্রু সামন লৌকিনারে হায়তপারা ।। হে য়রাং পুরিমলাইরো ।। নয়ু নিংথৌ থারম আইমোন লানথপা ।। পামপা কৈচেং লাংকুনপাতি । থিংলউ তমথাকাও । রোকলেন লাংসম থোপানা ।। থিংলউ তাপানলপাকি ।। রোকলেন মমায় লইশিনলকপা ভুকুমপাপু । নোংয়াই মায়রোক য়ানা রাহোম খিএ ।। নোংয়াই মনিল নাইপাশিংরো ।। য়িয়ু কেকে লইমাপা ।। নিংথৌ ময়োল খুতিংতাসং । নোংয়াই অপুঙ য়াইতা ।।। নয়পা পনয়া থা । লাংখোং য়িতা সি ।। পনম খোময়ী লালনংএ হায়পাপু ন্যাতারকতপানে । ময়ুম কেকে চউপা পাঙপু । কেকে চেপনা হৈ । ভাংভাই পুমনা লৈরপাকি লালনংলপা রাপু নংতে ।। নোংয়াই নরমথৈ খুমন নকাইফম ।। থৌপাল লমমাহন খুমন মংখু পাংতা ।। কেকে লম হাকে হায়পাকিপু । য়িতোম লালনংলপানে হায়না ।। খোইমা মমায় লইতা ।। য়ামচেং মনম মুকনা ।। খোইয়ম লাইরইপাক কোরক নোংমতোনতা । য়াইপী লৌতিননখিএ হায়তপারা ।। মতাংরেম অথৌ লৌচা হেনপা ।। ভাংথোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা । রাকয়ৈ হিয়াঙ থনপা পুমনামাহং । নমু মীয়াম সিনা নোংয়াই লানফা মাঙলোরে ।। অতু নোংকিপু লমলেন কোংলেনসি রা তৌনা কৌএ ।

নয়ু নিংথৌ লানফম মমায় লইতপা ।। অতোন লানকা মাঙলে হায়পাপু ।। কেকে মপুঙ য়াইতা নাত্যারপাকি ।। লইপাক মনিল নাই ।। পিরেল খাকমা তানা মৌবপনরপাতা ।। মতাইরেম কেকে নাইখু লইমা কোমপা চন্নুনা ।। ভুপি য়োইনোংতা নোংতা লাইরেল পাখংপা খোইহউরা ।। পাৎয়াই কোনচন লা । য়িম কোনমাং লা । লাই-রা সোইয়ামপা লাহৈ তোনলোঙপাকি ।। থমপাল লৈকা লাইচা য়িতা তাউপা অসিপূ ।। কেকে য়িনিংথৌ সাংতোন লাইনা-উতপা অতোন লানকা মাঙপাকি ।। সংতীঙ মনীঙ থম অতৌপা ।। কুমচিং লোননিং তাপু করম মালনপানো হায়না মিকপখিএ ।। মতু নাইখুকোমপা কোন ।। কেকে ঙাংখা চা ।। মোইরাং পানপি সোয়তা চমলউ লারিংখিএ ।। অতু নোংকিপূ নোংতা খোইহৌলাপূ । কেকে মোইরাং নাইখু লইমাকোমপা চম্ন মলারিংরো তৌনা কৌএ । নয়ু নিংথৌ য়ীরাং পূরীকলাই ।। চকলই ক'ও ।। নোংতম য়েন । মচেং কোইস্ন চাইতপা তুকুমপাপূ লানফম মমায় লইতপা ।। অরাঙ কোরউ নোংকা ফপা ।। কেকে মপুঙ য়াইকি ।। সাংতোন লইকোয় মিংপু মইনা রায়না মিংচুপা । য়ীরাং পুরিকলাই সাংতোল লাইনাউতাপাতি ।। চোয়নৌ সনা মিংহুলকিপূ চুনাপানে ।। কেকে ফমপাল লাংতা চহী কুনথরামাথোই পালঙমএ ।।

— ÷ —

# য়ীরাং পুরীকলাই সোংলেন লানথপা

— (O): —

নয়োন কেকে মোইরাং লইমা নোংপানলোন নোংলৈ শংপী ॥ অঙৌপা চন্নু নোংনিং লৈরীক চিনকুমপী ॥ পায়মা সনা রুনংকায়-মুংকি ॥ কেকে মোইরাং নিংথৌ সোংলেন লানথপাতি ॥ লমলেন মতায়মা থাংপী য়োইলৌকোন ॥ চৌঙহউ লমতাইথেন হাওচেং পন-তোন য়াতা খোসাপানে । লমলেন মতায়মা চৌঙহউরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ॥ খোইমোম লাইপুনসি থাংপী চৌঙমাপীনা ॥ য়িম্নুং সোইয়াইমাতা চৌঙলেন পালং লাপু থাংখিএ থাংপীরো কৌএ ॥ চৌঙলেন মপান ফুকনা হৌখিএ ॥ অতু নোংকিপু চৌঙহউ লমতাই-থেনরে কৌএ ॥ হাওচে পনতোনয়া কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ॥ কেকে মোইরাং নিংথৌ চিঙখু তেলহৈপানা । মনোম য়ীরাংলোন লইমা য়োয়রেন তোমপোকপি ॥ লাইরা পারিং লউপা লোকলউ তাচি সপীনা হেয়থিকপীপু । মৈতিংঙু নোংপোক চাখা খোংচো-মপা ॥ নিংথৌ য়োয়রেন তোমপোবপানা । পোইরই চংরা হায়-মননাকে ॥ রাংঙম নুরা তেমমননাকে হায়পাকি রাহোমলকএ ॥ তয়ম হাওপা লমলাং খমলঙ লাইতোন । রংখৈ লউরেমপম পিপা নওখোয়পু লাউরো । য়িম্মান নিংথৌ ভাংঙোই রুরা লাইচৌঙখু চৌঙখু তেলহৈপাতা পাউমেনলুরো ॥ লাইরেল অইহুং তুপি সাপী লৈ ॥ লাইরেল সানৌ লৈম্নুং সাংমননাতে ॥ য়িমোম রাংঙমলোনহুং কুইমন-নাতে ॥ লংপল তউতরিকুম য়িতোম সাংনএ হায়পাকি ॥ তুপি কো-লোয় য়িমিংযেনপু । নিংথৌ য়োয়রেন তোমপোকপারো তৌনা কৌ-এ । নমোম য়ীরাংলোনহুং মতু নিংথৌ য়ীরাং পুরীরাইচাসিংপু পোক-মননতে মসানৌ য়ীরাংলোন কেকে নিংথৌ অঙনপা চন্নুসিংপু কুই-

মননভে হায়পাকি ।। কোলোয় মমিংথোংপু লইমা য়োয়রেন তোমপোক-পী কৌএ হায়এ ।। লাইরেন অইকা কোলোয় মিংমাননাএ ।। পোইরই অথাপপা রাংঙম অতামপানে হায়কুনে ।। নমোম য়ীরাংলোনপু পোইরই চংবা হায়মিননা ।। রাংঙম মুরা তেমমননাকে হায়রকএ হায়না পাউভমল্লুবো ।। সানৌ য়ীরাংলোন লইমা য়োয়রেল তোম-পোকপীতাম্বং ।। মমু মেনলোং য়িথুৎ থোন লাইরা পামিং লউপা ।। লোকলৌ ভাচি সাপা অসিপু ।। লোমনা লমবোকনফবো হায়না থৌশীখিএ হায়তপরা ।। হে য়ীরাং পূরীকলাইবো ।। নয়ু নিংথৌ ভাংভোই চাউথু তেলহৈপানা ।। মমোম লইমা য়োয়রেন তোমপো-কপীপু ।। পোইরই মরাপপাতা কাওচনরোই হায়পাকি ।। কেকে লইরায় লউতাউথোং ।। তাউথোং লউরেনপাতা ।। সঙলেন তইনা শানা ।। মভোম শংনা মাননা শানথুপখিএ ।। অতু নোংকিপু লইমা লমসং লউবো তৌনা কৌএ ।। মইতেংঙু মতাইরেম হাওপা। লমলাং থমলৈ লাইতোন ।। রাংথৈ লউরেমপম পিপানা ।। নয়ু নিংথৌ সনা মথোঙ খাতা ।। মানপি খুংতপনা মুকমু লৈতোন কোলনা রাকৎচখিএ ।। কেকে লইমাপা ভাংভোই পোংলেলহনপাবো ।। কেকে নঙকি মাকলউরেম ।। লাইরেল মইতেংঙু নিংথৌ য়োয়রেন তোমপোকপানা থৌশীরকএ ।। নমোম লইমা য়োয়রেন তোমপোক-পীপূ ।। লাইরেল অইকা কোলোয় মিংলেন মাননৈএ ।। পোইরই মরাপপা রাংঙম অতামপানে হায়কুনো ।। পোইরই চংবা হায়মিননা রাংঙম মুরা তেমমননাকে হায়রকএ হায়না রাকৎচরপাতা। কেকে য়ীরাং পূরীকলাই ভাংভোই চাউথু তেলহৈপানা পাউথুমলকএ ।। মইতেংঙু মতাইরেমশিংবো অইত্তি য়িমোম য়ীরাংলোনদুং কুইতে ।। লইমা য়োয়রেন তোমপোকপী কৌপীশং পুমনা লৈতে হায়না পাউথুমলপা রাকি ।। মৈতেংঙু মতাইরেমশিংনা কেকে শীংচা রাইকোয়পা ।। মোইরাং য়েনলাং থৌচৎপাসিংতা লোংনা পাউহংপাপু ।। লইমা য়োয়রেন্স তোমপোকপীত্তি ।। কেকে লউরায় লইতাউথোং ।। মোইরাং

তাউথোং লউরেনপাতা ॥ সণ্ডলেন তইনা শানা লোননা সানথুপলিএ হায়না পাউতকলপাকি ॥ হাওপা লমলাং খমলউ লাইতোন ॥ রাংথৈ লউরেনপম পিশানা তাঙচ খোঙথুন লীখিরপাকি ॥ য়ৈরাং-লোন লইমা য়োয়রেন তোমপোকপীতা । লাইরেল মৈতেংঙুকি কোলোয় মপাউমেনপু থাকতনা ॥ লাইরা পামিং লউপা লোকলউ তাচি সাপাপু কৎনা রাহোমলপাতা । য়ৈরাংলোম লইমা য়োয়রেন তোমপোকপীনা পাউমেনলকএ ॥ মৈতেংঙু মতাইরেমশিংবো ॥ লাইরেল কোলোয় মতীলমেন অসিপু ॥ লুংশি পুকনীং চঙলুপাকি । পোইরই মপুঙ য়াইতা য়াংকোইকে হায়না নীংচপাপু ॥ য়িপন পনথৌ নিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপানা ॥ পোইরই অথাপপাতা রাংঙম অতাম পানে হায়পাকি ॥ মমোম অইপু লউরায় সঙলেল লমসঙ কাই অসিতা সানথুশহনলিপানে । তৌয়িকিতি লাইরেল য়িনেমমাচাতা ॥ মৈতেংঙু নোংপোক চাখা থোংচোমপাতা পাউমেনলুবো । নয়ুম পোইরই নপুঙ য়াইতা রাইখুংলপাতা । লহন য়িন্নু লায়প'কুম লায়রকানে । য়িঙ তাইপী ঙমপী লায়পাকুম ল'য়রকানে । লমলেন মতায়মা ।' চৌঙখোঙ চুনপা কেকরূপ'ন ॥ কাসান সনকংলমতা তোকমুকুম য়ুমসঙনএ । থৌপাকুম য়ুমলৈনএ । সাপী য়াই কৈচঙপিতে । হাওরইমা য়িয়ো থাংপিতে ॥ লমপান ফৌরক তকপিতে হায়না পাউমেনপিরুরো ॥ তৌয়িকিতি য়িপাম কেকে চাউপা পুঙতি ॥ পোইরই লোইতাম মন্নুং রোইরকলপাকি ॥ থাংপী তাউচেলনকে হায়এ ॥ লাইরেল মইতেংঙুপু হুএল লালতা-রকরো হায়করো হায়না । কেকে সানতাকতনা মোইরাং সানফোঙ-তনা ॥ লোননা হুএল লানপাউ চেনলপাতা । নিংথৌ য়োয়রেন তোমপোকপাতি হুএল লানতারকএ ॥ খুমুচম খুৎলঙলোয় । খোইনাইচম সনপোৎলোয় ॥ মোইরাং বুতোইচম য়াখংলোয় ॥ পাখং থাঙখোক চুমপনলোয় । মুরা তাউচেং কামহাই লোয়শিংনা থাংপী তাউচেননবপাতা ॥ মৈতেংঙু চাখা খোংচোমপা । নিংথৌ য়োয়রেন তোমপোকপানা ' থাংপী তাউয়ান মাঙনা হুএল লানতুরে ॥

কেক্কে সোংলেন অথৌপাপু ।। বুনপী থক্নং থীৎনা ব্রাগ্না তেনপা-নলপাকি ।। লাইচ য়ীপাক থকতা তানা নোংমনলে হায়তপারা ।। অতু নোংকিপু য়াইথিং কাপনা লম সোংলেন পানপা ব্রাই ।। নামপা চুঙশেনকোল ।। সোংলেন পানখোক পোক য়িহো হাঙবো তৌনা কৌএ ।। সোংলেন পানখোকপোকপু নাতৈননা ।। খৌরেল নিংথৌ চম্ম লোকলউ লুময়চুম সাফপী ।। লইমা নিংথি তরেংপী ।। লেম্ন-লই ভাতা কোনপু ঙমঙোলননা ।। ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইপা ।। অতোন তানতপা পূমনমানা ।। কেকে থারাম লায়রপা মচীঙ য়োন । নোংয়াই মঙাং হাওতংচানা ।। মসন পুঙপূ নারেং ভাউপাকি থালউ চীঙ ।। লোইমোম ফৌরক থোং সাকং পারেং চীঙ ।। থাঙঙা নোংলেন থোং ।। তিমেন ভায়াই চীঙ ।। অতোন সোইপাই তাইপঙচামপা মরমখৈ করাং চীঙতোমপোকতা ।। নোংয়াই থেনকাকে অতোন থেন-তমকে হায়পাকি ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন পূনসিপানা চিংনা । মতাইরেম অথৌ লীচা হেনপা অতোন থয়াঙ কোনতাই লোনপা পূমনমাকা ।। ব্রাকয়ে হিয়াম হোন । তোংচেং মরাঙ হউনা ।। মরান থৌচংলকপাপু ।। কেকে শীংচা ব্রাইকোয়পা ।। মোইরাং য়েনলাঙ থৌচংপাশিংনা মিৎয়েং সানখৈরপাকি ।। নয়ু কেকে লইমাপা ভাংঙোই পোংলেলনহপাতা ব্রাকংচখিএ ।। কেকে নিংথৌ ভাংঙোই লইমাপা য়িপুংঙো তাপিয়ো ।। নোংয়াই মনিল নাইপা খুমন তানতা-পাতি ।। নোংয়াই থেনতমকে করাং থেনকাকে হায়পাকি ।। ব্রাকয়ে খোঙব্রোইনা খুমু পানলোইনা ।। তোংচেং মরাঙ হউনা মরান থৌচং-লবএ হায়না ব্রাবংখোনকি ।। নয়ু নিংথৌ ভাংঙোই পোংলেল হান-পাতি ।। মপল পনথৌ নিংথৌ । য়ীব্রাং পূরিকলাই সাংতোম লই-নাউ তাপাপু ।। ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইপানা ।। থিংলউ পনচল নোংকি ।। বুনপী কচক হউ ।। পুকনিং মইচাক মখৈ থোইনা ।। পনথৌ মংসক তানকে ।। চেঙপুম মনৌতোন ।। লাংপল অব্রোন লুককুম পাপু লনসিংকে হায়না ভাইখমলিপী অইনে ।। মতাইরেম

কেকে খুৎলঙ চীংচাপী মোইরাং সনপোৎ হনচপী ॥ পোকপী মচম থিংকুম্ব ॥ অরোই মোংতা চম্ব ' য়ামপী মচন লৈরোং তাউপী ॥ হুইচীনলককি হুইয়া । লোয়নাই থাপথোং লানমিংনাইপু কায়না হুন-লপাতা ॥ লাইরেল মৈতেংঙন্না কেকে নম্বু মীপুমমাকা ॥ খুম্বু নউরোংমাকা পানা থীপাপু । খুমু নউরোংমানা থোইরপাকি ॥ মৈতেংঙন্ চাখা খোংচোমপানা ॥ থোইমা নারোলম্বংতা হুএল লান থিখিপাপু ॥ কারোং য়ুমলেনপম পিপা সেককুরেকপা নাউচা লেরা অতোনপা ॥ চরই ফিপাইরোয় খুমু নউখোমলোয় রাকয়ৈ হিসঙপা । কমপোং নারোল মুংতা সানথুপপাপু তানফংলুরে ॥ কারোঙ য়ুমলে-নপম পিপা লেরা অতোনপানা ॥ মানপি খুৎতপনা মুকম্বু লৈতোন কোলনা রাকংচরকএ ॥ লাইরেল মৈতেংঙন্ নোংপোক চাখা খোংচো-মপারো ॥ কেকে নিংথৌ নমান রন্না লাইচৌঙখু তেলহৈপানা ॥ মমোম লইমা য়োয়রেন তোমপোকপীপু লাইরেল নঙতোনতা কাওচনাকে হায়পাকিপু ॥ অহোঙ অতোন কইকন ॥ সাকং সনসেন নাউরোয় । অপক মমা ঙমলোইএ ॥ মৈতেংঙন্ নঙতি করিকি হুএল লানতা থুরকপানো হায়না রাকৎচপা রাকি ॥ লাইরেল মৈতেংঙন্না লুরক কাঙ-তোই থিপিতা । খৌনাউ লেনথোঙ ফেনপীত খিএ । কারোঙ য়ুমলেনপম পিপা ॥ সেককুরেকপা নাউচা লেরা অতোনপাতি । তাঙচ মরই তোলনা করম লাইশেংখিপানো ॥ অতু নোংকিপু হাওশেং পনতো-লয়ারো তৌনা কৌএ ॥ হাওশেং পনতোং য়াপু নাতৈননা ॥ কেকে সোংলেন অথৌপাকা অতোন য়াইথিং অয়মপাকা চায়না খোঙফৈলনা-ঙইতা ॥ কেকে সোংলেন অথৌপানা ॥ নোংয়াই তাংসকতা অতোন মীথাঙপাকি ॥ অতোন রাকয়ৈ মখুনেৎতা ॥ সম্বু খোঙনা হালনা চোংশিনখিরপাকি ॥ সম্বু মখুৎতোনপু লইনা তাকরে ॥ অতু নোংকিপু খুরোয়পা য়িয়াপাক ॥ খানলৈপা হানচিনকোলরো তৌনা কৌএ ॥ কেকে সোংলেন অথৌপাপু ॥ অতোন য়াইথিং অয়মপানা । লীরী থমোয় তিং লকা তেনমই লাকনা ॥ রায়রা তেনরায় ঙমলপাকি ।

কেকে লইপাক কোয়পা পুমনমাতা রাহোমখিএ ।। য়িতাইরেম কেকে খুনফাংথৌ মেইরাং নাইফাংথৌ অথৌ লীচা হেনপা ।। ঙাংঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা ।। পামপা কৈশকপা কৈরেল তেংথাপাশিং রো ।। ময়ুম নোংয়াই মনিল নাইপানা । কেকে য়িরমখৈ কারাং চাউতোমপোকতা ।। কতৌপাকি নোংয়াই থেনকারকপানো ।। নহান নোংকি পনথৌ পুরীকলাই ঙাংঙোই লইকোয় ঋমপানা । নোংয়াই লালকা মাঙপা নোংকিপু রাকাউতারিএ । লইকাই পুচালুক লাংপন অরোন লুক ।। সেনপী কপো তাইপোং লৌথোপা য়াইনা লুক ।। থোংনাং ময়াং মায়তেকপা মনা লুক । থাঙয়ি লুককা লেম ।। লোই মোম পাকা চোলনা ললশিংপা তুকুমপাপু ললশিংসে হায়না পাউমেন লপাতা ।। লানপোৎ লইনা শেৎ ।। সঙতীং লানলৈ থেম ।। কুমচীং লোনলৈ হুক । লোনথাঙ মঙাল নাই ।। সানম কুপতুম কুপনা । মতাইরেম অথৌ লীচা হেনপা পুমনমাকা ।। রাকয়ৈ খোঙরোইনা খুয় পানলোইননা হুএল লানতারকলে ।। নোংয়াই মনিল নাইপা অতোন তানাতপা পুমনমাকা ।। সোংলেল পানখোক পোকতা হুএল লানশোকনরে হায়তপারা ।। কেকে রায়র মতেনথাপু ।। চাঙ-শাং খোইরেল পাইকুম ।। রায়র নমকাপনরপাতা । নোংয়াই অথৌ লীচা হেনপা ।। থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনমাসুং । খোইমা মায় লাইতা য়ালচেং মনম মুকতা ।। কেফে মায়রোক য়া ।। নোংয়াই রায়র মতেন থাপু । নোংলেন মরাঙ হউকুমনা সোকনখিএ ।। তিমেন নম হুলননা থাঙলেন লাময়ালননা ।। শায়েঙ পামপোম তিং ।। সমু খোঙপু থীন । তনপা য়ারেন খোংখৈ চাক ।। নোংয়াই লই-নতনা কেকে হলনাতনা ।। পামপা অথৌপা অনিনা ।। সারেল সামুননপাকুম হুএল । লানশোকনরপাকি ।। নোংয়াই মরোং চইচেন য়ায় ।। কেকে থিংলউ য়াইতা হকনরপাতা ।। কেকে অমরক মরাঙ হউ ।। ঙাংঙোই মথি নাই ।। রাকয়ৈ হিয়াম হোলনা লেমলই ঙায়িনকুম য়িনশিনখিরপাকি । নোংয়াই মনিংথৌনা চিংনা ।। অতোন

থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনমাক্সং ।। কেকে মায়রোক য়াঙমতরুপাকি ।। তুরেল রায়খুপিচা তুকুমপাপু নীঙনা তেনা খোইমা মমায় রোনলপাকি ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপা সোংলেন লানথপাত্তি ।। পুরীকলাই মথি নাই য়ীরাং মরাঙ হউনা ।। নোংয়াই তুংয়িন তান ।। রাকয়ৈ হিমই পায়না । হিনাউ কোয়রেন থককি ।। খুমু নউচাউ সুপা খুমন কাকপাপু ।। পুরীকলাই থাঙলেন মথুংঙনা। লাইচ য়ীতা তানা য়ানথুরে হায়তপারা ।। অতু নোংকিপু য়াইথিং কাপনা লম খুরোয়পা য়ীয়া পাক ।। সোংলেন পানখোক পোকতা ।। খুমন কাকপা অথৌপাপু কায়না ছনপা ।। মপল পনথৌ য়ীরাং পুরীকলাই ঙাংঙোই লইকেংয় ফমপা ।। কেকে পোংলেন হনপনা নোংয়াই লালকা মাঙপা নোংকিপু মংসক খুংখুম ভালনা নোংয়াই মীয়াম সিনা। খুমন লালয়াম থাপা । পুরীকলাই সোংলেল লানথাপারো তৌনা কৌএ ।

নয়ু নিংথৌ সোংলেন লানথপা থয়াঙ মথৌ মল চুঙসেল মরাল রোনতি অতুনং মঙোমতো । হাওরৈ নোংপোক পাংপা লমতা ।। লমলেন ফেনচিকোপ ।। য়ঁকোপ লাইপন সোয়তা খৌসাপনে ।। মইঙেংঙু লোইনাই খুমোমপা । মমোম রাংঙমলোন চাখা খোংচোমপী ।। সেকমু অরোং ফাপীপু । সেনপী পেং নিংথৌ মুংখোম লইমাপানা ।। য়োইপু হৈনা মরুকন ।। পামেল রুরাই হকলপা রাকি । রাংঙমলোন চাখা খোংচোমপী । সেকমু অরোং ফাপীপু । লাংকোই স য়াঙ থকতা । লৈরেন লৈচউপু চেকলা তুফাং চিলনা মরাল লুহোঙ খোঙথোংলকপাতা । লমলেল মতায়না ।। অরাং সাচেপ লউমনলাং । থুমপী লইহউ চৌঙতা মীকপথিএ । সাচেপ লউমনলাং কৌপাতি কতৌনেংকিনো ।। মপল লীকলাপিচা পায়মা রুনকোয় রুংকি ।। খোইতোম অহনপাকা মানতোম অতোনপাকা ।। য়ারউ সা-নাপাঙা চাবমোম থামপী মইচেলনরে ।। সঙতিঙ মরা লুপু ঙৌচুম ঙৌনা চাকলে । অতু নোংকিপু লইহউরো তৌনা কৌএ ।। চাকমোম মথি নাই ।। খামপী মরাঙ হউপাপু কনঙমতরপাকি থুমনা

চাকলে থুমপীবো কৌএ ।। য়াইরউ সাম্বুং পামেল বকারোংপতা য়েপনা সিরমলে ।। সায়েপবো কৌপাপু পোইরই তাকা থিপা (পোইরইতা ফাথিপা) বাংওম হুইমন তানপানা সাচেপবো কৌএ ।। অবাং সাচেপ লউমনলাং থুমপী লইহউ চাওতা ।। বাংওমলোন চাখা খোংচোমপী সেকমু আরোং কাপীনা । লাংকোই সায়াঙ থকতা ।। হাউনা তোলকা চিং ।। লীপোপ খাঙতপ পায় । মপাম পোইরই মইতৈ পাংনা ।। সমূ খোঙপু থীলনা মীকপথিএ ।। লাইরেল য়িপা মইতেংঙু লোইনাই থুমোমপাবো ।। নমোম অইপু থুরায় লমথোঙ লান ।। বাংখৈ লমখা কেন ।। তুরেল খামপা লালনা কাওচনাকে হায়তে ।। সেনপী লোনথঙতপা কপো লোলতিননতাপাপু ।। করম য়াংকোইরো হায়পানো ।। নমোম অইপু লসি কোরউ মুমিৎতা বাংওম করম লইনা থাবো হায়পানো ।। হুইশা করস লইনা হেনগো হায়পানো ।। তনকি য়াংমলউপীনা সনা সেনপাক করম খোনলো হায়পানো ।। খোংপাল নউরা তেরো-খোংচাক পুঙং নাউখমপানা ।। চমলউ লাশুং করম কারো হায়পানো । সনলম মাঙপা লৈনা । সাপন কৈকোংয়াঙ কোংয়াৎ তয়াঙপাপু করম লোনলো হায়পানো ।। লউপুক খোংচাইনা সাপন লৈরি করম বোনশিপানো হায়না মীকপ পাপু ।। মতাইরেম লৈচোন অশেপা । চাউপা হোঙনেমহুমপানা তেরানলকএ ।। বাংওমলোন চাখা খোংচোমপী ।। সেকমু অরোং কাপীরো লাংকোই সায়াঙ থকতা ।। হাউনা তোলকা চিং ।। লীপোপ খাঙতপ পায়না হাকনলকানো । হয়েং সেনপী মপুঙয়াইতা ।। নপারী সাংলা নমোম হুইরপাতা ।। চীঙলেন নোংলাউ থি ।। মোংপা খুরূপ হউপা নোংতা ।। সেনপী চমুরা সমলাং পোপতেক লইপী ।। লুপা থাংকোয় থেৎনা হেনমোইপীশিংনা । নপল বাংওমলোন হাউনা তোলকা চিং ।। লীপোপ খাঙতপ পায়না হাকনপী মপ বীনিনা ।। চীঙলেন নোংলাউ থি মোংপা খুরূপ হউপাপু চইরৎপিতে হায়না ঙাইনোকনপীকানো ।। লীপোপ খাঙতপ পায়রবুনো হায়না ।। বাংলেন থউরইনা অশৈ থউসকনা তোইবাংথিএ ।। অঙৌপা হিথা থুমোমপানা মনচংলে ।।

ঙাংঙমলোন চাখা খোংচোমপী সেকয় অরোং ফাপীতি ।। কয়হৌ চেংথাই পুও ।। মোনথউ ময়াই লম ।। চোয়নৌ সনা পাচেঙ সনালীক থানা মনচংলে ।। সেনপী পোং নিংথৌ মুংখোং লইমাপাতা রাইথুংলুর-পাতা তাইপেং মনিল নাইপানা ।। মুংখোম লইমাপাপু পোং য়ুমথৈ য়ৌনা পনথেংলপাকি । কোরউ মুমিংমতি সনাপ াচেঙ সনা-লীকথানা । নোংতা লাইরেল পাখংপা য়'কা লৈপু । লৈ রেন লুথক চিন ।। নোং-নিং য়ায়তা লাংনা হুএল লালরোকনখিএ ।। কোরউ পুমিং মাতি কুমচিং লোললোয় হুক । লোনথাঙ মঙাল নাইনা ।। নমু পেংশক রোননা পোং ল'নলুমলে ।। কোরউ নুমিংম তি সঙতিং লানলৈ থেম । পুগ লানপোং মঙাল ন'ইন হুএন লানশোকনপা র'কি ।' তাইপোং লানথোঙ ক'য়রে । সেনপী পামঙলনরপাকি ।। তাইপোং মনিল নাইপানা ।। হয়েং লোইতাম থামা রোনলাপাতা ।। পোং লানসুম রাকিপু । রাতা থিরকলে । পোইরাই তমতা তা । রাংঙম তমতা কুমনা পনথেংকে হায়পাকি ঙএল লাল হউরকএ ।। সমশোক নাতেননা তরেং ঙাইরউ চাঁঙপু য়োরপাতা ।। লমলেন তরেং চাঁঙরো কৌপাতি কৈতেীনোংকিনো ।। নোংপোক হাওশম নুরাপী ।। হাওনু সামন নুনা ।। মামন মচা খুমন কাতেংখু সাকপাপু সাথিয়ে হায়না হুনলা-নখিএ ।। য়োইমায়াই ত.উঙনপাপু য়িম:ন মচা শাসি হায়না ।। লাইচ নমথৌ তরেং খিন ।। খুমলাং ময়োন শং ।। তাউচাং হইকা সোইনা পাউথেমপাপু ।। য়োয়মায়াই তাউতনপানা ।। য়োইপুনাই নোংপোক হাওসম নুরাপী ।। হ'ওনু সামন হুনঙতি । খানলই মীরউ মন লংমাই মীখুং ফানে । মাই কাতৌনাকো হায়না লাংকোই সামায় রেননা রাথনখিএ । হাওনু সামন নুনা ।। অইতি য়িপল য়িকাইএ য়িতু সেনকোয়এ । তাইপঙ নমু পোংপু রোইঙমলমোইএ ।। মোমনু তাঙচ লুরেল তোনপু মালেম লইতা তুনারকে ।। য়োয়মায়াই তাউত-নপানা মোমনু ফৈরা তানপু নথকতা লালনামুনো ।। নুমিং মঙাল অরাপাপু । থংলেল রানুংশিকুমপাপু ।। লই থাননা লউকে হায়না ।

তাঙচা লুরেল তোনপু মালেম লইভা য়ুংনা নোংমনখিএ ৷ তাঙচ মসম তোলনা পামেল রুরা রোইখিএ ৷৷ সমু মহকশাংনা পামেল রুথুম ঙারাউপী তলা করোঙপীপু সালবোনখিএ ৷৷ অতু নোংকিপু তরেং নমথউ চাঙবো তৌনা কৌএ ৷ লউহোন চাইচি মীরউফম ৷ সাপন লৈরি মীহেপ থাক ৷ কোমপী মীচিন মননা ৷ খোইয়ম লাইরোইপা লম ৷৷ তরেং নমথউ চাঙপূ নাতৈনরকএ হায়পাপু ৷৷ লাইরেল মইতেংঙু লোইনাই খুমোমপনা নাতারপকী ৷ মতাইরেম মপল কাইরেংপাস লিনকোয়কি ৷৷ খুরায় নহা বাইরংপাকা ৷৷ মপনলোল লইকাই সেনখুম য়ুরান মাইরীকপীচা ৷ লাংকোই সিয়া লুকনা হনফু লাউপীচা ৷৷ রাংথৈ ফৈতেং লেংপা রাইপামপাকা ৷ মপনলোন তোংচেং থরান কাপীচা ৷৷ থমলাং মোইচা ঙমপা অথৌপাকা মখোয় অহুমমাতি ৷৷ মাকল য়ীরাল ঙমতরে ৷৷ লান-ফম খুংগু হাঙলে ৷৷ থাঙলেন খুংগু তামলপাকি ৷৷ সেনপী মীয়াম কোয়না নম্ব চঙনা ফারে ৷৷ সধু তুংতা লই ৷৷ পারই নানকা সা ৷ সমলাং তারইননা থউরী ঙককোয় হুক ৷৷ মংসা লমলেন য়িননা য়াং-লউ লম চিংনরকলে ৷৷ মংসা লমনুংশি কৌপাতি কৈতেৌনোংকিনো ৷৷ চাঙখেণ্ড পোইরইতোলনা মস নৌ কপো পোইরাইতোলনপু ৷৷ খোম-লেন মঙলানচাতা মঙনরমএ ৷ অতু নোংকিপু মংসারো তৌনা কৌএ ৷ মংসা লমনুংশিতা তমপা মখোয় অহুমমাপু ৷ তেকপী রোকস্থম সা ৷ লাংলেন চেপখোই থানা থমলিউই ৷ পামেল লীকনুং তেকপী রোক-স্থমনুংতো পাউমেলনখিএ ৷৷ পাথৌশিংবো লাইরেল মইতেংঙু লোই-নাই খুমোমপাতি হুএল করি লানতারবপানো ৷৷ পাথৌ অইখোয় অহুমমাপু ৷ লাংপল কারোঙ খুংথুমপীরেঙ হায়পরা ৷ চাঙপূ নোংপূ সাংনা হায়খিএ ৷৷ অতু নোংকিপু সেনপা লমতাং সাংরো তৌনা কৌএ ৷৷ পাথৌ য়িখোয় অহুমমাতি ৷৷ লৈরাং অতিংঙাপূ রোইরে পুমনা হাঙলে ৷৷ অতু নোংকিপু তুহাং লমনুংশিবো তৌনা কৌএ ৷৷ তমপা অথৌ লীগা হেনপা অহুমমানা ৷৷ তেকপী রোক-

ঙমনুংকি সেনপী তরা চামই লাংনা ।। নম্ব সী চৌকপাতা চোংথো কলকলে ।। পামেল কাওতেল লুরোয় হনা ।। কপো নম্ব মীপুম অমকা পানা নেংমনলে হায়তপারা ॥ সেনপী তাইপোং মনিল নাইনা বায়রং লমশাং য়িলনা ।। লাংপল য়ৌকা ভাকুম হুএল লালকারকএ ।। সেনপী তুম্ব লোকচাউ য়ীপু কালনা চোং ।। তাবাউ লউচীঙ কৈবো কৌপতি কৈতৌনোংকিনো ।। চীঙখোঙ পোইরইতোলনা লোইপী সিতপা হেমপা নাতপাপু খুংথিরকপাতা চকপা অঙকো কিশি লাই ।। য়াওঙ খুনতোল লাই । হইরাঙ অশং লাই । তাইচীং অয়ুন লাইপু লাইকরপাকি । অকম অথম হউনা হইকায় নোংথম চনলপাকি চীঙখোঙ পোইরইতোলনা মথতাঙকা মথুকলুকা নমমননা ঙইরাং মীকনা খ লেমএ ।। অতু নোংবিপু লোইপী হাওরাউ ৭ তারাউ লউচীংথৈবো তৌনা কৌএ ।। তারাউ লউচীঙথৈপু কৈনা তুপংকলে ।। হইরেম বিরি চীঙ খুনচান লানলুম থেলপু নাতেননা । নোংপোক লউসেং লাই ।। সেংরাই য়ীনম সেংবো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ।। লইমুং খোমফাং অতোনপাবা মতৈ লইখা লাইনাউ তাপীকা ।। পোইরই সিভপা রাংঙম নাতপাপু খুনথিবকপাতা । লইমা লাইনাউ তাপীতি লোকলেন নমথুমগ্নী সবা পনথল য়ী । মুরা কানক খোয়তোন য়ীপু হউরকলপাকি ॥ লইমা লাইনাউ তাপীনা । লাইচ য়ীরীক লাইশেং থৌইপানা মনম মথা চাইনা সেংলমএ ।। অতু নোংকিপু নোংপোক লউসেংবাই ।। সেংবাই য়িনম সেংবো তৌনা কৌএ ।। কাওরেল রোনথ চীঙ ।। মুবুম সনলাউ মচীঙলেন ।। লেরা রোনপাই চীঙ ।। সমচেৎ তোনান চীঙ । মুরা খোমলেন চীঙ ।। কাকথৈ লুময়েং চীঙবো কৌপাতি কৈতৌ নোংকিনো ।। হইরেম কাওরেল সনশেনপা ।। মুয়ুম সনলাউ কৌপানা কারউ নোংচা খুতিংকি ৭ কাওরেল মিংথা লাউনা মানপী সনখোমলকএ ।। অতু নোংকিপু মুয়ুম সনলাউপা মচীঙ লেনবো তৌনা কৌএ ।। হইরেম বনুরা অঙেংপী ।। লেরা রোনপাই কৌপীকা ।। তয়ম মাকি নাইরোয়তোনকা ।। খুকা

য়াংসমচেৎনা তাঙচ সমকা বালনা থানলই লইতারকপাপু । খুনপী কাপথ কৈনা মুরা থৌকলেন মথানুংতা ।। কাকচৈ চীনকোয় চঙনা চীকলপাপু ।। মোমমু থরায় মিরেল পাই ।। পলেম মিংথা লাউনা তাঙচ ঙাইখঙনরপাতা ।। তয়ম মাকি নাইরোয়তোলনা ।। কোঙয়াং বাকথৌ অথৌপানা ।। খুনপী কাপথকৈপু খে থোকপাতা ।। মুরা থীকলেন মথানুংতা ।। খোমলাং পিশিম তোলপু মালেম লইতা তানা লেনথরে । অতু নোংকিপু মুরা খোমলেল চীঙরো তৌনা কৌএ ।। তয়ম মাকি নাইরোয়তোনতি করম পঙপানো ।। তুথু নোংকিপু মনাই নাইপঙ চীঙ । কাকফৈ লুময়েং চীঙ ।। সমচেৎতোনাল চীঙরো তৌনা কৌএ ।। সেনপী ঙাইপোং মনিল নাইপাতি ।। লেরা রেনপাই চীঙপু কৈনা সম ।। হুইরেম মচি শোয় ।। খুনচান মনাও শোয়পু কালনা চোংনা ।। লমলেন হুইরেম মরকশি ।। কোনয়া থো- ইতিংপানরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ।। নোংয়াই খুনন নিংথৌ পুনসিপা য়ুমোইপাকা ।। মশানৌ লোইয়ামপাকা য়ারউ সানাপাতা । নোংয়াই লোইয়ামপাতি । তালোয় মথোই নাই ।। লুমলেন মহোং য়ানপানিনা ।। তালোয় থামপন রাকি তরা চায়োশলকতরে ।। হুইরেম নোংয়াই মপামচানা তরা চায়োম থোকপাতা ।। অতোন ময়েনলু নোংয়াই মপা পু তাঙচমাপু য়িকাইখিএ ।। নোংয়াইনা তেংথানাপাতি পাৎপু কোনরো পাৎপানপু য়ারো কৌএ ।। কোনয়া অচনপাতা হুপশং নমঙাননা সেংকোয়খিএ ।। নোংয়াই লোইয়মপাতি তরা চাপুক লাম ।। রনপী চফম হোপ ।। পায়মা খোমনীং তিংলপাকি মরক রোননা শিরে ।। অতু নোংকিপু হুইরেম মরকশি কোনয়া থোইতিং পালরো কৌএ ।। লমলেন হুইরেম । লউথমলান । থমলান লমনুংশিবো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ।। হুইরেম অরাই য়েনপুম নিংথৌ চম্বকা । নোং- য়াই খৌনাউ পুরশা ।। অতোন ঙাইখোমপা ।। সরীক তাউফাপা চম্বকা ।। খোয়নৌ মতা অনিমানা ।। লেমলই ঙাতানপাতা পাউ- মেননখিএ ।। খোয়নৌ য়িতা হুইরেম অরাই তংলউ য়েনপুম নিংথৌ

চম্বুবো ।। নওতি লেমলৈ করিকুমপা ঙাপু হৈপানো ।। হায়না পাউহংপাপু ।। হে খোয়নৌ য়িতাবো নখোয়নৌ অইতৈ ৱাংমুলোন সমফাপী ।। লইতাঙ কাওপী মন ।। সমলাংপা পাৱই লেমলই লাকনা চিংলপন্তি অনি অহুম লকপা ঙা ।। সমলাংপা পাৱই ঙাচিং চিংলোয় নাইপু হৈএ ।। খোয়নৌ য়িতা নওতি করি ঙাপু কাপানে হায়না পাউহংপাপু । খোয়নৌ য়িতাবো অইতি ঙাতেন মইরোঙ তেনলোং সমফাপীপু হৈএ হায়না পাউখুমলপাতা ।। হাইরেম অরাই সংলউ য়েনপুম নিংখৌ চম্বুনা ।। খোয়নৌ য়িতাবো । য়িপম হুইরেমনা তেং-থানা ।। য়িতু খুনচালনা মিকৌনা ।। থমশ্লাপু থমবো কৌএ ।। ঙাচিং চিংলোয়নাই অসিপু । থমলা লাকোং থং চমলউ লাকা য়োমনা ।। নপল নোংয়াই খৌনাউ থুমপা । নতু ঙাইখোমপা সরীক ভাউফাপাতা । লমবোকনব্বো হায়না লানচখিএ নোংয়াই থুমপা চম্বুনা ।। হে খোয়নৌ য়িতাবো ।। য়িপাম নোংয়াই তেংথানা য়িতু খুমননা মিকৌনপাতি । থামলাপু লাইরাবো কৌএ ।। ঙাতেন তেনমইলোঙ অসিপু ।। লাইরা লাকোং থং ।। চমলউ লাকা য়োমনা ।। নপল অরাইতা নখু সংলউ য়েনপুনতা লমবোকনব্বো হায়না লানচখিএ । অতু নেংকিপু হুইরেম লউথম লান খমলান লমনুংশিবো কৌএ ।।

লমলেম হুইরেম লউথম লান ।। থমলান লমনুংশিপু ।। সেনপী মনিল নাইপানা কৈনা সমলকলে ।। মহা য়িমাক চুমপঙ লমনামুং ।। হমেঙ খেনচি চৌঙপু কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ।। খায়োইরোল ভাউ-থোং কাইপী চচু ।। লীকলা পিশিল মোমপী ।। মমান কাংপী লৈকম চেংপী । পনখৌ মপাপু সৈবোনপীনা । কোঙয়াং ৱাতারি তারি লেংপা মৱা খঙ । বোইতা পায়পা মৱা বোই ।। লাইরেল মইতেংঙ্ কপো-মপা নাউথেম ৱাকপু । লাংপল খোইরা মচীনখুনকুম ।। চকমোম থামপী মইখোঙ নিপাল হুৎনা ।। খুংপী থংকা য়ই খুংনাউ থংনা খৎনা মমান মচা চকপা মহালেংপা সমু পাংশোয় নীকপা ।। পাখঙ লুনিয়াচা খুকলু হংমা তোমপা ।। সমু পাংশোয় নীকপানা ।। চরই কাঙথল

মুংতা খোনলোন রাকি ।। খায়োইরোল তাউথোং কাইপা চন্না ।। মপল সানতাকতা মতু সানফোংতনা ।। সাংলেন সেৎথনা লৈরাং থাইথনরে ।। লোকহুম হুমমোইপী মারান বোন ।। য়াইপী লইমা কাংতাউ ।। তরা মবা রোইনা ।। মালং মথি নাই ।। খমকোন মরাঙ হটনা ।। চরই কাঙখল হুমথোকলপাকি ।। চকপা মহারেংপাপু চেংলউ মিংথৌৎলে ।। খায়োইরোল তাউথোং কাইপীন্না পাইমেনলকলে ।। চকপা মহারেংপা পাখঙ পুনিয়াচা অসিপু ।। খুকলু হংমা তোমতপা ।। পাখঙ সংকাই য়াইনম সোইতপা খাচিকএ ।। য়িপস পনথৌ নিংথৌ চাঁউখোঙ থোংকেরাইপানা ।। নিংথৌ ফানতেক সোকলাইপাতা কাও-চনকে হায়পাপু ।। সমু খোঙপু থীলনা বাকনলুরে ।। অইতি য়িপন য়িকাইএ ।। য়িতু সেনকোইএ ।। তাইপঙ নম্ পোংপু বোইঙমলরোইএ ।। তুমনী য়িরাংকোল লাইরেল লেমপা লইতা নোংমনলকে হায়না য়িনতা-নখিপাপু ।। চকপা মহারে পা খুকলু হংমা তোমপানা ।। কোঙয়াং চইগু পানলোইননা ।। মোমন্ মনেম মচাপু হাললা তানলকলে ।। অতু নোংকিপু মহা য়িমাঙ্গবো তোৌশা কৌএ । খায়োইরোল তাউথোং কাইপী চাগতি ।। ময়ুম লোইপী মারেমনা । হামেঙপু খেনবো থুমপু মচিরো কৌএ । হামেঙ খেননা থুম মচি চারে । অতু নোংকিপু হামেঙ খেনচি চাঁঙরো তৌনা কৌএ । নোংপোক মহা য়িমাঙ্গ হুমেঙ খেনচি চাঁঙ ।। চুমপঙ লমমা হনশু ফেননা সমনা ।। লমলেন ফেনচিকোপ য়ি-কোপ লাইপন সোয়তা ।। সেনপী ভাইপোং মনিল নাইপনা ।। চানা তেংকোল তরেৎ লিংলরে হায়তপারা ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন পুনিসিপা । পুয়াম য়ুমলেনপা তিনপল লানথপা লেমলৈ নিংথৌ হাইহৈপনা ।। নোংয়াই মাকি য়োয়কংলা ।। কংলা তোংনা য়াইতা ফমফমখিএ ।। নোংয়াই খাথ তিন অতোন লা-ইথ থনপা পুমনামাতা রাহোমখিএ ।। য়িতাইরেম নোংয়াই অথৌ লৌচা হেনপা অতোন থায়ঙ কোনভাই লোনপাশিংরো ।। ময়ুম সেনপী মনিল নাইপনা ।। চানা তেংকোল তরেৎ সুনা ।।

হুএল লানতারকপা অসিপু ।। হুএল লানথোঙ অকমপা রায়রা সাথোঙ অচাউপা মহাকনে ।। থোইমা নখোইনা নমায় লই ।। য়াম্‌চেং ননম মককানো । সেনপী খমথেংনা থাঙলেন খুংনা ফংনা য়াননসে হায়না । মোইরাং থোইয়া নামোই সন ।। থাকরা রাইচাপা তেকপী সুপলেন পনথাকি ।। সংলউ মানলেন ভুপখাইফপা ।। মরাম খুনঙম রোক ।। কাপুং মিংনাইপা ফানা শোক ।। হাওরা মনাও খেনতাউরিপা ।। হাওরা খেনথুংতপা অয়মপা হেশথোক য়েন ।। অথৌ হেশচীন য়েনপু ।। সারোঙ তনথানা সারেল তাংকম য়াতা চীক । হাওমন শিংপাক সায় ।। রাংলই খাংথাও খোমপু । খোমলাং চেপনা য়েং । নো য়াই মথি নাই । অতোন মরাও হউনা রাশকনথিএ ।। মতাইরেম নোংয়াই খাথ লাইথ অথৌ মচি চাউপা লাংপোক ঙমপানা ।। হুএল লালকা চিংনা ।। নোংয়াই হুইথৌ খোংতেন পুমনা হউনা ।। কাওরেল সনখৌপী সনথৌপা ফানা খোং ।। তোনপী খুনঙম খোংতা নোংয়াই তেংলোল লিংলে । সেনপী মনোংমইপু কোরউ তমনেং খোংকুম । রায়রা মভেনচাপু নোংলেন মরাও হউকুম । হুএল লানসোকনপাপু ।। সেনপী চেলনতা নোংয়াই চায়নতনা ।। কোরউ নুমিৎ তরেৎনি হুনা । হুএল লালঙনতনা শোকনপাতা ।। তমফা রাংঙমলোন পানপা ফাপী নোংয়াই খুমন লইমাকা ।। নহা নুপী হাওনুহনপা পুমনমাম । নোংয়াই তকনা অতোন লালক্ষেননরপাকি । মশাপী নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন পুনসিপাতা পাউমেনথিএ । লাইরেল য়িপা মইতেংঙু লোইনাই খুমোমপাপু ।। হুএল লালনেকপুসে হায়না য়াহৌনবকলপাকি ।। মসাপী নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন পুনসিপানা পাউথুমলকলে ।। তৌয়িকিতি সানৌ তমফা রাংঙমলোনবো ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ ।। ঙাংঙোই লইকোয় ফমপা সোংলেন লানথপাসুং নোংয়াই য়িঙা ইরেলনে ।। হুএল লালনেকপে হায়না রাতানারে ।। তমফা রাংঙমলোনা রাহোমলকএ ।। য়িঙাইরেম খুমন চুমপারেংপা ।। মমা অকোং

ফৈতেকপীচা ।। লোইপী তরাউ লমপুপা নঙপু লাউবো ।। নঙতি থাঙয়ি বুথুম থুমপীগা অয়াঙপা ।। লামপাচা থিংলাইতোন ।। লইতাও কে নখম অসৈপা ।। হুপসিং নোংতম খোংপা থাংচ ঙাইখোং খোংবোন চেক ।। থাঙয়ি বুথুম থুমপী ।। চা অসিপু ।। লাইরা পামিং লউনা ।। পোনচেং লাইচম থনলো ।। নোংপাল নাউখোং চামপা চানকোন চেককি ।। সবা নমলোয় থিংনা পানপা লৈ ।। লাইচ য়িবাই তাপা ।। লইতাং সেককুরেক অঙৌপাপু ।। রাকলেন তাংমা মুংতা পিসিল খোমহুক লৈনা ।। লাইরেল য়িপা মৈতেংঙুতো লমবোকনঙরো । নমোম তমফা বাংঙমলোন ।। নোংয়াই অথাপপা খুমন অতামপাতা ক'ওচনাপিনা ।। মমায় লাইনা পাংনা পাউমেনচরকএ । লমলেন য়িকোপ লাইপন সোয়তা । ঙাইপোং মনিল নাইপানা ।। চানা তেংকোল তরেং সানা লিংলপাকি ।। কোয়ও মুমিং তরে শনা হুএল লানসোকনপাপু ।। সেনপী মায়রোক য়াপা ঙমতনা । নোংয়াই য়ুমখৈ য়ৌ ।। হুইথৌ য়ুময়া হেপকে তৌকুমলকলপাকি ।। অতোন লালফেননরে ।। নোংয়াই মচেং অমনা থাংপী খোঙকন লালনা । কপুই লমসম খুনপি ।। লোনলাং থাংচ ঙাইখোং রোইকে হায়না রাতানারে খুমন মচেং অমনা ।। লোকখা হওখা রোইকে হায়নরে ।। অতোন মচেং অমনা লোকতাক ছাওতাক লালনা থারম মনুং রোইকে হায়নরে ।। য়িসাপি নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোন পুনসিপাপু ।। হনুমানলৈ বা ।। নোংয়াই য়িরেং চনলে ।। নমোম রাংঙমলোন য়িহাক থকতা ।। নোংয়াই নাতা থেং ।। অতোন শীংতা পকনা ।। নোংয়াই করম য়িপুঙ কায়সিপানো ।। লাইরেল য়িপা মৈতেংঙুপু ।। হুএল লানলুমপিরাউরো হায়না পাউমেনলুরো ।। নোংয়াই খুমন লইমা থৌসিনখোনকি ।। মমা অখোং ফৈথেকপীচা ।। লোইপী তরাউ লমপুপানা ।। লাইরেল মৈতেংঙু কৌপা খুমোমপা সানা মখোঙ থাতা । মমোম তমফা রাংঙমলোন ।। সমু মেনলোং মখুৎথোন ।। থাঙয়ি বুথুম থুমপীচাকা ।। লইতাও সেককুরেক অঙৌপাকাপু কৎনা ।। নোংয়াই

হুএল লাললেকপা ৱপু । মানপী খুংতপনা মুকম লৈতোল কোংলনা ৱাবংচরপাতা ।। লাইরেল মৈতেংঙ্না । তয়ম লোইপী তারাউ লমপুপাৱো । নোংয়াই নিংথৌ অতোন পুনসিপাকা । য়িমোম তমক্সা ৱাংঙমলোনকাতা পাউমেনলুরো ।। লাইরেল নপা মৈতেংঙ, অইঙ্গং ।। পোইরৈ খুনচা হই ।। তয়ম নাইচা হপনা হুএল লানতারককে হায়না পাউমেনলপাকি ।। লোইপী তারাউ লমপুপাতি ।। থিংলউ নীঙনা তেনা হলবাইবকাল হায়তপারা ।। নোংয়াই খুমন তমক্সা ৱাংঙমলোংলনা ।। য়িতাইরেম ঙানপা হাওরু কোইচা নঙতি ।। নোংযাই তালমপম মশেন চাপু ।। শেনচাউ নমতা পোনা ।। কেকে চাউপা পুঙকি। ঙাংঙোই লইমাপা সোংলেন লানথপাবা । মশানৌ ৱাংঙমলোন কেকে মোইরাং লইমা হাওথৈ চানথপাকাতা হুএল লালনেকলুরো ।। সেনপী মনিল নাইপানা ।। য়িকোপ লাইপন সোযতা ।। চানা তেংকোল তরেং হুনা পনথেংলপাকি ।। সেনপী চাযনতা নোংয়াই চেলনতনা সোকনপাপু । নোংযাই যুমযা হেপ ।। হুইথৌ যুমথৈ কংকে তৌকুমলকলে ।। নোংযাই ঙাইনুংশাং কেকে ঙাইরেনতানা হুএল লানলুমপিবাউরো । তমপা ৱাংঙমলোল নঙমুঙ না-বা খোয়থাউমা ।। ইমু শীয়োম লাকি লমহৈউখিননরৱপানে ।. সাপী ৱাংঙম য়িহক থকতা ।। কোনলোই মিংলেন থিনা ।। নোংয়াই লমতা লইখোঙ কাযসিপানো ।। হুএল লানলুমপিবাউরো হায়না থৌশীনখিএ ।। মতাইরেম ঙানপা হাওরু কোইচামু । নোংয়াই তারমপম মশেনচাপু কংনা তমক্সা মশাপীকি কোনলোই মপাউমেনপু ৱাকংলুরপীতা । কেকে পুবীবল্লাই সোংলেন লানথপানা পাউমেনলকএ । তয়ম ঙানপা হাওরু কোইচারো ।। নোংয়াই ননিংথৌ অতোন পুনসিপাতা পাউমেনলুরো ।। নোংয়াই সেনলইপাক অতোন পাইরইপাকনে ।। হুএল লালহউরককে হায়না থৌশীথোকখিএ হায়তপারা । লাইরেল মৈতেংঙ, লোইপী চীঙসোং ঙমপাহং ।। মযোম তমক্সা ৱাংঙমলোন কোনলোই মপাউমেনপ ।। পোইরাই খুনচা হউ ।। তয়ম নাইচা হপনা হুএল

লান্নতান্নকলে ।। য়োইপু য়ীরোঙ লইমা খামপী ঙমপী লাইচ মহি থেন ।। খৌপাল হুপশীং হুপয়া-লোংতা ।। পোইরই তেংকোল লিংলে ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ সোংলেন লানথপাগী মতাইরেম অথৌ লীচা হেনপা । থয়াঙ কোনতাই লোনপাশিংকা হুএন লালহৌ-উরকলে । লমলেন মতায়মা নোংয়াই লউরেমপা অতোন ফৌকাকচাউতা কেকে তেংকোল লিংলে । ঙানপা হাওক কোইচানা ।। হুএন লালনেক রাপু নোংয়াই মনিংথৌতা মানপি থুংতপননা রাবৎচখিএ । কেকে ঙাই-নহুং নোংয়াই লউরেনপা অতোন ফৌকাকচাউতা কেকে তেংকোল লিংহৌ-উরে হায়না বাকংলপাতা ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ পুনসিপা হুএন মরাল খোঙতি । লানশোক মায়রোক য়া ।। লালকম চপুক থায়না হুএন লানশোকনখিএ । লাইরেল মৈতেংঙু লোইনাই খুমোমপাহং হাবরে নোংপোক পাংপা লম ।। লমলেনে ফেনচিবোপরিকোপ লাইপন সোয়রা লালফম নীঙতা খোপথরকএ ।। পোইরই তেনলতা রাংউম খোঙকম লইনতানা হুএন লালনসোকনখিএ ।। চুঙলেন থাকুপ হউ । খংনঙ লইতঙ লেং ।। থাঙলেন খুনা ফংনা য়ানলরে ।। পোইরই মরাল খোঙতা । তমপা অথৌ লীচা হেনওা পুনসি অকোংয়পু নোংমনলে । কেকে মানিল নাইপাহং ।। হাইরেম মরক শি ।। কোনয়া থোই-তিংপানপু নাতৈননা ।। কেকে মনিল নাই । মোইরাং মরাঙ হউনা য়িনচিনলকলে ।। সেনপী মায়বোক য়া ।। তাইপোং থাফংননা কেকে রায়র মতেনপাপু ।। লাংপল খোইপাই তমনা ।। চুঙলেন থাকুপ হাউ ।। খংনঙ লইতঙ ফেন ।। থাঙলেন খেরাং থাংনা শোকনর-পাকি ।। সেনপী মীয়াম শিরে ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ সোংলেন লানথপা ভাংঙোই মরাল খোঙতা । কেকে অথৌ লীচা হেনপা ।। ভাংঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা ।। খোএমা মমায় রোনতা য়ামচেং মনম থুকতপা ।। থাপী তেংমায় থিনপা ।। হয় পনমা নাউপু নোংমনলে ।। নোংয়াই মনিল নাইপাহং ।। অতোম মরাঙ হউনা । তমপা শয়েঙ পামংথাম তিং ।। য়ারেন খোংথৈ চৌক ।। তিমেল

মরাঙ হুউ ।। থাঙলেন খেরাং থাংনা শোক্করপাকি । নোংয়াই মরান থোঙতা ।। মচি চাউপা লাংপোক ঙমপা খোইমা মমায় ৱোন-তপাপু নোংমনলে ।। সেনপী তাইপোং মনিল নাইপপু ।। পোইরই মৈতেংঙু লোইনাই খুমোমপা মতাইরেম পোইরই অথৌ লীচা হেমপা পুমনমকা ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ সোংলেন লানথপা মতাইরেম ।। ঙাংঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনমাকা ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অতোনলইমাপা মতাইরেম ।। অথৌ লীচা হেনপা পুমনমকা ।। পামপা কৈচেং লাং কৈরেল বুপিসা । কিয়াং সাথৌ কুমপা মরান থোংঙকাংঙনা । কাকলেন সাহুমনপা ।। ৱোকলেন লাপা চিরাই সোইতা ।। লাইরেল লাপা সচীক য়োনতপাশিংনা ।। তমপাকংক হুউ ।। য়ারেল থোংথৈ চীক ।। লানপুক মথি নাই । খোইমা মমায় ৱোনতনা ।। সেনপী খমথেংননা সোকনরপাকি ।। তাইপোং মনিল নাইপাতি ।। খোইমা মায়ৱোক য়াঙমঙনা লাংকোই সামায় ৱোনলে ।। নিংথৌ অহুমমানা থিংলউ তুকুমপাপু পনচলপাকি ।। হুএল লানথোঙ কায়না তাইপোং লানকা কায়রে ।। সেনপী সমু লেংতোনপু শীঙপী থেলোন পৈকুমলে । সেনপী তাঙচ লুরেলতোন লেমচেং মইরা মুংলপাপু ।। লানলু পোং-লেন হানঙমতরে ।। তাইপোং নাইফা নীক । সেনপী সিকানকিনা চানা খোথেকমন । য়িনা পামকৌপাকুম হুএস লালয়াম শিরে ।। হুএল লালনিকিতি সেনপী তাইপোং লানচিংপা ।। লাংকোই শামু তোংপা চোয়নৌ সনা কোনমিংনপা । কপো লাংথম কৌপাকা ।। সেনপী কপো তাউপা পামিংনপা ।। কপো অাপু তাউপা পুমিংনপা । চাংথরং চংনিং শিপা পোনখরা লায়রপা সনা চীনপান থোংনা চাসা-য়পা ।। লুপা চীনপান থোংনা লীয়োংপাপু কায়না হুনলে ।। লাংকোই মথুনেং শামু মারামপামুং লোকলকএ ।। লাংকোই সায়াঙ থককি ।। তিমেন মথুংমুমুং তারোয়ে তাতাপুঙৱো তৌনা কৌএ ।। সেনপী পোনখরা লায়রপামুং ফানা সোয় লমলেল লায়রপুঙনে ।। থোংলেন মতাইমাতি ।। থাঙলেন য়িঙাং তইপাপু লাইচ য়িতা চামএ ।। অতু

নোংকিপু লমলেন থাঙচাম পা বো তৌনা কৌএ ।। সেনপী তাঙচ লুরেলতোন ।। লানলু মিরেল থীঙতমপাপু ।। লময়ই পুঙমা থোন লমএ ।। অতু নোংকিপু সেনপী কপো পুঙবো তৌনা কৌএ ।। লাইরেল মৈতেংঙু কৌপা মীরোমপাকা ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ সোংলেন লানথপাকা ।। নোংয়াই খুমন নিংথৌ তনতু লানথপাকা ।। নিংথৌ অহুমমাতি তাইপোং লালকা মাঙলমলশাকা ।। থিংলউ নীঙমা তেনা । নোংয়াই লইকোয় পুঙতা রাইখুংলরে ।। লাইরেল মৈতেংঙুনা নোং-য়াই সেনলইপাক ।। অতোন পাইরইপাকপু নোংয়াই শীঙতা পক ।। অতোন নাঙা থেংকরোইএ হায়না নোংয়াই লইকোয় পুঙতা ।। চাক-মোম থামপী মইকা খুনা ।। নেংয়াই শীঙচারককিপু খোমচিনলমএ । অতোন ঙাচারককিপু পৈশিনলমএ হায়পাকিপু ।। লাইরেল কোলোই মমিং থোংপু মীরোমপাবো তৌনা কৌএ ।। নোংয়াই খোমচিনপা অতোন পৈশিনপা ।। মৈতেংঙু লোইনাই খুমোমপাবো তৌনা কৌএ । মোইরাং নিংথৌ সোংলেন লানথপাইং ।। নোংয়াই য়ুমলক চঙনা হুএল লানলুম থৌপা ।। অতোন লককি লোইচা ঙমপাবো তৌনা কৌএ ।

কেকে মোইরাং নিংথৌ সোংলেন লানথপা ।। অতোন লককি লোইচা ঙমপা ।। লমলেন কেনচিবোপতা থৌশাপা ।। সেনপী লাংথম লানথৌয়াঙপু কাইনা হুনপাতি । মতাইরেম অথৌ লীচা হেনপা পুমনমাপু ঙাইরোয়ননা ।। মৈরাং মচী হেন পুরীকলাই মরাই লাংনা বোনতেরকলে ।। রাকয়ে মথি নাই তোংচেং মরাঙ হুটনা কেকে মপুঙ য়াইতা রাইখুংলরে হায়তপারা ।। নয়ু নিংথৌ নোংয়াই য়ুমলক চঙনা হুএল লানলুম থৌপা ।। অতোন লককি লোইচা ঙমপা । থয়াঙ মথৌমল চুঙসেন মরাল বোন ।। হুএল মরাল হইতি অতুমুং মতোমতে । হাওরৈ নোংপোক পাংপা লমতা থৌসাপানে ।। য়োইময়াই তাউতনপা তাউরোয়নাই অঙানপানা । খুরাই মুংচেংপম নাইচা য়েকমা হাঙ-তংলা ।। নম পোংঙালাচা অতনপাকি রায়র মতেন চাপু সোংকিপা-রাকি ।। মালেম লইথামুং তুপি ময়াকম লাইরেল মকোলমুংতা শানথুপ

খিপাপু ।। তমফা বাংঙমলোন অঙানপা হেলোয় চঙপীনা ।। নিংথৌ পোংপা তরামাতা বাহোমখিএ ।। নিংথৌ পোংপা তরামাবো নঙখোয়তি সংলউ থৌরাঙবো ।। য়েনলাঙ ঙমতমবো ।। থোমশাপানা থোমশাবো ।। লাংসাপানা লাংশাবো ।। পাকি পারম তাপা ।। পাখং অতেংপা নঙখোয়তি ।। পাথোম মঙা থোমবো ।। মুকি মুরম তাপী মুরা অতেংপী নঙখোয়তি পাথোম নিপাল থোমবো ।। মালেম লইপী খোংবাই তরেং শেমবো ।। য়িপন লাইরেল তাউরোয়নাইপু ।। তমফা অই পাউথেমলুকে হায়না পাউমেনলপাতা ।। নিংথৌ পোংপা তরামানা ।। অঙানপা সনা খোমমাতোনকিতমকপু ।। সংলৌ থৌরাংপা য়েনলাঙ ঙমলোইরপাতা ।। বাংঙম কৈরেল তোংপীনা মপল লাইরেল তাউরোয়নাইপু মালেম লইরোল নুংতাকি ।। মচেং কইরাই অঙৌপাপু নাকতা য়েপনা পাউথেমলুরে ।। য়োইমায়াই লাইরেল তাউতনপানা ।। তুপি ময়ানুং লাইরেল মকোল নুংকিপু ।। ইমিং মশোং চাউ ।। থাপি মঙাল নাইনা কারকলে ।। অতু নোংকিপু নিংশোংবো কৌএ ।। থাপি সেনকোয়রেল অপানপানা ।। মালেম লইপী খোংবাই তরেংকা তাইপঙ পুমনা ঙালনা সানফোংলম ।। লোইপী নিংশোং মপুঙ য়াইতা ।। নয় নিংথৌ সেংলেন লানথপানা ।। মতাইরেম অথৌ লীচা হেনপা পুমনামাপুঙাইরোইননা হুএল লানতাখিএ লোইপী মচীঙকা হেমপা পনথোঙ হাংলে ।। খংনঙ লইতউ লেংনা পানথেংলপাতা ।। থারম য়াকা চাইরে ।। লোইপী পামতালনরে ।। কেকে মথি নাই য়ীবাং মরাঙা হুইনা ।। নিংসোং থুনয়াই থায়না খৌশারে ।। লোইপী হাও পাখং থারম য়িমপীরেং অথৌপাপু কায়না হনলে হায়তপারা । নয় নিংথৌ সেংলেন লানথপা লোইপী নিংশোং ঙমপা ।। নোংমাই য়ুমলক চঙপা হুএল লানলুম থৌপা ।। অতোন লইমা য়ায়তা মিংথোন কপা অতোং নলককি লোইচা ঙমপাতি চোয়নৌ সনা মিংহুলকিপু হনপানে ।। কেকে ফমপাল লাংতা চহী কুনমাপল পালঙমএ ।।

# য়ীব্রাং পুরীকলাই চাংখু তেলহৈপা

নয়োন কেকে মোইরাং লইমা ॥ তমফা ব্রাংঙমলোন হাওখৈ লানথপী পায়মা সনা ব্রুনকোয়নুংকি । নয়ু নিংথৌ য়ীব্রাং পুরীকলাই চাঙখু তেলহৈপাবো তৌনা কৌএ ॥ পুরীকলাই তেলহৈপাতি হাওরৈ মখা পংপো লমতা খৌশাপানে ॥ কেকে মোইরাং হাওখু লইমা লোইনাই তাপীনা ॥ মনা হাওতৈ কাঙ ॥ লংমং খোংকা তিংনা ॥ তুনুং লংলা মানা খারম লোইচন লম ॥ হাওতোন নপানা লোইকেন লমতা ॥ খারীপানা লোইহাই য়েন ॥ লুপাংপানা লোইথৌকপাপু ॥ তুইসেন মনিল নাইপা ॥ লোইপী তানতপানা ॥ হেমপা খাংচেন থকতা ফমফমলপাকা ॥ লোইপী চুমপু থোই ॥ হেমপা লাইপু লাংনা ॥ মমায় লাথা কোয়কুন কোয়থাননা ব্রাহোমঙএ ॥ লোইপী য়িরমপু নঙতি করি লোইপু লোই থউকে লাকপানো ॥ চরই ফিপান লোইপু লোই থউকে লাকপারা ॥ শীঙতারেং চাম্ব হানতরি লোকয়ায় পামকৌতরি ॥ শীনৌ লংতারেঙ তকতরি ॥ য়ব্রা শীনকাপ হৌতরি । লাংকোম ফানপাক তাতরি ॥ ফৈপাক তামুন মঙতরি ॥ মোইতা শিনথোঙ লোনতরি ॥ য়ব্রা শিনপুন কাতরি ॥ য়িয়োং লাইচৗ থোংতরি ॥ চংপী লাংকোন সাতরি ॥ পামেল রুকু খোকনাখো ॥ লোইপী খারম য়িরমপুবো য়াংলৈ তাউপা ছইপান লোইপু লোইথউকে লাকপরা ॥ থরান ছইমই হোংতরি ॥ পানতম খেরাং থাংতরি ॥ তাউপা হুইচা পোকতরি ॥ সাপি কঙকা পুনখো ॥ খারম লোইপী য়িরমপু ॥ কাইরই য়েনপান লোইপু লোউথউকে লাকপারা । লোইয়া পোনলাং য়ানতরি । কাইরই লুমকোন হৌতরি ॥ মচেং য়েনচা কোকতরি ॥ ব্রাপা পোনতাই লাকনখো ॥ কুরেক খোমপান লোইপু লোইথউকে লাকপরা ॥

কোপলোং মরী তংতরি ।। খোমলোং মপান শাতরি ।। তাংকক পিসিন থোংতরি ।। সাতু লাংলোইপু লোইথইকে লাকপরা ।। য়াংকেন মপাল শাতরি ।। সনতং চাকনা লেংহৌতরি ।। লোইপী য়িরমপুরো নওতি তরা চাপুক লামপরা ।। চয়ু তিনলাং শৌতরি ।। য়িরান খোয়ডউ রোনতরি ।। পানপী হংতাইমাপু ফু চথিরো ।। খারম য়িরমপুরো বাংলই য়ুখৌ লাংপরা ।। য়ু থুমপান কোয়তরি ।। খালৈ নৌয়োই হানতরি ।। কৌপা লোবয়ী থকচথিরো হায়না ।। লোইপী কনম্বক মুংচানা ।। হেমপা কনলেম নুংকলনাওমলপাকি ।। খারম মুরমপুতি হেমপা লোই-থউ ওনতনা হনলকলপাতা ।। নয়ু কেকে লইমাপা সনা মখোও খাতা । মানপী খুংতপনা মুকমু লৈতোন কোংলনা ।। সয়ু চাংচউ চেপনা লোলনা রাকংচথিএ ।। কেকে য়িনিংথৌ ওাংঙোই লইমাপারো ।। নতাইরেম খারম তানতা ।। তুইসেন মনিল নাইপাতি ।। সায়পা তুকুম ময়া শা ।। খোইপু তুকুমপাপু মচিন তুমনা ।। খারম লোই পীতরে ।। নতাইরেম অইপুমুং তরা চাক পীচরবতে হায়না রাকংখোনকিপু ।। নয়ু নিংথৌ ওাংঙোই লইনাপানা । তয়ন কেকে খুনফাংথৌ । মোইরাং নাই-ফাংথৌ অথৌ লীচা হেনপা । থয়াও কোনতাই সোনপাশিংরো ।। য়িরোই লোইপিরেল খারম তুইসেল মনিল নাইপানা ।। সেনপী কনতউ য়োং-কুমনা কনলপাতি ।। লোইপী মপুও তাকনা পনথেংসে হায়না রাহো-মখোনকি । ওাংঙোই অথৌ লীচা হেনপা পুমনমাপু ওাইরোইননা হুএল লানতাথিএ ।। লোইপী চীওমু খাও হেমপা চোংতাই য়ান ।। লোইপী মীশিনপুওতা ।। খারম মচীওকা । কেকে মথি নাই ।। টওলেন থাকুপ হউ ।। তিমেন খেরাং থাংনা পনথেংলপাতি ।। লোইপী মপুও তাকলে ।। তুইসেন য়াকা চাইরে ।। য়ীরাং মইনা রোংনা খৌশারে ।। খারম তুইসেন মনিংথৌ শারা চীকনপা হুএল লাংচেংপাপু কায়না হুনলে ।। পুরীকলাই সনা মহুওলেনতি অতুমং মতোমতে ।। হাওরই নোংপোক পাংপা লমতা খৌশাপানে ।।

পুরীকলাই সনা মহুওলেনতি অতুমং মতোমতা ।। হাওরই নোংপোক

পাংপো লমতা থৌগাপানে ।। য়োইমায়য়না থেনকাপা অতানপানা থেনচোংপা লম ! সেনপী মুংখোম লই ।। কপো মুংয়াং লাই ।। মৈতেংতু সেনপী কিয়ামপা মতাইরেম মহাও বাংপী হুমপানা । কাইরৈ য়েনহাই চলনা লোইথউপা লম ।। নোংপোক চাতা কৈয়েন হাওপা মথুরোন । সেনপী পোং দিংথৌ চাউফা খেখোমপা মতাইরেম ।চকপা য়িঙে কৌপানা রারোইপ লম ! সেনপী লউথেংয়াং থেংয়াং য়াঙৌরোক । তাইপা হুইথৌ চীঙ । তেকপী বোকথক থেন ' সেনপী লউথেংয়াং থেংয়াং য়াঙৌ রোকরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো । চীঙখোঙ পোইরৈতোন । লইনুং থোমফাং অতোনপানা ।। সেনপী শিঙপা কপো নাতপাপু খুনথিরকপাতা । চকপা খানপোক লইমা ফানলোঙমপী মপারী সাংফুলাপু । খারা খুংয়োন থানা নোংমনলপাকি । চকপা কৈথোঙ হাও পথংনা । শীঙচঙ লেংতা থোংনা । তলা ভংখায় লইপা পামেল রুমই তুপপাশিংতা পাউহংএ । চকপা কৈথোঙ হাও পাথং পামেল ভংখায় লউপাশিংবো মইথু নোংলোন কাপা অসিপু করি মইনো ।। ময়ুম হেমচেং চকপা মুপী ফুরীক মই ।। চেকায় কাকুপ মইরা ।। ফুতিং শোংলৈ মই ।। চরা তংশেম মই ।। লোইমোম য়াইথেন মইরা । শীঙকন নোংফাই নই । সাতু তেকচক মই ।। লমলেন পামচাক মইরা হায়না পাউহংপাপু ।। চকপা কৈথোঙ হাও পাথং পামেল রুমৈ তুপপাশিংনা পাউখুমলকএ ।। য়িয়ুবা চীঙখোঙ পোইরৈতোলবো ।। মইথু নোংলোন কাপা অসিতি ।। ময়ুম হেমচেং চকপা মুপী ফুরীক মই । চেকায় কাকুপ মই ।। চরা তংশেম মই লোইমোম য়াইথেন মইমুং নংতে । চকপা খানপোক লইমা ফানলো ঙমপী মপারী সাংফুলাপু খারাংখুংয়োন থানা নোংমনলে । অতুকিপু ময়ুম চকপা মীয়ীক মইনে । হেমচেং মীলৌ মইনে হায়না পাউখুমলপাত্তা । তৌয়িকিতি শাপা য়িতৈ লাইমা লইমা লাইনাউতাপীবো য়িপিংভানা সেনপী বিকপা কপো নাতপাপু খুনথিরকপাতি । সেনপী মীয়ীক লাই হেমচেং চকপা মীলৌ লইপু লাইকালকানি হায়না থেংনা কোইনা সম্ মখুংতোনপু য়াংনা

সোয়না চৎখিএ ।। অতু নোংকিপু থেংয়াংরো কৌএ । য়াংলই তাউপা মহুই চাপু তরা চাতুম হুলনা থাকলমএ ।। তরা চাকমুং ঙৌতুম ঙৌনা ত.রমএ ।। অতু নোংকিপু তাউপা হুইথাকথেন থেংয়াং য়াঙৌরোকরো তৌনা কৌএ ।। তেকপী মহোক চামুং থাকলমএ ।। অতু নোংকিপু কিয়াং রোকথাক থেনরো তৌনা কৌএ ।। সেনপী লউথেংয়াং য়াঙৌ-রোকপু নাতৈননা ।। মইতেংঙু সেনপী কিয়ামপাকা পোং নিংথৌ খেথোমপাকা থারী লোইখাইনপা লম ।। কেংতু কেংসেন মনিল নাইপা চাকপা তুমকে মপুঙ য়াইতা ।। হুএল লানতারপাতা ।। অকা খুন-কঙ মঙা চাইরে ।। অকুম খুনকঙ মঙা নেৎলে ।। চকপা তুমকে মপুঙ য়াইতা সেনপী কাংচম থোঙচাউ হাং ।। মইপী তাঙকোই পাই ।। মইখু নোংলেন কা ।। শরীক লাইথন থুম ।। থারা থেনচঙ কীনথরে । পুরীকলাই মখি নাই ।। য়ীবাং মইনা রোৎনা খৌশারপাতি ।। হুলএ লালনিকিতি অমে থাঙশাপাপুতি কায়না হুনলে হায়তপারা । নয় নিংথৌ চকপা তুমকে কাইথেন চাইপা ।। অমে থাঙশাপাপু কায়না হুনপা ।। ঙাংঙোই চৌঙখু তেলহৈপানা তাউচীঙ খোঙনেমপা হইরাঙ নানৌপাপু । কেকেনা তেংথানা মোইরাংনা মিকৌনা শীঙচঙপু হাইপীরো কৌএ । শীঙচঙ হাইপী মরায় লোং ।। পামেল বুরাই হকনা তাউচীঙ হইকনপা ।। কেকে থয়াঙ মথৌ মল । ঙাংঙোই চুঙশেল মরাল রোনতি । কোনপী মচী লম । শাপল লৈরি হেকনা লমতি । হইরাঙ না-নৌপা তাউচীঙ খোঙনেপা অসিনা থৈনপানে হায়না লমকনলমএ ।। অতু নোংকিপু কেকে মোইরাং নিংথৌ চৌঙখু তেলহৈপা । শিঙচঙ হাইপি মরায় লোং ।। পামেল বুরাই হক ।। হইরাঙ য়ানতা তাউচীঙ হেকনতা লমকন থৌপা ।। কেকে মোইরাং নিংথৌ ।। পুরীকলাই চকপা তুমকে ঙমপা ।। য়ীবাং চৌঙখু তেলহৈপাতি নোংপোক লইমা ঙমকি থিংলউ নীঙনা তেনা ।। থায়রং লমশাং য়িলনা হনলকলে ।। কেকে মপুঙ য়াইতা নুংঙাই মরাং কায়কা বাইথুংলরে ।।

হে য়ীবাং পুরীকলাইহো । নয় নিংথৌ কেকে লইমাপানা ঙাং-

ঙোই লইপাক ঙাকলিঙই অ্ভুতা ।। কোরউ হননা কাং কুমপা য়াইচেং নীকনা ।। নোংলেন লাইচ য়ীতা তরপাকি । তোইপী লাইথিং চন্নু ।। মোমন্নু অবোং চারনপীকা । য়োংচি লইকোরপা চংকা । খোইনৌ মতা অনিমানা ।। য়িন্নুং কৌপা সোয়রকলপাতা য়াহৌ-খিএ ।। কেকে য়িনিংথৌ ঙাংঙোই বুরা লাইখু চৌঙখু তেলহৈপা ।। তুমফে কইথেল চাইপা ।। অকা খুনকঙ মঙা চাইপা । অকুম খুন কঙ নিপাল চাইপা ।। অমে থাঙশাপাপু কায়না হনপা ।। খোমলেন করিকি তুমকনপানে ।। য়িন্নুং কৌপা শোয়রকলে য়াহৌরো ।। নতাইরেম লইবায় লউত'উথোং ।। মোইরাং তাইথোং লউরেনপা ।। লৈরাং চাহুই পোক ।। কাকলেন নোংতম লউতা ।। মোমন্নু তরা চাতানপী লোইমোম নাউয়োকলোয়শিংনা । কোরউ হননা কাং ।। নোংশা তরঙ হউরপাকিপু । কুমশি য়ীঙা কুমতমপাতি খোইয়ম কননা কুমপীপানো ।। থাঙয়ী মপাল কাতরে লোইমোম লউচোংতরে হায়না বারোইরে ।। লমলেন মতায়মা তরা চাতানপী রাংলই যুক্ষ্ম পী । রাংথা লমন্নুংশিরো কৌপাতি কৈতৌনোংকিনো ।। লুরাং লোয়নাই য়াওনা তানপানা লাপা খুমনুপু য়াংতই শারম লীরকপাতা ।। তরা মচাক খাকপু চকপা হওা ঙানথোংকে কতা ঙননা চরন্নে তাা চতার পীরো তৌনা কৌএ । রাংলই যুনিখাকপু চাইরেল হাওতা মোনতারিতা খামপী মইরোয়ননা লুমলমএ হায়পাকি রাংলই যুক্ষ্মপীরো তৌনা কৌএ । রাংথা লমন্নুংশিতা খানলৈ লউতাপী লোয়শিংনা ।। মোমন্নু রপলউ তাইকা মেন । রাইরি শনলম ফুনতা ।। চেঙপুম মানলো খনতরে হায়না ।। কোরউ থোইনা য়েং ।। বাঙপন পাংনা য়েংনা নোংথোইরে ।। নতাইরেম কেকে লইবায় চাউ । মোইরাং পুপাল রাতা । তরা চাতানপা লোয়শিংনা ।। কোরউ থোইনা য়েং ।। বাংপন্ন পাংনা রেংনা নোংথোইরে ।। কেকে লাইখুংয়ী মোইরাং লাইহনয়ী । মানপা শনথেল য়ী । কুরেক অনি কোকশোক য়ীপু ।। লাখচ ময়েংতা য়িমু থনবানমরপাকি ।। লইকু

মকোই ফোং ॥ হিথেন খোংবাই কংনা ॥ শোয়থোঙ পারই রুরে ॥ নতাইরেম ময়ুম কেকে নমপুনচম নিংঙোনপী হাওথা লইমা তোমপীনা ॥ চাকমোম শইপুন য়াতা চীক ॥ লোকতাক খিয়ান শাননা ॥ চাতনা তিনহুম হুউ ॥ থকতনা য়ু শাঙ কানা ॥ তউম্ম কুমশাতা ॥ করাং কুমথাইতনা নোংলেনলে ॥ কেকে য়িনিংথৌ ঙাংঙোই লইমাপারো ॥ নয়ু খোয়ম লাইনিংথৌ সনা মখোঙ খাতা ॥ কৌপা লাকথোং কা ॥ চাঁওঙু থোংপান রায় ॥ খোইয়ম থরায় পুঙচি লইনা হাংনা ॥ চীঙঙু থোংপান রায়না ॥ থংচৌঙ য়ীপু য়ীনিসে ॥ থংচৌঙ চীঙচাউ য়ী ॥ চীঙয়াই কোয়রেল য়ী লাংপোম চীঙচাউ য়ী ॥ চীঙঙু লইতম য়ীপু লাইচ য়ীনিসে ॥ মরোং খোংচি নোং । খোংচি নাথেৎ নোং । ঙানপা নোংচাই নোং ॥ অরোং মুঙয়াই নোংপু লাইচা য়ীনিরো ॥ কৌপা কৌম্ম নোং য়িরেম য়িথাম নোং ॥ কোইরেং খুৎঙম নোং ॥ মানতক ফানা নোংপু লাইচ য়ীনিরো হায়না ॥ মতাইরেম তোইপী লাইথিং চনু মোমম্ অকোং চারোনপীকা ॥ য়োংচি লইকোয়পা চনুকানা য়াহৌখোনকি ॥ নয়ু লইমাপা পুরীকলাই চীঙথু তেলহৈপানা ॥ খোইয়ম কৌপা লাকথোং কা । চীঙঙু থোংপান রায়রপকা কেকে লইমাপানা রাহোমলকএ । কেকে য়িমাইপা হৈয়ু পনমা নাউ নঙতি ॥ য়ীয়ু খোইয়ম লাইনিংথৌ সেনলোয় চীঙমাপা লংমাই নাম্বংপা ॥ সনা মথোঙ খাতা লাইচ য়ীনিকরো হায়না থৌশিনখোনকি ॥ কেকে মমাইপা হৈয়ু পনমা নাউনা ॥ নোংপোক মালং হুমমোইপা সনা মথোঙ খাপু য়িনঙানলকপাতা ॥ মেনাং তনপা সানাম্বং ॥ মানপী তুরেংকাই অঙোপাপু ॥ কোরউ মথৈ ফংতনা । খোইয়ম লাইনা য়াচতরাকানে হায়পাক্তি ॥ মেনাং তনপা তুরেংকাইপু লাইচ য়ীতা চামলমএ ॥ অতু নোংকিপু লংমাই চীঙখোঙ সাচাম পাংরো তৌনা কৌএ ॥ কেকে মমাইপা হৈয়ু পনমা নাউনা ॥ লংমাই চীঙখোঙ সাচাম পাংপু খোইনা হনথংখিএ ॥ সেনলোয় সনা থুংলাম

মকোই ফোং ।। হিথেন খোংবাই কংমা ।। লোয়থোঙ পান্নই থ্রে । মতাইরেম ময়ুম কেকে নমপুনচম নিংঙোনপী হাওখা লইমা তোমপীমা । চাকমোম মইপুন য়াতা চাক ।। লোকতাক কিয়িন খাননা ।। চাতনা তিনইম হুই ।। থকতনা য়ু শাউ ফানা । ওউমু কুমজাতা ।। কয়াং কমথাইতনা নোংলেনলল ।। কেকে য়িনিংথৌ ঙাংঙোই লাইমাপাবো । নয় খোইয়ম লাইনিংথৌ সনা মখোঙ খাতা ।। কৌপা লাকথোং কা । চৌঙথু খোংপান বায় । খোইয়ম খরাম পুঙচি লইনা হাংনা ।। চৌঙথু খোংপান বায়না ।। থংচৌঙ য়ৌসু য়ৌনিংস । থংচৌঙ চৌচাউ য়ৌ ।। চৌঙয়াই কোয়রেল য়ৌ লংপেম চৌচাউ য়ৌ ।। চৌঙথু লইতম য়ৌপু লাইচ য়ৌনিংসে মরোং খোংচি নেংং ।। খোংচি নাথেৎ নোং । ঙানপা নোংচাই নোং । অরেং মুঙয়াই নোংপু লাইচ য়ৌনিরো ।। কৌপা কৌমু নেংং থিরেম য়িখাম নোং ।। কোইরেং খুৎঙম নোং । মানতক ফানা নোংপু লাইচ য়ৌনিরো হায়না । মতাইরেম তোইপী লাইথিং চনু মোমনু অকেং চারেনপীকা ।। য়োংচি লইকোয়পা চনুকানা য়াহৌখোনকি ।। নয়ু লইমাপা পুরীকলাই চৌঙথু তেলহৈপানা । খোইয়াম কৌপা লাকথোং কা ।। চৌঙথু খোংপানা বায়রপকা কেকে লইমাপানা বাহোমলকএ ।। কেকে য়িমাইপা মনম শানা ।। হৌ মুমু ববচেং খোইয়া খাকতনা তাউথোকলে ।। অতু নোংকিপু কেকে লইবায় লউতাউথোং ।। মোইরাং তাউথোং লউরেনপাব্রো তেনা কৌএ হায়তপরা । কেকে মপুঙ য়াইমুঙ থাঙয়ি মপাল ফা ।। লোইমোম নাউচোং ফানা ।। চাইই মরোং চুম বথুরিং সোইপেল লিংঙা ।। থইথেং থইঙাননা পানলমপাক কংরেল হাপচা কং ।। পাইয়োন কোংথন লেম ।। তরা চাকা হোঙ ।। লইপাক মনিল নাই মুঙাই মরাং কায়না পানলে হায়তপরা ।। নয়ু নিংথৌ চৌঙখু তেলহৈপা ।। নোংপোক মতাইমা চকপা অমফে মপুঙ য়াইতা হুএল লালতান থোপা ।। হইরাং নানৌ পাপু শীঙচঙ হাইপী মরাই লোং পামেল

রুরাই হক ।। হইরাং চানতা তাউচৌং হেকনত্তনা রায়রং লমচব পুরীকলাই চাঙথু তেলহৈপাতি চোয়নৌ সনা মিংহুল কপু ইন্দ্রপাল নয়ু ঙাংঙোই লইমাপাতি কেকে কমপাল লাংতা চহি রা মঙা পালডমএ ।।

